মণিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগকী মতেংনা ফোংবা

# বীরসিংহ পঞ্চালী

রাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ বি-কম্না
সম্পাদন তৌবা।

# বীরসিংহ পঞ্চালী



রাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ কিকম্না
সম্পাদন তৌবা।

মমল লুপা ১০·০০

ফোংদোকপা—
রাজকুমার [illegible]কুমার সিংহ
থাংমৈবন্দ রোড,
ইম্ফাল, মণিপুর

অহানবা কোংবা
১৯৬৭ ইং

ছাপা নম্ফম—
ফ্রেণ্ডস ইউনিয়ন প্রেস,
ইম্ফাল, মণিপুর

# উৎসর্গ

মৈতৈরোলগী অরিবা লাইরিক ফোংনবা হোংনবদা ঐবু
থৌগৎপিরম্বা স্বর্গীয় ডাঃ রাজকুমার গোপাল সিংহগী
স্মৃতি উদ্দেশ্যদা।

# ৱাহৌদোক

মৈতৈ ময়েক্তা ইবা "বীরসিংহ পঞ্চালী" হায়বা লাইৱিক অসি পণ্ডিত শ্রীবঙ্কবিহারী শর্ম্মা ব্যাকরণতীর্থনা ব্রহ্মদেশগী মৈতৈ খুন্দগী অনিশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও মমাংদা পুথোৱকপা পুরাণ ময়ামগী মনুংদা অমনি। মসি অজ্ঞা পণ্ডিতনা পিবিরুনা ঐঙোন্দা লৈবা কুইরবা লাইরিকি। মণিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগকী মতেং খরা ফংজবদগী লাইরিক অসি ইবুংঙো-ইবেমশিংগী মাংদা পুথোকচবা ঙমজরিবনি। লাইৱিক অসিগী অর্থ তৌবা মতাংদা ঐগী মরুপ পণ্ডিত নিংথৌখোংজম শ্রীখেলচন্দ্র সিংজগী মতেং লৌজে।

রাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ

ইম্ফাল,

রিপব্লিক ডে,

তাং ২৬।১।৬৭ ইং

# বীরসিংহ

কুম্মৈ মুংঙাইববু চিংঙু ইন্দ্র সরারেন্না উনবা পুক্নিং পেন্না মিংয়েং শানথোরিবৈদা মপারি ইন্দ্রসেন লৈরাং অতোম্বা শানৌ মতৈ-মনাঙবু চেংলৌ মিংথিংতরবগী থোইয়ম লাইগী থোংলোই পাওহনবদা রাকমখিএ—থোরম করি লৈবগী পারি লৈরাং অতোম্বা শানৌ-মতৈ-মনাওবু থোইয়ম সভারক্তা লেংতিনদবনো ? অচেল থংলৈ য়াংনা পাওকৌকও হায়না খোশিখিবদা খোংলোই পাওহনবনা অচেল থংলৈ য়াংনা পাওমেনলুইএ। হে ইবুংঙো নিংথৌ মপারি লৈরাং অতোম্বা ও, শানৌ মতৈ-মনাওবু নপন ইন্দ্র নোং-নিংথৌনা উৎসব কুম্মৈকম্বু ইন্তানসকও হায়না পাওকৌহল্লে হায়না পাওমেল্লুববু ইন্দ্রসেন শানৌ মতৈ মনাওদি বাসা খুংকৈ তাম্নরিবগী খোংলোই পাওকৌথোনবু নাত্তাপিনরবগী দূত খোংলোই অয়াম্বশিংদি থিংলৌ নিংনা তেনা মপন ইন্দ্র সরারেনদা শমু মথুং লোন্না রাকৎচখিএ—হে ইবুংঙো কোরৌ নোং-নিংথৌও, নপারি ইন্দ্রসেন লৈরাং অতোম্বদি নমৌ লৈমা অহেনবাগা রঙ্গ বাসা খুংকোই তাম্নরিবগী নদাইরেম ঐথোয়না মহৌ অক্ষমলক হন্না পাওকৌরুববু খোংলোই চিঙ্গোই ইয়াখংবু পাওখুম্নবদে। অম্মম হায়না রাকৎলুববু নাত্তারাগী চিংঙু ইন্দ্র সরারেনাদ পুষ্প-রথ খোংওইননা ইনভানলক্লবদা মপারিগী

দ্বার থোংজাওমাংদা য়াংথুংলরবগা দোলাই রথথক্তগী মালেম লৈদা কুম্না ইন্দ্র মখুৎতোন থম্বো লৈ য়াকগুম্বদি শমু থোংথাং অনি অহুম য়াংনা পাওকৌথিএ। হে পারি ইন্দ্রসেন নুংচানবা নংবু থোইয়ম লেংনা তিম্না কুম্মৈ নুংঙাইববু শামরিবৈ অসিদা থৌরম করি লৈবগী শানৌ নতে-ননাংবু ইত্থানলক্তবনো হায়না য়াথং অহুমলক হম্না পাওকৌববু মপারি লৈরাং অংঙোম্বদি মপল চিঙ্গোই ময়াথংবু নাপা শেলজাননা কোলোই পাওখুমদবগী চিংভু নোংনিংথৌ সরারেনদি ক্রোধ কলচাংথোহনা শাপ মিচেরক্লে—হে পারি অধম অত্তোনবা নাওরা অপিশা নংগুম্বনা, ইন্দ্র চিঙ্গোই ময়াথংবু য়াথং লাইনা নিংবগী কোলোই পাওখুনদরবাদ চিংভু এঙ্গু কোরৌ নোংলৈপাক অমরাপুর নুংঙাইবা মুংলাং কাওথংকোনদ য়াঙ্গাইসররোই। তাইবং নোংশা-পান্দা নমু মীপোক লৌনা মঙ্গোইরুবে হায়না অহুম শাপ মিচৈরম্নবগা চিংভু দোলাই মখুনেৎতো কাখংখিববু থোইয়ম উনবী কলহৌনিকপনা শমু খুনাকথোক্ল হায়দত্রা? ইন্দ্র নোং নিংথৌদি অনৌবা দোলাই রথথক্তা কাখৎখিরবগা কুম্মৈ নুংঙাইনবু ইত্থানলকএ। ইন্দ্র নোং পাথং অক্তোবাদ মঙ উৎসব কুম্মৈ চৌববু সানা মত্তোল লোম্নবগা শচী লাইরৈমবু ভাইরোইননা মঙাঙ্গ লোলোইনুংদা য়াচংখিরে। থোইয়ম লাইবংখৌশিংদুং নাপশানবৈগী পারিরেনবু ইত্থানখিরে হায়-দত্রা? অসাইবৈগী চিংভু মপারি ইন্দ্রসেন অত্তোম্বদি মপন শাপ মিচৈথোনবু নাতারবগী উনবী পুংসং য়াং, চিন্তু পোৎলুম পুনা অকিমথৈ লৈতরে। মশানৌ লেম শংচনবাগা নমু পালোইননা মপল সনা মথোংথাবু ইত্থানচরকপদা চিংভু ইন্দ্র সবারেনদি মশানৌ শচী লাইরৈ-মগা মপারি লাংজেন য়াপিহন জয়ন্তী কুন্নবুং থোইয়ম লাইবংথৌ

পুম্নমকপু লেংনা তিন্না কমকম্মিডৈদা ইন্দ্রসেন লৈরাং অতোম্বা শানৌ মতৈ মনাওনা মপন নোং নিংথৌদু মানাব হৎতপ্পনা পুরুমজববু মপন পলেম মমা শচী অন্নাং কোরৌ লোনৈমনা মপারি ইন্দ্রসেন অতোম্বা মমোম মহুইরোল অনিমবু চেংলৌ মিংলিংলবগী তক্ষা হেকওাই মপাওচাও পিরেল থকমাদনা পাওকৌডমএ —পারি ইবুংঙো লৈরাং অতোম্বা ইমোম ইহুইরোল নবিংগাবু লাও-ও। নপন মিচৈ অরুম্বা য়াথং হনক্কদববু করম লাম্নংলবনো হায়না পিরেল থকমাদনা মিকপ-ডমএ। মপারি ইন্দ্রসেন অতোম্বস্লং শম্ন খুং অনিমবু তাংজা কোক্তা থোংনা মপন সনা মথোংথাদা য়াকৎচথিএ। হে ইপন কোরৌ নোং-নিংথৌও, নপারি মাওরা অথুবা জ্ঞান লোশিং লৈতনা ঐনা ইপন নংগী সনা নথোংথাদা অয়োল মথৈ লৈতনা অপরাধ লংজখিববু ডাক-পিও হায়না চেংলৌ মিংকোইথোং থম্বাল লৈকা মানবা অনিমদা পিরেল থকমাদা লাইজ ধারা শিনগুম্না মপন সনা মথোংথাদা অম্নুম পুরুমজববু মপন ইন্দ্র কোরৌ রাথেনবস্লং মপারিগী চেংলৌ মশক য়েং, কোলোই য়াথং তানা স্নুংশি পুক্নিং কায়রে। থোইয়ম চেংলৌ মিং-কোইথোং নিংথিবদা পিরেল চাইজি ঈরাং তৌনা রাহম্নকএ—হে পারি ইবুংঙো লৈরাং অতোম্বা নংবু নপন ঐগী চিঙ্গোই ইয়াথংনা হায়-দোকখিবা অসিবু য়াথং তন্জিনফরোই। সিংজু নরাইবক য়ামচেং নাতুরোইগী চেলক্কদবনে। তোইকুম হে পারি মুংচানবা-ও, তাইবং নোংশাপান্দা রাজ্য নিংথৌ লৈক্নৈরেনে। পারি নংবু ইপনগী কোলোই ইয়াথংবু নাতা-ও। তাইবং নোংশাপান্দা রঙ্গদেশ লৈময়োল মুংডাইবা অমা লৈএ। লৈবাক মুংডাইবা অতদা সরস্বতা কোবা গঙ্গা লাইরৈমনা লাইজ তুখুন ওইনা চেল্লিএ। ফম্বি থোংনা চিকপা রাজ্য লৈবাক

হুংঙাইবা অতুদা গেছ নিংথৌরেম্না মাংকেম লৈঙাকচরিএ। পারি নংবু নিংথৌ লাইবু নিংবা অহুগী মপারিবু ওইনা শানওল্লু-ও। কোলোই নমিংথোংবু যুবরাজ বীরসিংহ তৌনা কৌরঙৈনে। তাইবং নোংশাপান্দা য়াইফ মরাং কায়না কোলোই নমিং চৎলো। লাংহৈ কুমশিং লিশিং অমবু রাজা নিংথৌ ওইনা পাল্লু-ও। অসিসুং মদোমদে। ইন্দ্রইরোল নশানৌ লৈমা অহেনবীসুং রঙ্গদেশ লৈময়োলগা লোইদাম থাবুম নিপাল থাপ্পবা পূণ্য পন্দোল লৈময়োল হুংঙাইবদা য়াওলবা রাজা মুহি নিংথৌরেনগী মমোমলোন কোলোই মমিংথোনবু মুইন্দ্রাণী অহেনবী কৌনা শানওল্লু-ও। পারি নংগী দমকপু অরা হইরাং শোম্না হল্লকপদা দোলাই ইথুংনেৎতগী নপন ঐবু শমু খুনাল-খোক্না মালেম লৈদা তাবগী দোষ অয়োনবমা হয়েং ইন্দ্রইরোল লৈমা অহেনবী অসিবু শমু পালোইননা নরাল ওলাতেরকপদা য়াংলৌ লমথাংমবু য়োরবগা অরা মখৈ লৈতববু লাম্নংঙৈনে হায়না অসুম রাহম্নবদা মপারি ইন্দ্রসেন অতোম্বনা পাওখুমজরকএ—তে ইপন-ও, সনা নয়াথংবু মালেম তম্পাক লৈতাফরোই। মপারি হুংচানববু ওইনা পোক্লবদা পম্মৌ কোলোই ইন্তানঙৈনে। নহুইরোল লৈরাং অতোম্বীবু তাইবং নোংশাপান্দা শমু ডাইরোইনখিগে। ইপন কোরৌ নোং-নিংথৌ নংগা পলেম অরাং কোরৌ নোংলৈমসুং হৃশাবী লাংলেন রাপিহল জয়ন্তী অহেনবীগা ইয়ু খোইয়ম লাইবংথৌ চিংঙ্ লেংনা তিনবগা অমরাপুর লাইরৈবাক হুংলাং কাওথংকোন অসিদা হুংঙাই মরাং কায়না য়াঙ্গোইরৌ-ও। তৌইকুম ইপন নংগী লাঙ্গোং নখুনেৎ মক্তবা উচ্চৈশ্রবা মপারি ভদ্রশ্রবা কৌবা লাঙ্গোই য়াইওইববু তাইবং নোংশাপান্দা লাঙ্গোই ইখুনেৎপু ওইনরুগে হায়না অসুম পাওমেন-

অরবদা মপন চিংগু নোং-নিংথৌনা রাহমকএ—পারি নংগী পাইমা উনগোইসুংদা নিংজরিবা খৈবিকপু লেপ্পা ভানফংজভেনে। হয়েং নংনা তাইবং নোংশাপান্দা লাংহৈ কুমশিং তরাতকক শুনা অচাও লেপফা-রক্কবদা লাঙ্গোই নখুনেৎ মুংচংবা কিরিটি নংগী সনা লুহুপ নিংথিবা হেরা পানকোইননা মুক্তা চুমপুল থিনবস্মুং লিকুং নখুৎ-শু মক্তবা খুৎ-থুম ভম্ফা থিনফবা তেন্দোং নানমথাং য়াইওইবা তেনপী অথোবস্মুং কুন্দর নাসি মকর নায়ান চৌংলাই শাবস্মুং সনা থবাক লিক নিংথিবা থাম্বী মৈপুল থানগুম উনবী পুক্লিং হুবগা কঙ্কন কোলোই নখুৎশি নোপুর সনা নথোংশিস্মুং পারি নংগী সনা ফিরোই অয়াম্ববু হয়েং লাঙ্গোই শয়াংথক্তা হাপ্পা পিথরক্কে হায়না অস্মুম লনকুবিরবদা অসাইভৈগী মপন পলেম মমা কোরৌ নোংলৈমদি তম্বা হেকডাই মপাও চাওপীরেন থকমাদনা মপারি ইন্দ্রসেন লৈরাং অতোম্ববু শরেন য়েৎনা কোন্, মমোম মহুইরোলবু ফৈরাতান্দা পম্, শম্মাং তোনকা নান্, থজাই লেংঙন চুপ্পা মিকপথিএ—হে পারি ইবুংঙো লৈরাং অতোম্বা, ইপম্মা নাওয়া নতৈ-ননাওবু শিডেল শেৎনরা লেরাং থায়-নরবগী চেংলো শকউনররোই। অমরাপুর থোঙ্গিয়না লাইরৈবাক্কী চাকচা মুংডাইবা কুম্মৈ নিংথিবা অমৃত মহৈ চুম্মা য়ানবা লৈরাং মাইকং শাপপু পারি নংগী শিডেল নতিক নপানে। মতৌ অস্মুম মুংডাইববু শমু নমদা হুম্মা তাইবং নোংশাপান্দা করম য়াঙ্গোহরুবা, পলেম নমা ঐদি মুংশি লাইজ ঊরেনপুংদা ইমু থৌরাংননা নোংথোইরৌএ হায়না অস্মুম তেংথা মিকপথিএ। মশাবী জয়ন্তী অহেনবীস্মুং মপন কোরৌ নোং-নিংথৌনচিংনা দেব লাইবংথৌ খৈবিকস্মুং কারৌ নোংদোন নিম্মা মিকপৈএ।

মপন কোরৌ নোং-নিংথৌনা অনৌবা ৱাহন্নকএ—হে পারি মুংচানবা-ও, মণি নংগী লিক্লাংচান য়াইওইবা অসিবু ইপনগী শমু ইথু-বাক্তা পিরমও। হয়েং পারি নংনা মণি মশক উরবগা জন্ম নপোক থংনৌ-ও হায়না অসুম ৱাহয়বগী সনা লুছপ মুংচানবা কুন্দর মনাশি কোলোই মথুংশিসুং মণি লিক্লাংচান্নচিংন মপন সনা মথোংখাদা কংচর-বগা ইন্দ্রসেন মতৈ-মনাওদি মপন চিংঙু নোং-নিংথৌ পলেম মমা শচী লাইরৈমসুং মশাবী জয়ন্তী অহেনবীনচিংনা পুরুমজরবগা শানৌ মতৈ-মনাওদি মাইকৈ মতম য়েংনা মালং ফেলদি ওই, থমকোন নোং-লোই ওইথিরে হায়দরা ?

মুনি ব্যাস লৌশিংবনা ৱাহন্নকএ—হে পারি জয় মুনিরেন-ও, ইন্দ্রসেন শানৌ মতৈ-মনাওদি অসুম লৈহনথিসনু ! তাইবং নোংশা-পানগী ৱারৌ মুংঙাইববুনা তাথি-ও। লৈবাক মুংঙাইবা বঙ্গদেশ মপুরেন সনা লৈকোইফম্বদি রাজা গেহ নিংথৌ-ও কৌএ। মশানৌ লৈমা ফম্বানফম্বীগী কোলোই মমিংথোনদি ছুর্বনা লৈমা তৌনা কৌএ। রাজ্য মরৈবাকপু চিংঙু লাইরৈবাক-কুমএ। পান্দম মতিক লৈতে। গেহ রাজা নিংথৌরেনসুং নিংথৌ মীওই চংথোলএ, গুণ মতিক লৈএ! হয়েন লান শোক্রবদা পাঙ্গল ভেক্ফদবগী নিংথৌ মমান্নবা সনা চোংলেন থানবা মরিফুতরামাপলনা তাংজা কোক্তা থোংনা পূজা ঈরাংনৈএ হায়দরা ? অসুম্না গেহ রাজা নিংথৌরেনদি কোরৌ নোংলৈপাকুম মুংঙাইরবসুং মপারি শাংতে, মমোম ফুইন্দবগী অৱা হুইরাং শোল, থোমলেন তুমকলঙমদনা মকোম নিংথলথিএ—নিংথৌ ঐবু অহল ইতম ফংনা পুন্সি চেংজেন কোরক্লে, সনা ফম্বান ফম্না নিংথৌ ইকমলেনবু কনা শিলহনশিবনো পুম্না লৈতরে। চিংঙু বিধাতা

রায়েনবনস্থুং লাইবক ঐগী খেলাইথোংদা শিংতুম নিংকোই য়েক্লকপবু পারি অমতবু করম লনকুতবনো। কল্লকএ হায়না অসুম খোম্লেল তুমকলথিবগী সময় মতম অতৈঙ চিংগু মপারি ইন্দ্রসেন অঙোম্বদি রাজা গেহ্ণ নিংথৌরেনগী সনা লঙ্গাইরেন শরিক লাইথম্নুংগী ধারি মানলৈথক মাঙোন মুংলানচান্দা নাওরা অপিশা লোইশাম থাবুম অহুমগী অঙাং মশক ওন্না রাইথুংলরে। মপন ইন্দ্র সরারেনস্থুং ব্রাহ্মণ মশক ওইনা শানওল্লবগা রাজা গেহ্ণ নিংথৌরেনগী খোম্লেন মংলানচান্দা তাকপিরৈএ নিংথৌ নংবু নপারি শাংতবগী উনবী পুক্লিং রাগনো। ঙসি কোয়ৌ মুমিৎমবু নারা অথুবা গুণ মত্তিক চংথোনবা খোইয়ম মশানওন অরেম্বনা অচাং মশক ওইরবা অমবু শরিক নংগী লাইথম্নুংদা লৈবনে। নিংথৌ নংবু মিকপ থোক্লো। নাওরা অপিশা অহুবু ব্রাহ্মণ ঐগী বর হৈরনকুবু কুবিররবনে, হে নিংথৌ অথোইবা-ও। কোবা চিংলেম নোংগা ডাল্লকলে, য়াহৌরো-ও। নপারিগী চেংলৌ মশক য়েংজরো। ব্রাহ্মণ ইরনকুগী পুত্র নপারি অরেপ্পা মহাক্লে। লোক্লৌ শানা কোন্না নাশুম্মোকচৌ-ও হায়না খোম্লেন মংপাও চেল্লমল-বগা চিংগু ইন্দ্র সরারেনদি খোইয়ম মাগী লাহরৈবাকপু ইন্তানথিরে হায়দর‌্রা ?

অসাইডৈগী রাজা গেহ্ণ নিংথৌরেনস্থুং খোম্লেন মংফাওননা চেংলৌ থোক্লকলবদা মশানৌ দুর্ঘনা লৈমা নিংথিবীবু য়াহৌথোকএ। শানৌ নংবু চেংলৌ নামিৎ পাংলো। নশাবী ঐগী খোম্লেন মংলানচান্দা ব্রাহ্মণ লাইবু নিংবা অমনা ইপারি নাওরা অপিশা অমবু কুবিরমএ। মিংয়েং শানথৈরক্লসি হায়না প্রদীপ থাওমৈ মৈরা থাম্না লৈমা নিংথৌ অনিমা মিংয়েং শানথৈরববু নাওরা শকহেনবদি চন্দ্র থাজ পাথংবনা মালেম

নৈদা নৈত্তাওঙ্গুম নৈবাক মঙান নাইনা নৈঙমববু চেংলৌ মিংথিং-লবগী হরাও মথৈ নৈতা, নাওন্না চেংলৌ শকহেনববু নিংথৌ কৈরা-তান্দা পম্না ঙাহমখিএ—হে শানৌ নৈমা অহেনবী, থোইয়ম মরনকু চিংঙু মথোংগাম্না কুবিবা ইপারি অরেপ্পনে। শানৌ ইবিংঙাবু উনবী শেংলোং নিংদনা নাওয়োকচরো হায়না অম্মুম ঙাহম্নরিঙৈদা কোৱা নোংগা শোইনা কাশ্যপ মুনি মপারি তাওহুইরেং অহনববু মুমিং থেল কারক্কবগী নিংথৌ সনা শঙ্গাইহুংদা য়াতাবী য়োইবু লৈংনা তিনবী-শিংম্নুং কোয়েন মাংখৈননা পুক্রিং হরাওথোইনা নিংথৌ মপারিবু মিংয়েং শানখৈররে হায়দত্রা ?

রাজা গেহু নিংথৌনা মদা ইরেম থোংলোই অয়াম্বু থৌশিখিএ। পাত্র-মিত্র পুম্নমা পুরোহিত ব্রাহ্মণ য়াওনা গণক পাঙ্গী খৈবিকস্নুং চেংলৌ মিকুপমরুমনা থুনা পাও লৌখংলুববগা নিংথৌ সনা য়োই-কোয়ুংদা ঙাহখুংলবগা ফমদৌ লৈংনা তিম্না ফমকমহল্লে। রাজা গেহু নিংথৌরেম্না ঙাহমখিএ—তমুম মালেম নৈবাক কোয়বা পুরোহিত ব্রাহ্মণ লৈংনা তিনবাশিং-ও, ঙসি ইম্নুং শোইয়াইমগী থোয়েন ঐগী মংলানচানবু মংশৗরক্কে। উনবী পুক্রিং তপ্না নাতা-ও। ব্রাহ্মণ লাইবু নিংবা নিপা অমনা পারি হুংচানবা অসিবু শংশং থোয়েন মংফোংননা পিনরমএ। নিংথৌ নংবু নপারি শাংতে নমোম ফুইদে হায়বগী ব্রাহ্মণ ঐনা কুবিরম্নে, উনবী পুক্রিং চেংনা নাওয়ো-কচৌ-ও হায়না ঙক্কুম লনকুবিরমএ হায়বগী তমুম নথোম্ন পুম্নমবু পাওকৌখংপনে হায়না থোয়েন মংপাও তমুবদা পাত্র নৈবাক কোয়বাশিংনা পাওখুম্নকএ—হে ইবুংঙো, মালেম নৈকোইকম্না মহারাজ নিংথৌরেন-ঙ, নপারি অসিবু গুণ মতিক নৈবা চেংলৌ শকোই

হেনবব্ পূর্ণ চংথোক্লে। নিংথৌ নংবু চিংডু লাইবক ফবা গুণ নতিক অরুবব্ সমুদ্র ঈরেনপুংগুম্বগী থোইম্নম শিদবা মহাক্না ব্রাহ্মণ মশক ওইনা নপারি অসিবু বর লনকুবিরম্বনরিডৌনে হায়না হরাও মথৈ লৈতনা পাওখুম্নবদা গেন্থু রাজা নিংথৌরেম্না অনৌবা রাহম্নকএ—ভম্নম পাত্র-লৈবাক কোম্নবশিং-ও, পারি অসিগী দমক গণক পাঞ্জি অহৈবব্ পাওকৌরুও, জন্ম মপোক য়েংহনসে হায়না খোংলোই পাওহনবনা গণন্তা থেনহৈবব্ পাওকৌরক্লে। কোর্ব্বাক মাংদা থানা নাওরা মপোক য়েংবব্ গুণ মতিক চাওম্নবগী গেন্থু রাজা নিংথৌরেন্দা রাকৎচখিএ—হে নিংথৌ অথোইবা-ও, নপারি নাওরা অখুবা অসিদি মতিক চৌংলেন পনলংলাকুমএ, কনা হায় ওম্লোই। তাইবং নোংশাপান্দা কোলোই মিংলেন চৎনা নিংথৌ মমাম্নবাশিংবু শমু খুতুম চন্নডৌনে। পাঙ্গল মপাতাম্বদি চিংডু ইন্দ্র সরারেন কোরৌ রাম্নেনবগুম্না কোলোই মিংলেন চৎলডৌনে। নিংথৌ মমাম্নবারক্তা মৃগেন্দ্র নোংশা খাংনৌবনা কোম্নজবগুম পাঙ্গল ভুক্ষদবব্ ওইডৌনে। কোলোই মমিংথোংবু বীরসিংহ তৌনা কৌসে হায়না অম্নুম কোলোই মিংথোক্লবদা রাজা গেন্থু নিংথৌনা মপারিগী দমকপু চোইনৌ সনারুপা, হেরা মুক্তা-মণিক য়াইমরুশিংবু শমু খুৎনা শোক্, চৈরৈ ফিময়োনব্ মানলৌ মশিং থিডনদনা দান লল য়েনজরে। অম্নুম উনবী পুক্লিং থুনো লল য়েল্লম্নবগা নিংথৌ অথোইবদি মপারি নাওরা অখুবব্ ফৈরাতান্দা পম্ন মশানৌ লৈমা ফম্বালফম্বীবু শমু ভাতরোইনন শঙ্গাই মকোলোইদা য়াচংথিরে। মদাইরেম পাত্র অওম্বশিংম্নুং নিংথৌ মানবি খুত্তপ্পনা পুরুম্নবগা মরান মুমথিথিরে হায়দব্রা? গেন্থু রাজা মপারি বীরসিংহ নাওরা শকহেনবম্নুং মপন সনা কোম্নুংলেন্দা অম্নুম লৈজহনথিসন্নু।

অসাইথৈংগী মুনি ব্যাস লৌশিংবনা ৱাহয়কএ—হে জয় মুনি-ও, উনবী পুক্লিং তপ্পা নাতা-ও! ইন্দ্রসেন মশানৌ লৈমা নিংথিবীগী জন্ম মপোক অক্লববু ৱাহয়ক্কে। উত্তর মাইকৈ অয়াং পাংবায়মদা পূণ্য পন্দোপ লৈবাক মক্তবা অমবু লৈএ। রাজা মনিংথৌদি মুহি নিংথৌরেন-ও তৌমা কৌএ। কোরৌ নুমিৎমদা মুনি নিংথৌ-রেন্না মদাইরেম সেনা লান্মী পুয়মকা শমু পালোইননা য়ারৌ শা-তাল্লকপদা চিংগু নোংদম মথৌথাবু হেনথোকফদবগী থোইমা নারোম্নুং অশোংবা সনা থোংগাংথাদা লোইদাম থাবুম অনিগী অডাং মশক ওইনা শানগল্লে। চিংগু ইন্দ্র সরারেনসুং য়ারৌ শা শঙাই লামাপশা সনা তুপানবু ওইনা মুহি নিংথৌরেনগী মমাং শংশংবদা চেংলৌ মিৎলম খন্না লেক্লে।

শঙাই মতৌ নিংথিববু উরবগী মুহি নিংথৌরেনদি লাঙ্গোই থোং-ওইননা য়াওরৌ তুংইন তালকপবু চিংগু মশালওল শঙাই লামপি-শাদি থোংনাং উথোং তানা চেনাশল্লাখিরবগা য়াওরৌ থোঙ্গুন ওৎনা শঙাই থুপ্লেনথিরে হায়দরা? মুহি নিংথৌরেনসুং লাঙ্গোই মথুনেৎপু থুরুপ মালপন হৌনা শঙাই তুংইন তালকপবু য়াওরৌ থোঙ্গুন মুৎলবগী উনবী পুক্লিং ওক্লা য়াওরৌ কদাইরম পম্মোইখিরবনো হায়না মিৎয়েং শানথৈরিডে নাওরা অহেনবীনা থোংনাং নারোংথোদা মতোম লৈঙমবহুম চেংলৌ নিংথিৎলে। নিংথৌ অথোইবদি লাঙ্গোই শয়াংথক্তগী মালেম লৈদা কুম্না মতোম নিংথলখিএ। থোইমা নরোম্নুংগী পামেল উথোংগা অসিদা নাওরা শকহেনবী অসিনা মতোম লৈঙমববু থোইয়ম লাংবু ওইরবরা, নমু পোংবু নরিকপরা, ৱাক্কস হিংচাবীনা নিংথৌ ঐবু পুক্লিং লৌনম ওমবরা হায়না অস্থম

নিংথৌ মতোম নিংথল্লিবৈভদা কোরৌ নোংমদোন শূন্য অতিংঙাদগী চেংলৌ শউউহন্দনা য়াওরা থোঞ্জেল তাম্না লাওথরকএ—হে রাজা মুহি নিংথৌরেন-ও, নিংথৌ নংবু কদোবা উনবী পুক্নিং ওক্লিবনো ? নপারি শাংতে, নমোম ফুইদে হায়বগী দমক চিংঙু ঐথোয় খৈবিক্লা লল কুশিবা নমোম অরেপ্পানে। উনবী পুক্নিং চেৎনা নিংথৌ নরৈবাক্তা নাওয়োকচক্ত-ও। কোলোই মমিংথোংসুং মুইন্দ্রাণী ঙোনা কৌএ। নমোম অসিগা নিংথৌ নংগী সনা নরৈবাক্তা য়াইথুংলবদা কোরৌ নোংলানপান্দগী চোইনৌ সনা সঙ্গাই নিংথিবা লিকশং চুঙানবা অমবু শূন্য অতিংঙাদগী মতোম পাইথরকঙৈনে। নমোম অসিনা লাংহৈ কুমশিং চহী তরামঙাশুনা লেমা পূর্ণ মপুং ফানা লোইদাম থাজা অঙনলৈবু শিঙেল লৈপুম ফা, লৈরাং শাংহৌনা পূর্ণিমা থাজা অনি নপকুমলক্লবদা হাওরৈ থানা পাংবারমগী রঙ্গদেশ নিংথৌ অথোইবা, নোংশা মচুম তাপুমবা, গুণ মতিক চংথোনবা নিংথৌনা লাঙ্গোই শগোল অপাইবা মালং চৈরোইনববু শমু থোং-ওইননা সনা নরৈবাক্তা য়াইথুংলঙৈনে। নমোমগী শিঙেল মতুক্নবনে। পুক্নিং হলয়েংলুফরোই। নিংথৌ মথুবাক্তা পীনা নমোম অসিগা মরান লুহোং থোংদোংবিও হায়না য়াওরা থোঞ্জেল তাম্না পাওজেনথোনবু নাঙারবা য়াগী মুহি নিংথোরেনদি সনা থোংনাংথাদগী নাওয়া অপিশাবু পুক্নিং হয়াওথোক্নিনা ঐফরাতানদা পম্, চৈরৈ ফিনা কোম্না লাঙ্গোই শয়াংথক্তা থাঙ্গৎলবগা মরান ওস্তেরক্লে। মদাইরেম পাত্র লেংনা তিনবা শামী-লাম্মী পুম্নমদা য়াইমথিএ—তম্নমশিং-ও, চিংঙু নোংদম্বা থোইয়ম কোরৌ ইনোংথোনা ইমোম পেম্মা অসিবু লল কুবিরকএ। থিংলৌ নিংনা ঙেনা হলয়াইরসে হায়না

সনা মরৈবাকপু ইন্তানলক্লে। মুহি নিংথৌরেনদি সনা য়োই-কোম্নুং পুণ্য পন্দোল লৈময়োনদা য়াইথ্নুংলুরবগা মশানৌ লৈমা কম্বালকম্বী ঈশ্বরাণী অহেনবীদা য়াহমখিএ—হে শানৌ প্রিয়া চায়বী-ও, সতী নংগী পুক্নিং অচুম্বনা থংলেন লৈওইনবগী কোয়ৌ অসি নোংবু য়াওরৌ শাত্তানসুবদা ইমোম চেংলৌ শকহেনবা অসিতুম তানকংজরকএ, ইমোম মহাক্তনে হায়না চিংগু খোইয়ম লাইনিংথোশিংনা য়াওরা খোঞ্জেল তায়া লাওথরকএ। শানৌ নংবু উনবী পুক্নিং চেংনা নাওয়োক-ও হায়না অস্নুম পাওতয়দা মশানৌ ঈশ্বরাণী অহেনবাদি হরাও মথৈ লৈতনা মমোম নাওরা অপিশাবু কৈরাতান্দা থোং, লাইজ ঈরিক লাইশেংথোইবনা লাইজ শাস্তেংপিরবগা লৈমা থাদা কোন্, থজাই লেংওন চুপ্, নাওরা মতৌ য়েংনা তোইনরিভৈদা চিংগু কোলোই ময়াথংবু য়াথং শোইহন্দনা কোয়ৌ নোংলৈনথক্তী সনা সঙ্গাই নিংথিবা উরেং শংথাংলনা লিকশং য়ানা মানবা কোলোই শঙ্গাই নিংথিবা অমবু শূন্য অতিংঙাদগী লংথরক্লে। মুহি নিংথৌরেনগী শঙ্গাই নোংচুপ থংবারম মতোন কোয়ৌ নোংদোন য়ান্, মথোং মালেম ভম্পাক লৈদা তানা মতোম লৈরববু মুহি নিংথৌরেম্না চেংলৌ মিংথিংলবগী চিংগু য়াথং অরেপ্পবু ওইরে হায়না মমোম ফুংচানবীবু ধাত্রী অঙাং নাওয়োইবীশিংগা কোলোইগুংদা মালং ফুংশিং লাংদনা অস্নুম নাওয়োকহল্লে হায়দবা ?

হে ইবুংঙো কোয়ৌ নোংমদোনগী তোংচেং কাইনৌ থয়ামিচাক্নুম তোংলেং মঙান নাই, থরা কুপ্পুম কুপ্না পানবাহুগুম মগুলী কোয়না ফমফম্না চিংগু লাইবকফবা গর্ভ লোইদাম নাওপুদনা নমু মীয়াম

পোকপিরিবাশিং-ও, নদাইরেম নাওরা পাইমা লৌশিং লৈতবা ঐথোয় থৈবিকপু পুক্নিং মচিল থৈনা থোইয়ম লাইরমলেনলম্বী অত্তাংবদা চিংশিনবিব প্রেম-ভক্তি মথোইববু পিনখৈব সনা নথোয়গী খুয়ারেন থম্বাল লৈকা অনৌবদগী উৎফুল্ল সনা হৈয়াই কুপকুমববু ভাংজা কোক্তা হাপ্প হয়া হয়া পুক্নমজরমগে।

অসাইহৈগী জয় মহামুনিরেন্না পাওহংজখিএ -হেগুরু মুনি অথোইবা-ও, বীরসিংহ নিংথোরেনগী রারী লুংভাইবা অসিবু থোইনা থুমথোইএ। থৌরম অসি মতুংদা মতৌ করম ওক্তবনো রারী পন্দোন লোম্বি-ও হায়না পুক্নমজবগী ব্যাস মুনিরেন্না রাহমবিরকএ —হে সেবক ইপারি জয় মুনি লোশিংবা-ও, পুণ্য রারী লুংভাইবা অসিবু উনবী পুক্নিং চংনা নাত্তা-ও। অসাইহৈগী রাজা গেহু নিংথৌ মপারি বীরসিংহ যুবরাজ চেংলৌ শক্তোক্ হেনবদি লাংহৈ কুমশিং অহুম শুরক্লবদ মপন পম্থৌ নিংথৌ পসেম মন লৈমরেনগা অনিমদি নোংপোক মিয়েংশেনগুম মাইয়েক্কা নাওরা মতৌ য়েংনা হরাও পুক্নিং চং, ফৈরাতান্দা থোংনা, অত্তাং পাওসা মতৌ য়েংনা তোইত্তাওনরে হায়দত্রা? বীরসিংহ নাওরা শকহেনবদি কোরৌ নোংজা খুদিং অচাও লেপ ফার', পাংগু লম ভম্লক্লবগী লাংহৈ কুমশিং মঙা শুরক্লবদা মপন নিংথোরেন্না পুরোহিত মনাওয়োক ব্রাহ্মণ অহৈববু পাওকৌগল্লুববগা চোইনৌ সনা-রূপা তাঙ্গা মশিং থিঙমদা, চৈরৈ ফিরোই য়াঙনা পুক্নমজখিএ। ইপারি নাওরা অথুবা অসিবু বিদ্যা লাইরিক তম্বি-ও হায়না শমু খুৎশিন্নরবগী ওজা অহৈবনা মুকমৈ নারিন শোন্ন অঞ্জি লাইয়ম থাবিরবদা বীরসিংহ নাওরা অথুবদি লাইরিকশিংবু ফা, পুরাণ

চিন্না শোন্না বেদ মরিমবু হৈরক্লবগী মপন পন্থৌ নিংথৌ পলেম মমা অনিদা ভক্তি লক্ষণ ময়মচৎপু থোইনা নিংথিএ। মপন অনিমদি মপারি নাওয়া মতৌ য়েংনা হরাও পুক্লিং চং, কোরৌ নোংজা খুদিংবু দান ললয়েন থোইনা হরাওংথৈ লৈঙরে হায়দব্রা ? অসিগুং মদোমদে। বীরসিংহ লাংজেং মথোক্লকপদি লাংহৈ কুমশিং তরাতক্লকী পাথং লাংজেং মথোক্লবদা য়াইরা তেনকাপ্পা লিস্থু তেনস্থু থৈবিক্কী বিত্তা মইহ পুম্নমকপু চংখোল্লকলে হায়দব্রা ? চিংঙু নোংদম কেনফদনা মপন নিংথোরেনস্থং অহল মতম ওইরবগী আম্মু পুন্সি শুনা কোরৌ নোঙ্গাথিরবদা যুবরাজ বীরসিংহ লৌশিংবনা পাত্র-পুরোহিত য়া তাননা মপন পন্থৌ নিংথৌগী দমক শ্রাদ্ধ কর্ম্ম মতমথৌ পিণ্ড দান য়াওনা উনবী মশিং থিঙমদনা চোইনৌ সনা-রুপাবু শমু খুৎনা শোক্, দান মশিং শুনা লল য়েল্লে হায়দব্রা ? মপন নিংথোরেনদি পূণ্য মতেক তচোবন বিষ্ণু যদ্ধীরেনবু তানফং জক্লরে হায়এ। অমাইনৈগী পাত্র লেংনা তিনবনা রঙ্গদেশ সনা লৈবাক অসিবু সনা ফখাল হাংফায়রাই হায়বগী কোরৌ নুমিৎ অক্লবা লোইদাম মাকমৈ অশেংববু য়েংনা শুভ যোগ থেনলেন মতম অফবদা য়াংলেন পুংজা খন্না রাজা নিংথৌ ওইএ। বীরসিংহ নিংথৌ মতিক লৈবদি পিজবা খুৎতা পেনা হালেংদনা নমু মীয়াম য়োকএ। কোরৌ নোংজা খুদিং গীতা-ভাগবত অক্লবরু নাতাএ। থোইয়ম লাইগী য়াপুদনা মালেম লৈবাক ভাক্লবদা নিংথৌ ধর্ম্ম তৌবা মরুমপানগী কুম্বি য়াইচেং নিকতে। লাইথুং অৱা চংদা লাংক্ষম য়াইদা শিদনা লৈবাক পুম্না মুংডাইনৈএ হায়দব্রা ? বীরসিংহ নিংথোরেনগী মতিক মুংডাইবা পোৎলোই চংথোনববু

চিংঙু ইন্দ্র সরারেনগী থোইয়ম লাইরৈবাকুমএ। মতিক কনা হায়ঙগ্নোই। নিংথৌ মমাম্নবা সনা চোংলেন থানবা মরিফুতরামাপলমনা নিংথৌ গুণ মতিক অথোইবগী তাংজা কোক্তা থোংনা পূজা ঈরাংনরে হায়দত্রা? বীরসিংহ নিংথৌরেম্না কোকৌ হুমিৎমদা পলেম মমা পোকমাবীনা হাওসি ঙমক চিং ময়ু পাত্র অঙম্বু রাজ সভা মরেং তিন, পরেং ঙমথং শিম্না ফমফম্নিংদা দেব লাইগী নোংদম্না পুক্লিং অমকপবু লৈতবা মার্কণ্ড মহামুনিরেনবু ফাওররে। মুনি মচিল থম্বাল লৈগুলথোক্তা হরি হরি কুংনা কুংনা শোন্, ম্নবী খুজাই চৈগু পালোইননা বীরসিংহ নিংথৌরেনগী পূর্ব্ব দ্বার নোংপোক থোংজাওরেন্দা রাইথংলরবগী দ্বারা থোংশংজবনা অচেল থোংলৈ য়াংনা নিংথৌ সনা মথোংথা রাজসভায়াইদা শমু মথুং লোম্না রাকৎচখিএ। হে ইবুংঙো রঙ্গদেশ লৈমাবা-ও, নদাইরেম ঐগী দ্বার থোংশংকমদা মার্কণ্ড মহামুনি কৌববু রাইথংলৈএ হায়বগী নিংথৌ সনা নথোংদা রাকৎচরবনে হায়না রাহমথোনবু নাতাবাগী বীরসিংহ নিংথৌনা রাহম্নকএ। তম্নুম ফৈদা থোংশংবা-ও, মুনি লাইবু নিংববু থুনা পাওকৌশিল্লু-ও হায়না থৌশিখিবদা মুনি অথোইববু ভক্তি লৈশি লৈথোন থোইনা রাজসভায়াইদা পাওকৌশিল্লকবগা বীরসিংহ নিংথৌরেম্না সনা সিংহাসনদগী শমু মথোং চৌ, সনা ভাংবন থানা মুনি অথোংববু ফমফমহন্নগা লাইজ ঈশিং ওইনম্ব উর্বিতি মনম নুংশিবনা মুনি মথোং হায়বগা চেং, থোইদিং, লৈ চন্দন, ধুপ, থাওমৈ, চৈরৈ ফিরোই য়াওনা অসুম ঈরাংচরবগা নিংথৌ অথোইবনা শমু মথুং লোম্না পাওহংজরকএ। অসি কোরৌ হুমিৎমবু ফথোইবনিগীনা নিংথৌ সনা ইরৈবাক

অসিদা মুনি খুয়া উৎফুল তাবিবনা লৈবাক পুম্না শেংথিরে। তীর্থ লাইকম পুম্নমগী মহৈ অথোইবসুং ফংজরে। তৌইকুম হে মুনি অথোইবা-ও, থৌরম করি লৈবগী সনা ইরৈবাকপু ইন্তানলকপনো হায়না অসুম পাওহংববু মার্কণ্ড মুনি অথোইবনা পাওখুমথিএ— হে নিংথৌ অথোইবা, নংবু উনবী পুক্লিং তপ্পা নাতা-ও। নপন রাজা নিংথৌরেম্না কোরৌ নোঙ্গাখিরবগী নিংথৌ নংবু নাওন্না অপিশা ওইনা নশানৌ লৈমা ফম্বালফম্বীবু শমু নাক্তা থাদনা নিংথৌ নতোম্মবু রাজা নিংথৌ ওইএ হায়ববু নাতাবগী রাজ্য নরৈবাকপু ইন্তাল্লকপনে হে বীরসিংহ নিংথৌরেন-ও, উনবী পুক্লিং তপ্পা নাক্ত-ও। নিংথৌ নমান্নবা কনাগুম্বনা লৈমা ফম্বালফম্বীবু নিংথৌ নাক্তা থাদনা মালেম লৈবাক ভাকএ হায়ববু নাতাথোক্কে হায়না অসুম পাওমেল্লবদা বীরসিংহ নিংথৌনা পাওখুম্নকএ। হে মুনি লাইবু নিংবা-ও, চিংভু বিধাতা নোংদম্বনা লাইবক থেন্নাইথোংদা ইমানারক্তবু ওইরবরা, পাইমা এনা নংচংবা তিনলাং থোইদাথোইববু য়াওদবগী নিংথৌ ইতোমা সনা ফম্বালফমওম্বনে হায়না পাওখুম্ববু নাতারাগী মার্কণ্ড মুনিবেম্না চিঙ্গোই মোমোন নোক্না পাওমেল্লকএ—হে নিংথৌ লাংজেং মথোক্লকপা-ও, নংবু উনবী পুক্লিংতপ্পা নাক্তা-ও। শিংভেল নংগী নতুক্না লৈরাং নপা ওইববু এনা রাহম্নক্কে—হে নিংথৌ অথোইবা-ও, উত্তর অরাং লাইনা পাংবারম লোইদাম থাবুম নিপালগী য়াংলৌ লমদাংশাংদা হিমালয় কৌবা থাবা উনগী চৌংবু নাতৈননা রাজ্য লেবাক অচৌবা অমা লৈএ। লৈবাক কোলোই মমিংশোংদি পূণ্য পান্দোল তোনা কৌএ। লৈবাক থোইনা মুংডাইবা অদুদা রাজা মুহি নিংথৌ কৌবনা মালেম লৈবাক চানা

লৈরিএ। মশানৌ লৈমা কম্বালকম্বীগী কোলোই মমিংথোংদি ঈশ্বরাণী ভৌনা কৌএ। মুহি নিংথৌরেনগী মমোমলোন লৈমা কোলোই মমিংথোং মুইন্দ্রাণী কৌবা অদুবু মপন মুহি নিংথৌরেনগী শঙ্গাই নোংচুপ থংবারম উনবা পুক্লিং হু কোলোই শঙ্গাইরেন নিংখিবা অমবু মথোং মালেম লৈতাদনা শূন্য অতিংঙাদা লৈএ। শঙ্গাই থোইনা নিংখিবা অদুবু হে বীরসিংহ নিংথৌরেন-ও, থোইম্বম বিশ্বকর্ম্মা শিল্পহৈবনা পুক্লিং অনৌ থম্না করম শানশেম্নমবনো ওম্ফোকএ। হে নিংথৌ অথোইবা-ও, উনবা পুক্লিং পিনা নাত্তা-ও। কোলোই শঙ্গাইরেন অশংবদো নোংলেন ঈনৌ মাম্না পোঙ্গী উরেং শংথাংনৈএ। চেক্ল মাহোং মতুগুম কোলোই শংনা হেলনৌএ। মিয়েংশেন নাকথিংফৈবদা মুক্তা লৈরোং শাএ। সনা কোরি পরৈননা মণি-মুক্তা থিলএ। লিক্লাই মুখা পরেংদা মণি চুমপুম থিনবনা উনবা পুক্লিং হুএ। থোহু লুকসিবা চেংজা থাবানবা ভম্ফা মাইরংচান অশংবনা য়ুম্নেন শাইনোল নাইএ। হিরা য়াংকুম্নবদা সনা পুনলাং-থিনবনা উনবা পুক্লিং হুথোইএ। গৃহ শংথোল থুদিং স্নুবর্ণ চাংখ্রং লিয়েংনা মুক্তা খুরৌনবগী মালং হুম হুমশিল্পকপদা পোঙ্গী শেন্দাং থোঙ্গেনগুম মথোল থিং থিং হোবনা নোংলৌ পুক্লিং হুএ। শঙ্গাই কাপুম থুদিং শংচি চিথেক মরিমদা হিরা মুক্তা থিনবগী মঙাল অরা চাহুনা মুমিং খেলকারকপদা ভেজ মঙাল য়ৈনরবগী য়েংফদনা চেংলৌ মিৎপুরংএ। হে বীরসিংহ নিংথৌরেন-ও, মুইন্দ্রাণী চেংলৌ শকোই-হেনবীগী শঙ্গাই মকোলোইবু মভিক পান্দম লৈতে। অসিস্থ মদোমদে। নোংপোক ইম্মাংথংবদা শিঙেল যাচন্দন লৈমুংশিগী লৈরাং উপাল পোকএ। নোংচুপ ইমিংথোংদা বকুল শিঙেল

লৈম্নুংশিবু হৌরিএ। মাইকৈ খানা পাংবারম পানবা কবোকলৈগা মালতি শিঙেল লৈম্নুংওলগা লৈরাং লিয়েংলৈএ। অরাং লাইনা পাংবারম শিংঙেল চম্পা লৈহাওগা নাগেশ্বর লৈম্নুংওলস্নুং হৌরিএ। লৈরাং অসি খৈবিক্কী শিঙেল মনম ভাবনা উনবী পুক্নিং ছুইএ। অসিস্নুং মদোমদে। হে বীরসিংহ নিংথৌরেন-ও, অরাং লাইনা পাংবারমগী শিংঙেল লৈয়ামলক্কা সরোবর পুখ্রি নিংথিবা অমবু লৈএ। রুপা মপাক য়েনা ধাপখোং রাইশেংএ। লাইজ ঈয়াইরাংনা থম্বাল লৈঙাং লেঙৌ পোকএ। ধর ইথোক্লে অভাংবা শিঙেল লৈকায়াম্বা থাজ মাইয়োকলৈ অভৌবস্নুং লাংরামেন মানবা ধর অশংবনচিংনা শিঙেল মশেল লিয়েংলৈএ। লৈরাংনা লোনচিন্নবদা থম্বাল লৈরক থায়না পোম্বী চেকনিংথৌ হংস লম-কাওনা পুখ্রি লাইজ ঈয়াইরাং থম্বাল তোলনৌ থংনা চাক্কাইএ। চক্রবাক পোম্বী ভান্নু থঙোংনা থম্বাল লৈরক থায়এ, লাইজা ঈয়াহেম্বা চাক্কাইএ। কোরৌ নোংলুপালনা থাপখোং রাইশেম্বগী লৈরাই মুংবিথক্কা ময়ুর চেকওলথোক রাহোং মৈপুংবীচানা নৈনা ডমদমহৌবগী পুক্নিং লৈখৈনাইএ হায়দত্রা? হে নিংথৌ য়াইফবা-ও, মুইন্দ্রাণী লেমা নিংথিবীগী শংচি মাইকৈ চিথেক মরিমক্কা শিঙেল লৈয়াম পোকপগী লৈরাং মনম চাওবনা খোইমু য়োমলোই হৌনা শিঙেল লৈহী থকএ। লৈরাং লৈকা খুদিংদা পোম্বী খোলনৌবশিংনা চেক্লা য়াকানরিএ। মালাং অচিকপা থমগোন হুমহুম শিংপনা ভ্রমর খোইমু নহা থুংনৌবশিংগী খোইমু মশা ফন্না ওঁকার খোঞ্জেল ঙংবনা পুক্নিং মুংশিচংএ। পোম্বী খোনলংননা কোকিল চেকনিংথৌগা খোঞ্জেল মুংনৌখোক্লা খোংখৈববু উনবী পুক্নিং শুমএ হায়দত্রা? অসিস্নুং মদোমদে। হে বীরসিংহ

নিংথৌরেন, নংবু উনবী পুক্লিং পিনা নাত্তা-ও। মুহি নিংথৌ মমোমলোন সুইন্দ্রাণী চেংলৌ শকোই হেলকুম্বীবু অনিশুনা লৈতে। লোইদাম পূর্ণিমা থাজা মপুং ফাবগুম শকথোং মডাল নাই, পিশুম পাকোইরৈবু কোরৌ চুমথাং থানগুম পাকোইমদা হেলএ। চেংলৌ মিংকৈথোংবু কুরঙ্গ য়াওরৌ শজি মিংত্তানৈএ। মিংমৈ শেপ্পা য়েংববু চেক্লা থাম্রাংচাক মিংয়েংননা নিংথিথোইএ। নাত্তোন থোইদিং মপানগুম নাত্তা শকথোং হেলএ। লৈমা চিম্বান মোইকায়াংস্নু বিম্ব রসফল ভম্বাল হৈগুম মোইকাই ভাংনা হেলএ। য়ারেন থোংচিত্তাবু তালিন শেম্বী ফবো হৈমাচাকুম মুক্তা পরেং শিলকুমএ। য়োইবু ভাংজো মশমশিবু পোম্বী উকোং মৈত্তাননা লোইবী ফাকত্তোংগুমএ। থৌরি চাকয়োংলমবু লিক্লাই পরেং শিকুমএ। লৈমা থবাক লিকশিরমবু উনবী পুক্লিং ছুইএ। শয়েং মত্তানপোমবু থম্মৌ লৈয়ায়োলকুমএ। থুংত্তোন চম্পা লৈহাওগুম খুচিল লিক্লা পিশিনত্তোনগুমএ। থাং পর্মসিতাবু সিংহ নোংশা শাওনা লাংবন থোইরাবা থাংত্তানৈএ। ফৈবোম মত্তারাম্না থুবোম চংশৈ থাংথোংলমবু পুন্নুং থরোলৈগুম অহেন মিংচুথোইএ। থুয়া হিংডোল মচুগুম খুনিং ছুপ্পৌ ভাত্তেল-চিলকুমএ। নাওরা মথোক্লফ লৈমা যৌবন মকারৰূপী অদুনা চিঙ্গোই মোমোন নোক্লা মিংমৈ শেপ্পা য়েংববু লৈরোন নোংলোন অহুমনা উনবী পুক্লিং ছুনৈএ। হে বীরসিংহ নিংথৌও, লৈমা নিংথিবীগী য়োইবু মত্তা ভাইরোইনাই লীলাবত্তী অহেনবী পুক্লিং ছরাওহৈবী, চম্পকলতা নিংথিবী লৈহাও মরেং লৈগুম্বী, প্রেমলতা নোংলেন ঈনৌমানগুম্বী, মাধবীলতা পামেল উরিথাং থাংয়েংলৈগুম্বী, কুঞ্জলতা হেলনৌবী শিড়েল চংনিং চুত্তানবী, স্বর্ণলতা শংবানবী লৈশংত্তোনলোং লৈগুম্বী,

গুঞ্জলনী কৌবী লৈস্না নোংজুম্পানগুম্বী খোইনৌ মতা ভরেংমক্না হাওসিঙমগচিংনা মদাইরেম নোংশা খুাংতানবী চামগা মুইন্দ্রাণী অহেনবীনাঙমগচিংনা মপান য়াথোক্লকপদি খোইনৌ মতারোই পুম্নমক্না তোংচেং কাইনৌ থব্লানমিচাকুম মুইন্দ্রাণী নিংথিবী অহুনা লোইদাম পূর্ণিমা অনি নপ্পা থাজা খেনকারপগী থাপনা মঙান নাইবা-হুগুমএ। হে বীরসিংহ নিংথৌ লাংজেং মথোক্লকপা-ও, য়োইবু মাগী কোলোই মশঙ্গাইবু য়োংকী শারং শিনা পল্লোন তরেং কোয়এ, থোংলোন মাপল থিংবদা ফৈতা লাম্বা থোংথৈগী লিচৈত্তরানগুনা মিংয়েং নাওগুমদা থোম্লেন তুমগনদনা শংলেন লালুপ কানা ঙাক্লিএ। য়োইবু মুইন্দ্রাণী অহেনবীগী মতিক অচৌববু কনা হায়ঙমগবনো? হায়ওম্লোইএ। হে বীরসিংহ নিংথৌরেন-ও, নিংথৌ নংগী শিংঙল নতুক্না লৈরাং নপানবদু পাংতোকপিরনে। খোইয়াম চিংডু রানোং-তম্বনা নিংথৌ নংগী দমকপু মতিক লাংঙল চাওনা পোকমনরকপিন-বিভৈনে হায়না অম্মম পাওতাকপিরবদা বীরসিংহ লাংজেং মথোক্লকপদি মুনি চিঙ্গোই ময়াথংবু নাভারাগী পাইমা উনগোইম্লংদা অপাম পুক্লিং চং, লৈমা কোলোই মমিং থোংদনা উনবী পুক্লিং হুথিরবগী শমু মখুৎ লোম্না রাইমজ্জরকএ—হে ঋষি লাইবু নিংবা-ও, মুনি নথৌজাম্না লৈমা মতিক অথোইবীবু পাওতাকপিরবগী মুইন্দ্রাণী কোলোই মমিং থোংনা নিংথৌ ঐগী পাইমা উনগোইম্লংবু লাংকোম তেম্না হোইগুমলকলে। মুংশি কাওংমদনা অরা মথৈ লৈতবা অসিবু ঋষি নথৌজাম্না করম লাংবিবা? লোইদাম থাবুম তরুকী য়াংলৈ লমদাং-শাংবু মতৌ করম চংনা লৈমা চেংলৌ শকউসিবনো? মুনি নথৌ-জানবু নত্তনা পাঙ্গল চৈশু অমা তৈনা লৈত্তরে। নদাইরেম ঐদি

মুইস্রাণী অহেনবীবু নত্তনা লৈমা কনাগুম্বী অমবু শমু নাক্তা থাঙম্ন-রোই হায়না অশুম পুরুমজরবদা মার্কণ্ড মুনি লাইবু নিংবনা নিংথৌ সুংওল মতৌ য়েং, চিঙ্গোই মোমোন নোক্লা রাহমকএ—হে নিংথৌ চেংলৌ শকহেনবা-ও, লহান নিংথৌ নংগী জন্ম মপোক অমরক্তা শিঙেল তোংতমপুনবা তাপুম্বনা লৈরাং থয়োম শাবদা শাংমন্নরকপা অরেপ্পনে। চিংঙু নোংদম্বনা নিংথৌ নংগী শমু ওইরম থাম্নুনো হায়না নোংদম্বিরম্বনে হে নিংথৌ অথোইবা, নংসু নিংথৌ নমাম্নবরক্তগী ভাগ্য-বন্ত চিংঙু লাইবক ফববু নিংথৌ নংগুম্ববু পংনা লৈত্রে। হে বীরসিংহ নিংথৌরেন-ও, উনবী পুক্লিং তপ্পা নাত্তা-ও। নিংথৌ নংগা লোইদাম থাবুম তক্কক থাম্পএ। মত্তৌ করম তোনা লৈমা চেংলৌ শকউন-রিবনো অরা ছুইরাং শোল্লুগনো। নিংথৌ য়াইফবা নংগী দমকপু হৌজিক চেংলৌ মিংকুপমরুমদা কোরৌ নোংলাংপানগী উচ্চৈশ্রবা মপারি ভদ্রশ্রবা কোবা লাঙ্গোই অপাইবী অমবু য়োম্নুনা নিংথৌ নমাং শংশংবদা রাইথুংলউভনে। লোইদাম থাবুম তক্কক্তা য়াংলৌ লমদাংশাং নপন মাগী মরৈবাকপু কোরৌ নোংমদা রাইথুংলুরবগা মুইস্রাণী অহেনবীবু চেংলৌ শকউনরুউভনে। পুক্লিং অরাবব চংলুগনো হায়না অসুম রাহম্নরে হায়দত্রা?

মুনি ব্যাস লৌশিংবনা পাওমেনখিএ—হে সেবক ইপারি জয় মুনিরেন-ও, মুনি ঐগী চিঙ্গোই ইয়াথংবু উনবী পুক্লিং তপ্পা নাত্তা-ও। কোরৌ অচু নুমিৎমদা অমরাপুর খোইয়ম লাইরৈবাক্তা চিংঙু নোংনিংথৌ অরাংবা থংয়োইরেনবনা রাহমখিএ—হে উচ্চৈশ্রবা মপারি ভদ্রশ্রবা লাঙ্গোই য়াইওইবা-ও, নংদি তাইবং নোংশা-পানগী রঙ্গদেশ সনা লৈময়োম্না ইপারি ইন্দ্রসেন লৈরাং অতোনবগী

মশানওল বীরসিংহ কৌবনা রাজা নিংথৌ ওইরিএ হায়ববু লাঙ্গোই নংনা খংলিবনে। বীরসিংহ নিংথৌরেনবু অচাও লেপফারে, শাংশু লমওয়ক্লে। নিংথৌ মাগী লাঙ্গোই লাথোংশা য়াইশা মুংচানববু ওইক্ল-ও হায়না অস্থম রাহয়বগা লাঙ্গোই শাপোৎ শেম্, সনা মণ্ডান নাইনা লৈতেংবিরে। চতুরঙ্গ নিংথৌ পোৎলোই অয়াম্বা কিরিটি লুহুপ মুংজানবা কোলোই সনা শিনায়ান চৌংলাই শাবস্নুং কঙ্কন কোলোই মথুৎশিস্নুং নোপুর সনা মথোংশিগা কোরৌ নোংমদোনগী পোৎলোই নিংথিবা থৈবিকপু লাঙ্গোই শয়াংথক্লা হাপ্লবগা ফিগে রানা মানবনা চিনবুন থুপকি লোননা কিশিল্লবদা লাঙ্গোই য়াইওইবদি চিংডু ইন্দ্র সরারেনগী মপন উচ্চৈশ্রবা পাঙ্গলবাবুস্নুং পুরুমলবগা কোরৌ নোংলানপান্দগী বীরসিংহ নিংথৌ-রেনবু তম্মা যাত্রা থোংশাল্লকাস হায়দত্রা? লাঙ্গোই য়াইওইবদি তাইবং নোংশাপানগী তীর্থ লাইকমলেন উন্নং অকুংবা চৌংলেন পনলংলা লোকুং অশুকপা তুথুন তুরেল রাজ্য লৈবাক থৈবিকপু হেনলুম্নবগা লাঙ্গোই পাঙ্গলবদি বীরসিংহ নিংথৌরেনগী পূর্ব্ব দ্বার নোংপোক থোংজাও মাংদা রাইথুংলরে হায়দ্রত্রা? লাঙ্গোই য়াইওইবা নমু মীরোল থোকপনা রাহমলকএ— ফৈদা থোংশংবা-ও, রাজা ননিংথৌদা লাঙ্গোই অপাইবা অমবু রাইথুংলৈএ হায়না পাওতাক্লু-ও। অস্থম থৌশিখিরবগী দ্বার থোংশংবদি অচেন থংলৈ য়াংনা নিংথৌ সভারক্লা শমু মথুৎ লোম্না রাকৎচখিএ। হে ইবুংঙো রঙ্গদেশ লৈমাবা, লাঙ্গোই শগোল অপাইবা নমু মীরোল থোকপা অমবু নিংথৌ নংগী দ্বার নোংপোক থোংজাওরেনদা রাইথুংলৈএ হায়না পাও লাকপবু নাভারবগী বীরসিংহ নিংথৌরেনদি হরাও মথৈ

লৈতনা য়াহৎলকএ। হে ফৈদা থোংশংবা-ও, লাঙ্গোই অপাইববু শমু পালোইননা থুনা পাওকৌশিল্লকও হায়না থৌশিখিরবগী ফৈদা থোংশংবদি অচেন থংলৈ য়াংনা লাঙ্গোই অপাইববু নিংথৌ সনা মথোংথাবু তাম্না পাওকৌশিল্লক্রবদা লাঙ্গোই লৌশিংবনা রাজ সভায়াইদা মকোক মালেম লৈবু শক্লা পুক্রমলৈএ হায়দব্রা? বীরসিংহ নিংথৌরেম্না লাঙ্গোই মতৌ উরবগী হরাওমথৈ লৈতনা পাওহংলকএ। লাঙ্গোই অপাইবা নংবু কোরৌ নোংলোন কদায়-রমগী নিংথৌ ইরৈবাক্তা য়াইথুংলবনো হায়না পাওহংববু লাঙ্গোই য়াইওইব্লনা পাওখুমখিএ—হোইদা হে নিংথৌরেন অথোইবা-ও, নদাইরেম ঐদি অমরাপুর খোইয়ম লাইরৈবাক কোরৌ নোংমা-দোনদগী ইন্তানলকএ। হে নিংথৌ অথোইবা-ও, চিঙ্গোই ইয়াথংবু নাতাবি-ও। চিংডু নিংথৌ সরারেন্না নদাইরেম ঐবু নিংথৌ নংগী সনা নরৈবাক অসিদা লাঙ্গোই নখুনেৎপু ওইনা তাইবং নোংশাপানদা পুনসি চহৈ তাইনা পানমন্নরু-ও হায়বগী নিংথৌ নংগী লিক্রুং তেনবী য়াইওইবা কিরিটী সনা লুহুপ মুংচানবা কুন্দর ননা শিন্নুং চংবা অক্ষয় মকপা লৈতবা চৈরৈ ফিরোই লমতানবনচিংনা চিংডু ইন্দ্র সরারেন্না পিথরকএ হায়না অসুম পাওখুম্ববু মাত্তারাগী মদাইরেম পাত্র অতম্বশিংনা লাঙ্গোই শয়াংথক্তগী লিক্রুং তেনবী, সনা ফিরোই, খুজি নায়ান নিংথৌ পোংলোই থিবিকপু নিংথৌ মাংদা থানা কংলবদা বীরসিংহ নিংথৌনা পুক্লিং হরাও থোইনা পাওহংলকএ—হে লাঙ্গোই য়াইশা নমু মীরোল থোকপা-ও, নংবু কনানো? চিংডু রা খোইয়ম লাইনিংথৌ নোংদম রায়েন-লিবনা লাঙ্গোই মশক ওইনা শানওন্নব্রা? নিংথৌ ঐবু পুক্লিং

ইরাং চনবগী নাতানিংএ। পস্থৈ নপা কনানা পোকপনো, কোলোই নমিংথোংস্নুং করি কৌবনো হায়না অস্থম পাওহংববু লাঙ্গোই লৌশিংবনা হোয়দা হে নিংথৌ অথোইবা-ও, লাঙ্গোই ঐগী পস্থৌ ইপা পোকমাবা ইপুরেনদি কলিশ্রবা পাঙ্গল মপা তাম্বা তৌনা কৌএ। ইপু লাঙ্গোই পাঙ্গলংগী পাঙ্গল মতিক অচৌববু কনা হায়ওমদে। পাইমা উনগোইস্নুংদা নিংশিংবগা তম্না স্থান মফম য়োবগা মায়েএ। চেংলৌ মিংকুপমরুম নিংববু চেংলৌ মিংকুপমরুমদা তম্না থুংওম্মে। পুক্লিং মালং স্নুংশিংয়াংগুমএ। ইয়ু কলিশ্রবা পাঙ্গলবগা পান্দম মতিকববু ত্রিভুবন মরোল অহুম্মক্তা পুম্না লৈতে। হে নিংথৌ অথোইবা-ও, ইয়ু কলিশ্রবা পাঙ্গলবা অহুবু চিংডু ব্রহ্মা নামুংবগী শমু মথুনেং ওইবগী তাইবং নোংশাপাল্দা কোলোই মমিং চংএ। ইয়ু কলিশ্রবা মপারিদি উচ্চৈশ্রবা তৌনা কৌএ। ইপন পস্থৌ পোকমাবা উচ্চৈশ্রবা পাঙ্গলবনা মতিক ওমথৈ লৈতে। ত্রিভুবন মরোল অহুম্মক মাঙেম চিথেক মরিমকপু চেংলৌ মিংকুপমরুমদা কোইওমএ। চিংড়ু নোংথৌ সরারেনগী শমু মথুনেং য়াইশা লুচিংবনে। ইপন উচ্চৈশ্রবা মপারি ভদ্রশ্রবা কৌবদি ঐনে। নদাইরেম ঐবু নিংথৌ লাঙ্গোই নথুনেংপু ওইরে। লাঙ্গোই ঐগী ইপুনিসিদি লাংহৈ কুমশিং খিনা পাওতাকওম্লোই। মায়া মশানওল থৈবিকস্থ শানওল মতিক থংএ, হে নিংথৌ অথোইবা-ও। নিংথৌ নংগী পাইমা উনগোইস্নুংদা নিংজরিবা থৈবিকপু লেপ্পা তানফংজওমভেনে, অরা পুক্লিং চংলগনো হায়না অস্থক পাওথুম্ববু নাতারবগী নিংথৌ পাইমা উনগোইস্নুংদা হরাওমথৈ লৈতরে। নিংথৌ লাংচেং মথোক্লকপনা অনৌবা পাওহংলকএ—

ত্তৌইগীদি হে লাঙ্গোই পাঙ্গলবা-ও, নিংথৌ ঐনা লাঙ্গোই নতিক অচৌববু মিংয়েং শানখৈনিংএ। ঐস্থ রাইরা ত্তেনকাপ অমরক্তা তেনবী মঙা কাপগুমএ। কোরৌ নোংলোনথক মালেম চিথেক মরিমক্তা তেনবী মপুম অমমম্ পাইথিববু লাঙ্গোই নংনা চেংলৌ মিংকুপমরুমদা ফাঙমু্বরা হায়না পাওহংববু লাঙ্গোই পাঙ্গলবদি চিঙ্গোই মোমোন নোক্লা পাওথুম্লকএ। তৌইগীদি নিংথৌ রাইরা নত্তেনচাবু কাপথৎ-ও হায়রবগী বীরসিংহ নিংথৌনা লিরুং মথুৎশুবু লিরি থেলচোং ত্তিংনা রাইরা তেনপুম মঙাদংবু লকা তেনমৈরাক লিচিং নাকোং কংনা রাইরা তেনরাইথিববু কোরৌ নোংলোনথক্তা পাইথৎ-থিএ। মাইকৈ মরিমক্রুস্থং তেনবী অমমম্ পাইথিববু লাঙ্গোই পাঙ্গল মপাঙান্বনা চেংলৌ মিংথিংলবগী লাঙ্গোই পুংহৌ পাইমারক্তা রাইরা তেনপুম মঙামকপু তেনবী মপুম্মবু হেলহনদনা ফারুরবগা রাইরা তেনপুম মঙামদি নিংথৌ মথুবাক্তা পিররে হায়দব্রা ?

লাঙ্গোই মতিক অচৌববু উরবগী নিংথৌ পুক্লিং হরাওথোইনা রাহম্লকএ—হে লাঙ্গোই পাঙ্গলবা তাম্বা-ও, গুণ নংগী নতিক অচৌববু শানথংলে। চিংডু শিদবা থোইয়ম কোরৌ রায়েল্লিবা মহাক্লা লাঙ্গোই মশক ওইনা শানওনবিরবানরিডৈনে হায়না অম্মুম থাগংলবগা বীরসিংহ নিংথৌ-রেনদি অনৌবা পাওমেল্লকএ—হে লাঙ্গোই পাঙ্গলবা-ও, নিংথৌ ঐগী কোলোই ইয়াথংবু নাতাবিংও। মার্কণ্ড মুনি অথোইবনা পাওতাক-পিরবা পূণ্য পন্দোল লৈমাবা মুক্তি নিংথৌরেনগী মমোমলোই স্থইন্দ্রাণী কৌবী কোলোই মমিংথোংনা তেনবী মশুং ওইনা থমোই ঐগী অথিবদা মুংওল তেনপানগুম্মে। লোইদাম থাবুম তরুক্তী য়াংলম তাংশাং অথাপ্পবু করম য়োঙমসিবনো হে লাঙ্গোই পাঙ্গলবা-ও। হাকথক

লাংঙল অসিদদি ছুইন্দ্রাণী অহেনবীর নত্তনা লৈমা কনাগুম্বী অম্বর শমু লাক্তা থাওম্লোই। লাঙ্গোই নংগী শংলৌ নথৌরাংবু করম লাংবিগবনো হায়না অস্থুম রাহমববু মার্কণ্ড মহামুনিরেম্না পাও-মেল্লকএ—হে নিংথৌ লাংচেং মথোক্লকপা-ও, পাইমা নংগী উনগোই-হুংদা হায়রা পুক্লিং চংলুগনো। লাঙ্গোই নংগী হুংচানবা পাঙ্গল মপা তাম্বা অসিবু লৈরোন নোংলোন অহুমদা পুক্লিং মানা চিংনববু পুম্না লৈতে। মতিক চৌংলেন পনলংলাকুমএ। কনা হায়ওম্লোইএ। রারম অয়াম্বা থৌরম থোক্লবা মতৌ ওইরক্কদবা থৈবিকস্থুং লাঙ্গোই মাগী পাইমা উনগোইহুংদা ভম্না থংলিবনে। নিংথৌ নংহুম লাঙ্গোই কোলোই ময়াথং থৈবিকপু হেনথোকহরোই হায়না অস্থুম পাওতাক-পিববু নাতারবগী বীরসিংহ নিংথৌনা নিংথলখিএ। পাইমা ঐগী উনগোইহুংগী অরা মথৈ লৈতবা অসিবু লেপ্পা থুংলভেনে হায়না হরাও মথৈ লৈতনা লাঙ্গোই মচিঙ্গাক অহাওবা নমু পোং ওইবনা চানরিবা থৈবিকপু উংনা পুক্লিং পেন্না তংঙনলবগা লাঙ্গোই শাপোং শেমলে। কোলচম সুরব তাও, মৈরা য়োখাংনা থারি থুপকি লোন্, পুক্লি মিতয়াক, সনা শাপোং মতান নাই, মণি-মুক্তা থিনববু লৈতেং মশিং শুরবদা লাঙ্গোই মতৌ নিংথিববু নমু পোং ওইবা থৈবিক্লা শোনমোই-নখিএ। উচ্চৈশ্রবা মপারি ভদ্রশ্রবা কৌবা লাঙ্গোই মপাতম্বা অসিবু থোইয়ম বিধাতা অতম্না করম শানশেম্লম্বগে লাঙ্গোই মওং লাক্লা হায়ওম্লোই হায়না অস্থুম শোইমোইনৈএ হায়দত্রা? রাজা বীরসিংহ নিংথৌরেনস্থং পূণ্য পন্দোল লৈময়োনবু ইস্তানলকে হায়বগী চিংডু ইন্দ্র সবারেম্না লল কুবিম্লকপা সনা ফিরোই পুম্নমকপু মানলৌ মথৌ য়েংনা চরৈ ফিনৌ শেংলে। সনা মেথলা নিংথিবা তঙ্কা

মণিক থিনববু থ্‌াংনপ মঙাল নাইনা হেলমোইরে। কুন্দর মনাশি নিংথিবা মকম্ন চৌংলাই শাববু নাকোং অনিমদা নায়ান মঙাল নাইনা তকুপ মাইরেং হৌববু সূর্য্য থবী শেনকোইরেনগী মুমিৎ মঙাল অরাববু ঙমজৈএ। শয়েং মতানবোম থম্বৌ লৈরয়োলশুম্না পানবোম মতা হেনবা অনিমদা শয়াং তানচৌ শি, তানচপ মঙাল নাইনা কঙ্কন কোলোই খুৎশি থোনববু নিংথি পুক্লিং হুইএ। শমু মথুৎতোন নৌথোইবা চম্পা লৈহাও মানবদা চোইনৌ সনা খুদোপ নিংথিবা মণিক তোমথিম্নববু চাংজৌ খুৎফাং লৈ, খুদোপ মঙাল নাইনা অহেল মিৎচুথোইএ। সনা ফুরিৎ মুংচানবা অক্ষয় কবচ মক্তবা চোইনৌ সনা পুম্নাকপ্পবু ফুরিৎ মঙাল নাইনা নিংথিএ। অসিস্তুং মদোমদে। কিরিটি সনা লুহুপ মুংচানবা চোইনৌ সনা পুম্নাকপ্পা মণিক য়াইদা রাংনা ঙক্ষা তোমথিম্নবগী তারা থরানমিচাককুম তকুপ মাইরেং হৌববু তাংজা লুরেনতোনদা লুহুপ মঙাল নাইনা অহেল মিৎচুথোইএ। সনা থবাক লিক নিংথিবা থাজা মচেৎ শাবদা মুক্তা চুম্বুল থিনবনা থাম্বি মৈবুল থানগুম থবাক মঙাল নাইনা চেংলৌ মিৎকোইচুএ। নিংথৌ শমু মহাকশাং নোংশা থ্‌াংতানবা হকচাং নব অনৌবদা শিঙেল লৈগী লিক লৈরাং পরেং নিংথিববু শিঙেল থাও-ওল হক-য়েৎনবনা য়েংশিনথিবা থৈবিক্তা নিংথি পুক্লিং হুইএ। মিৎয়েং থুকম হোংঙমদে হায়দত্রা ?

নিংথৌ চৈরৈ মক্কিজেৎপু লৈতেং মতোন লোম্নবদা পলেম মমা পোকমাবী দুর্ঘনা লৈমরেনগী শমু থোংবী পাইনা পুরুম-লবগা শমু মখুৎ লোম্না রাহপ্জথিএ —হে পলেম ইমা লৈমরেন-ও, পলেম নংগা নদাইরেম ইম্ন পাত্র অঙম্বশিংগা উনবী পুকমাম্ননা রাজ্য

লৈবাক ভাকমনঙম-ও। নপারি ঐদি পূণ্য পন্দোল লৈময়োনবু ইস্তানদুগে। নহুইরোল চেংলৌ শকহেনবী মুইন্দ্রাণী নিংথিবীবু শমু নাক্তা থানা ইরান থুনা ওনতেরক্কে। পলেম চিঙ্গোই নয়াথং আশীর্ব্বাদ য়াথং অফববু লনকুবি-ও হায়না পুক্নমজবগী পলেম মমা পোকহাবী দুর্ঘনা লৈমা অহেনবীনা মপারিগী চিঙ্গোই ময়াথংবু নাক্তারবদা অল্লা মথৈ লৈতনা পাওমেল্লকএ—পারি ইবুংঙো নংবু নপন নিংথৌরেল্লা নত্তোম শাংলম্বগী লৈরাং নত্তম মানববু কনা লৈক্তে। পারি নংগী চেংলৌ নশক উদনা ইত্তোম করম য়াঙ্গোইক্ল-ও হায়বনো ? ত্তৌইকুম পূণ্য পন্দোল লৈময়োল কৌবদি লোইদাম থাবুম তরুক্কী য়াংলৌ লমদাংশাংনে হায়না নাত্তায়ে। পারি নংবু নদাইরেম সেনা লাম্বী পুম্নমকপু ভাইরোইনদনা লাঙ্গোই অপাইবদবু শমু খোংওইনবা নত্তোম করম ইস্তানথিবনো হায়না অস্থম পাওমেনববু নাত্তাবগী মার্কণ্ড মুনিরেল্লা য়োইবু দুর্ঘনা অহেনবীগী মুংশি মত্তৌ অল্লাবা মপারি থায়না ভমদববু চেংলৌ মিৎথিৎলবগী ঋষি অথোইবনা হাইল্লকএ—হে লৈমা অহেনবী-ও, লাঙ্গোই য়াইওইবা অসিবু নপারিগী শমু মথনেৎপু ওইনা ভাইরোইনথিরবদি পুক্নিং অল্লা চংলুগনে। লোইদাম থাবুম তরুক্কী য়াংলৌ লমদাং শাংয়িকুম কোয়ৌ নোংমতবু লেপ্পা হাইথুংলুউনে। লৈমা নংগী পাইমা উনগোইন্নংদা মুনি ঐগী চিঙ্গোই ইয়াথংবু পুক্নিং থাজদরবদি দণ্ড ইখুংশু অসিবু কোলোই নংগী শঙ্গাইমাংদা মুংলমগে। সনা খোংনাং নিংথিবা পামেল নাম্নেংভাবু ওইরসনো। হুয়েং নপারিগী পান্দম অল্লাবা মত্তৌ মুংশিববু য়েংনৌ-ও। তল্লা নারেংবা খোনাং উপুনশি অসিনা পামেল মনামবু থাক্তনা খুইরবদি নপারি বীরসিংহ নিংথৌরেনবু অল্লা মথৈ লৈতনা লাম্নংঙৌনে।

থোংনাং মশা পুম্নমক কংলবস্থুং তল্লা মউতাবু শংলবদি মপারিগী প্রাণ থল্লাইদদি মাংদরিবনে। পামেল লিনফু মরা ফংনা কংলবদি অমা য়ারাবু ওইননা প্রাণ থল্লাই মাংলে হায়ববু নিংথেলচৌও, হে দুর্ঘনা লৈমরেন-ও, নংবু পুক্লিং চিংনরুগনো হায়না অস্থুম পাওমেনৱাগী য়োইবু দুর্ঘনা লৈমরেনদি মপারিবু জয় য়াইফরকসনু হায়না লৈমা পাইমা উনগোইস্থুংদা চিংতু কোরৌ ললশা চা, ৱাংপন পাওফা চারবগা নিংথৌ মপারিগী দমকপু পানা নানৌ থল্, থা শুংদাই থায়, কর্পূর মনম মুংশিবনা চিংনা মরৈ-মশিং ৱাংহন্দা, হৈরাং অশং য়েং, তাওজিং অমুন থল্, লাক্ল থুমথোইবনচিংনা মানলৌ চুনপত্তা, চৈরৈ থুপকিননা শমু খুৎশিন্নরবগা মপারিবু জয় য়াইকনবা আশীর্ব্বাদ য়াথং অফববু লল কুবিথিএ। হে পারি ইবুংঙো নংবু ইচ্ছইরোল মুইন্দ্রাণী অহেনবী লৈমা চেংলৌ শক-হেনবীবু শমু ওইরম থানা নরাল থুনা ওনতেরক-ও হায়না য়াথং অফববু লল কুবিরবগী মপারি বীরসিংহ লাংচেং মথোক্লকপনা মপন পলেম মমা পোকমাবীগা মার্কণ্ড মহামুনিবেনবুস্থুং হুম্না হুম্না পুক্লমজ্জরবদা ঋষি অথোইবনা আশীর্ব্বাদ য়াথং অফববু বর লল কুবিথিএ। হে নিংথৌ যৌবন মথোক্লকপা-ও, পাইমা নংগী উনগোইস্থুংদা নিংজরিবা থৈবিকপু মহৈ চুম্না য়াল্লসনো হায়না অস্থুম বাক্য য়াথং অফববু লল কুবিরবদা বীরসিংহ নিংথৌরেনদি মপন ইন্দ্র সরারেন্না লল কুবিরকপা লিক্লং মথুংশু মক্কবা খুংথুম তম্ফা থিন্না মণি-মাণিক থান্না লিক্লং য়াইওইববু শমু খুংতা পাই, ৱাইরা তেনবা মক্কববু সনা তেন্দোং থম্না, পোংলোই মশিং শুনা লৈতেংলবগা নিংথৌ লাংচেং মথোক্লকপদি থেললেন মতম অফবা য়েংনা ভদ্রশ্রবা

কৌবা লাঙ্গোই পাঙ্গলবগী লাঙ্গোই শাথক তোংনা অরাং লাইনা পাংবারম শূন্য অতিংডাদা কোরৌ নোংলেন পাইনা যাত্রা থোং-শাল্লকএ হায়দব্রা ?

মার্কণ্ড মহামুনিরেম্না হায়ল্লকএ। হে রঙ্গদেশ লৈমরেন-ও, নংস্থ সনা নংগী য়োইকোম্নুংদা য়াঙ্গোইরৌরো, মুনি ঐস্তুং থাপ্না ঐগী ফম্বীরেনবু ইস্তান্থিরগে হায়না হায়ব্বু নাত্তারবগী দুর্ঘনা লৈমরেনগা পাত্র লৈবাক কোয়বা পুম্নমকস্তুং মুনি অথোইববু পুক্নম-জরেএ। ঋষি লাইবু নিংবদি আশ্রম মাগী ফম্বীরেনবু ইস্তান-থিরে। য়োইবু দুর্ঘনা অহেনবাস্তুং সনা মাগী য়োইকোম্নুংদা য়াচংথিরে। মদাইরেম মালেম লৈবাক কোয়বা পুম্নমকস্তুং মরান যুমথিথিরে হায়দব্রা ? হে সেবক ইপারি জয় মুনি-ও, য়োইবু দুর্ঘনা লৈমরেনস্তুং শঙ্গাই মকোললোইদা লৈজহনথিসনো ;

অসাইডৈগী মপারি বীরসিংহ লাংচেং মথোক্লকপদি ভদ্রশ্রবা লাঙ্গোই য়াইওইববু শমু থোংওইনা নিংথৌ তেজ মঙাল নাই, মালং চৈরোইননা শগোল মথি নাই, লাঙ্গোই মরাং হৌ, ফুশিং মমাং ফম্না পাইথিবদা নমু পোং ওইবগী রাজ্য লৈবাক পুম্নমক তুথুন তুরেল অয়াম্বা, উমং অকুংবা, লোক্নুং অশুকপা, লুকালুকি চীংমু চীংজাও থৈবিকপু চীংলেন ফৈতোই শম্না কোরৌ নোংলোন পাইথিরবদা মালাধর কৌবা চীংলেন পনলংলা মুংঙাইববু নিংথৌ মাংদা থানা চেংলৌ মিংথিংলবগী বীরসিংহ নিংথৌরেম্না লাঙ্গোই মথুনেংঙা পাওহংথিএ। হে লাঙ্গোই লৌশিংবা-ও, চেংলৌ মিংলম থম্না লৈরিবা চীংলেন থোইনা নিংথিবা অসিবু করি তীর্থ লাইফম করম্বু,লৈরিবনো, চীংলেন কোলোই মমিংথোংস্তুং করি কৌবনো হায়না

পাওহংববু লাঙ্গোই লৌশিংবনা পাওথুমথিএ—হে ইবুংঙো নিংথৌ অথোইবা-ও, চীংলেন থোইনা নিংথিবা অসিগী কোলোই মমিংথোকদি মালাধর তৌনা কোএ। চীংলেন নিংথিবা অসিগী তময়া হুম্বরকপদা নদী তুরেল চেল্লিএ। ফম্বী থোইনা মুংঙাইববু উনবী পুক্লিং হুইএ। তাইবং নোংশাপান অসিদা অদ্ভুত ওস্তোকপা চীংলেন মতৌ নিংথিববু অনি শুনা লৈতে। পামেল উপাল চাওথোইবা থৈবিকপু তল্লা মশিং শুনা গৌরিএ। পামেল উথোংথাগী ফম্বী থোইনা চিকপা অতুদা সরস্বতী কৌবী গঙ্গা লাইজ ঈরিক লাইনম্মুং তীর্থ ঈরোং অহুম ফাংনা চেনথরিএ হায়না অস্থম পাওথুম্নবদা বীরসিংহ নিংথৌরেম্না পাওহংলকএ। হে লাঙ্গোই লৌশিংবা-ও, মালাধর চীংলেন পনলংলোগী লাইফম মুংঙাইবা অসিদা চেংলৌ মিংকুপ মরুমদবু অয়া পোংথাথিসে হায়না য়াহমথোনগী লাঙ্গোই লৌশিংবদি মালাধর চীংলেন পনলংলা নিংথিবা নাপোম হুম্বরকপগী পামেল উথোংথাবু তান্না শূন্য অতিংঙাদগী পাইথরক্লবগা গঙ্গা লাইজ ঈরিকলাইগী লৈরাই মুংবিথক্কু য়াইথুংলুরবগা নিংথৌ অথোইবদি লাঙ্গোই শয়াংথক্কুগী মালেম লৈদা কুম্না শিঙেল লৈথোংথা অচিকপদা অয়া পোংথারবগা মিংয়েং শানথৈথিববু তীর্থ লাইফমলেন মুংঙাইবা উনবী পুক্লিং হুববু পান্দম মতিক লৈতে। য়োইবু গঙ্গা লাই-রৈমানা ঈরোং অহুম ফাংনা চেন্থরিএ। উমং ওইরম য়েংলমগী লৈরাই মুংবিথক্কুসুং সুগন্ধ মনম মুংশিববু শিঙেল লৈরম শুনা হৌরিএ। তল্লা মশিংমবু য়াংতনা হৌওমএ। পামেল উফৈথক খুদিংদা পোম্বী চেকনিংথৌ কোকিল থোননৌবনা য়ারা থোঞ্জেল মিনা থোংথৈরিএ। শিঙেল লৈকা খুদিংদা থোইমু নহা থাংনৌব-

শিংনা শিঙেল লৈহী থক্না শব্দ খোঙ্গেল ভংলিএ। মালং হুমহুম শিংপনা লৈরাং মনম তাবগী উনবী পুক্লিং হুইএ। লাইজ গঙ্গা মপানগী শেক্তাই নুংথেল থংথংপদা ময়ুর রাহোং চেলওলথোক্না পোম্বী অনি মাইয়োক্না চেক্লা মৈকা থেক্না নর্ত্তক জগোই শাইএ। হংস লম-কাংভা পোম্বী ভাম্বু থঙ্গোংগা চেক্লা পুম্নমকম্বুং পোম্বী য়োম্নৈ হৌ, চেক্লা য়োমতম পৈনা চাক্তারিএ। চীংডু লাইফমলেন মুংভাইবা উনবী পুক্লিং হুবদা রাজা বীরসিংহ নিংথৌরেনদি গঙ্গা লাইজ শাম্না ঈক্ল শানতেংলবগা শিডেঙ্গ লৈয়াম হেক্, লাইজ খুজোক লৌনা সূর্য্য থবী শেনকৈরেংদা খোঙমা মায়োক্লনা পূজা ঈরাংচরিএ। হে ইবুংভো দীনমণি মুমিং য়াইরংচান থবী শেনকৈরেং অপানবা নংবু তাওদনবা সনা নখোংথাদা পুরুমজবনে। মুমিং মথৌচানগীনা মুহি নিংথৌ মমোমলোন মুইন্দ্রাণী চেংলৌ শকহেনবীবু শমু ওইরম থাববু য়োনদনা লল কুবিও হায়না অস্তুম পুরুমজরবগা মপন পলেম মমা পোকমাবীগী শমু মেল্লো মথুংথোন ফল-মূল অহাওবা, লাক্ল থুমথোইববু লাঙ্গোই মথুনেংকা থংমনরে হায়এ। পানা নানৌ থল্, থা শুংদাই লৌনা চিম্মাল মোলকাইয়াং নিংখিবা রাপন তয়াল হৈকুম্ববু কর্পূর মনম মুংশিবনা মুথ চিন শেংনরে। অস্তুম্না পামেল উথোং খা অচিকপদা অরা পোংথারম্নবগা নিংথৌ লাংচেং মথোক্লকপদি ভদ্রশ্রবা লাঙ্গোই অপাইববু শমু খোংওইনমনা মুংশিং মমাং ফম্, মালং চৈরোইননা পূণ্য পন্দোল লৈময়োনবু ইন্দ্রানলক্লে হায়দব্রা ?

অস্তুম লাঙ্গোই মরাং হৌনা পাইরকপবু ভানুব্রহ্মা হিংচাবগী রাজ্য মরৈবাকপু নিংথৌ মিংলম থম্না চেংলৌ মিংথিংলবগী লাঙ্গোই মথুনেংতা পাওহংথএ। হে লাঙ্গোই মুংচানবা-ও, রাজ্য লৈবাক

অচৌবা খুন্দা থোইনা নিংথিবা চোইনৌ সনা শঙ্গাইগী ভক্ষা ভোম-থিন্নবব চেংলৌ মিংপু লংনা নিংথি পুকহুবা অসিবু নিংথৌ কনাগুম্বগী রাজ্য মরৈবাক্তে হায়না পাওহংবব নাহারাগী লাঙ্গোই লৌশিংবনা পাওখুম্নকএ—হে ইবুংঙো লাঙ্গোই থরাই ইমিরেন-ও, নংবু উনবী পুক্লিং ভপ্পা নাত্তাবি-ও। রাজা লৈবাক অচৌবা অসিদি রাক্ষস হিংচাবা ভানুব্রহ্মা, মেঘনাদ কৌবা শানৌ মচিন-মনাওগী রাজ্য মরৈবাক্তে। রাক্ষস নমু মী হিংচাবা নিংথৌ লক্ষ তরা লিশিং তরা চা তরাগী মবুং-ভোবু ওইনা পাল্লিএ। অসিস্বুং মদোমদে। থাইনা নহান নোং ভানুব্রহ্মা মরৈবাক অসিদা চণ্ডাল লৈবাক অচৌবা অমবু লৈরমএ। চণ্ডাল ফজুবা লিংজেল মরমচং নিংথিদবনা কলি লমচংনরবগী চিংঙু ব্রহ্মা লোংদহ্মনা থোইযম পাইনা উনগোইস্নুংদা মতোম নিংথল-খিএ। হৌজিক সত্যযুগ অহানবা অসিদা কলি মরমচংপু করিগী চংলকপনো হায়না কলচাও মখৈ লৈতনা ব্রহ্মা মখুনেং হংস কাংভা নিংথৌবু শমু থোঙ্গইনবা শমু মখুংগু শক্তিশেল কৌবা তিমেল মক্তবব শমু খুত্তা শুনা ইন্ত্রা ক্রুরগা থোইযম ব্রহ্মা নামুংবদি ক্রোধ কলচাও-থোইনা চেংলৌ মিংকৈ-লোং অনিমদা রক্ত ঈভাং চেন্, থোক্লাং ভাহুন মরক্তা চণ্ডাল শাগৈ খুমজনগে হায়না তাচিল মৈরী থোক্লা হুনশিন-খিরবু তিমেল যাইওনদি অজাগর লাইরেন হুনচাওবনা কৌবা লোক্লুং অঙ্গুকপা পাইদি খিবগুম লৈবাক খুনযাই থায়না পাইশিন-লক্লবগী চণ্ডাল শাগৈ পুম্নমক্কি চেংলৌ মিকুপমরুমদা ভস্ম উংফুল লোংলৈ ওইনা মাংখরে। হে ইবুংঙো লিংথৌ অথোইবা-ও, চিংঙু ব্রহ্মা নামুংবন থোইযম চেংলৈ মিংকোইথোংবু রক্ত ঈভাং চেনগুম ক্রোধ কচলাওথোইরক্তে অহুদা চিংঙু চেংলৌ মিংকোইথোং শরেন

য়েৎলম থংবরমগী রাক্ষস মণক থোইবা কোলোই মমিংথোংবু ভানু-ব্রহ্মা কৌনা মতোম চোংথোক্লকএ। শমু ওইরমদগীস্বং মেঘনাদ কৌবা অমা চোংথোক্লকএ। ভানুব্রহ্মা, মেঘনাদ অনিমকপু মপন ব্রহ্ম নামুংবনা চেংদৌ মিংথিংলবগী পাইমা উনগোইস্নুংদা মতোম নিংথলখিএ। রাক্ষস হিংচাবগী চেংলৌ মণক অরেপ্পবু ওইরবস্নুং শমু ইস্তাকশাংদগী থোকখিবা চিংজু ইপারি অরেপ্পা মণাক্কে হায়না রাজ্যবু নাতারবগী ভানুব্রহ্ম, মেঘনাদ অনিমদি মপন সনা মথোং-থাদা বর লল নিজখিএ। হে ইপন ব্রহ্মা নামুংবা-ও, নপারি ইবিংডাবু চিংজু নপারি অরেপ্পবু ওইরবদি অমর শিদববু ওইজগে হায়না অস্নুম বর লল নিজববু রজগুণ ব্রহ্মা নোংদম্বনা য়াহমবিরকএ—হে ভানু-ব্রহ্মা লাংলেন য়াপীহন-ও, নংদি হয়েং দ্বাপর যুগ মমৈ হুইজিনখিবা কলি মচিন ফাওরক্পদা পঞ্চ পাণ্ডব শাগৈ মণামনা জ্ঞাতি বধ শাগৈ থরাই হাৎপগী পাপ অকুহবু কোক্লবা অশ্বমেধ যজ্ঞ মডম তৌবগী লাঙ্গোই শগোল থারকপদা অর্জ্জুন ভেলহৈবগী শমু মথুবাক্কা য়োনদনা নোংমলৈভেনে। নপন ঐগী তিমেন ইথুংশু শক্তিশেল য়াইওইবা অসিবু শমু থুংশু ওইনরৌ-স। পারি নংগী তিমেন নথুংশু অসিনা হয়েং নংবু হুনলাল্লমনা নোং কোরো অন্তু লুপ্মিংমথৈ আয়ু নংগী নপুন্সিবু পুন্সি চিলয়াই চল্লে হায়ম্বু তাংনা খাজরো। পারি মেঘনাদ লৈরাং অতোপ্পা নংদি চারি যুগ নরিমদা অমর শিদনা লৈজরৌ-ও হায়না অস্নুম বর লল কুবিরবগা মপারি অনিমগী দমক রাক্ষস হিংচাবা রাজ্য নিংথৌ পানবা লক্ষভরা লিশিং ভরা চা ভরাশুনা শান-শেমবিরবগা শমু থুং-শিন্নরম্লে হায়দরা? চিংজু ব্রহ্মা লাইনিংথৌস্নুং ব্রহ্মলোক থোইয়ম লাইরৈবাকপু ইন্তানখিরে হায়এ। থৌরম অসিগী দমক হে ইবুংঙো

নিংথৌ অথোইবা-ও, রাক্ষস হিংচাবশিংনা কোরৌ নোংথৌ লৈবাকপু ভমথংননা হাওরে নোংচুপ নোংপোক অনিমকপু য়াংলৌ লম্বী থিংনা লৈবাক য়াম্না খুন্দারি। হয়েং কোরৌ মুমিৎ হুমনি শুরবগা নোংলেন মথোং ফুই, কোরৌ থোং, তু-থোং রাংপন লৌতুম লাওনা চুথরক্লবগী চণ্ডাল খুনথংচাবুদবা চীংগু ব্রহ্মা নামুংবগী তিমেন নথুৎশুনা থাম্বী মৈবু ওইনা চাকখৎপা ভস্ম ইৎকী মপৈ ওইনা লৈরিবা অচুবু নোংলেন মরাং ছোবনা পুথথিরবগী তীর্থ গঙ্গা অথোইবীদা তাক্লরে। পাপী চণ্ডাল শাগৈ পুম্নমক্কি গঙ্গা মথৌজানগী কোরেট নোংলৈবাক্তা মুক্তি ফম্বীরেনবু তানফংজরুইএ হায়দত্রা? অশুম্না লাঙ্গোই মথুনেৎ মুংচানবনা বীরসিংহ নিংথৌরেনদা রারী পন্দোন লোম্না নাতাইলএ।

হে পারি জয় মুণিরেন-ও, য়েহিবু গঙ্গা অথোইবীগী মতিক থোইথোইবীদি কনা হায়ভমগবনো? হায়ভম্লোই। চিংগু মুখ মচিন মরি পানবা মহাক্রসুং গঙ্গা মতিক অচৌবীবু হায়ভমদে হায়না ব্যাস মুনিরেম্না সেবক মপারি জয় মুনিরেন্দা রাহমবিরমএ হায়দত্রা?

অসাইনৈগী বীরসিংহ নিংথৌরেনদি লাঙ্গোই থোংওইননা মালং মুংশিৎ য়াংশুম ভানুব্রহ্মা মরৈবাকপু হেনলুম্নবগা চীংলেন চাওথোইবা মম্লং থোইনা কুইবা অমবু নিংথৌ মাংলম শন্না চেংনৌ মিৎথিৎলবগী লাঙ্গোই মথুনেৎতা পাওহংখিএ—ভদ্রশ্রবা লাঙ্গোই মুংচানবা-ও, চেংলৌ মিৎলম শন্না লৈরিবা চীংলেন থোইবা কুইবা অসিবু তীর্থ লাইক্ষম করম্বু ওইরবনো? চীংলেন কোলোই মমিংথোংসুং করি কৌবনো হায়না পাওহংববু নাতারাগী লাঙ্গোই অপাইবনা পাও-খুমথিএ—হে ইবুংঙো নিংথৌ অথোইবা-ও, চীংলেন পনলংলা অসিদি মতিক থোইনা চাওএ। শুমেরু চোইনৌ সনজীংগী চীংশা নাপোম

অমবু ওইরিএ। জম্বুদ্বীপ মালেম ভাইবংপানবা অসিবু য়োৎপি হুইরেন ওই, কাপতু ফোনলাং ওইনা ফারিএ। চীংলেন কোলোই মমিং থোংস্নং বিন্ধ্যাগিরি ভৌনা কৌএ। চীংলেন পনলংলা অনিগী নাপোম চীংশা থায়দোকখিবা অমনা ভাস্নুব্রহ্মা মরৈবাক্কী নোংচুপ-থা থংবা-রমদা শুরুং মালেম লৈথুনস্নুং অচৌবা অমা লৈএ। রাক্ষস হিংচাবা থর্গাস্নর কৌবা অমনা মালেম লৈথুম্নুং অহোবা অহুদা মরান ষুম ওইনরিএ। বীর থোইনা পাঙ্গলএ। থর্গাস্নর হিংচাবা অহুনা চীংলেন নাপোম হুম্ফুমরি শুববু শূন্য অভিংডাদা হুনংৎলবগা থবাক লোংনা শুক্, চীংলেন শুনু ওইনা তুমহনএ। তে ইবুংঙো নিংখৌ অথোইবা-ও, উনবা পুক্কিং ওপ্পা নাতাবি-ও। থর্গাস্নর হিংচাবা অসিবু লহান মপোক অমরক্তা চিংজু ব্রহ্মা নামুবগী দায় থোংশংববু ওইরমএ। কোলোই মমিংগোংদি নন্দিভৃঙ্গ তৌনা কৌরমএ। কোরৌ হুমিংমদা ব্রহ্মা নোংদম্বগী মদাইরেম অপ্সরা জগোইশাবী সত্যমালা অহেনবীনা জগোই মাগী লেংগা শুববগী অলঙ্কার চৈরৈ ফিরোই পুন্নমকপু শমু হক্তা শেংনা নর্ত্তকী জগোইশাবী খৈবিকপু হাওসি-উমনচিংনা ব্রহ্মা সনা মথোংথাবু ইন্তালকপদা মদাইরেম নন্দি থোংশংবনা সত্যমালা অহেনবীবু চেংলো মিংথিংলবগী অপাম পুক্কিং চংনা চঙ্গোই মোমোন নোক্, মিংতৈ শেপ্পা য়েং, শমু থোংকাপ তক্লক তরেং য়াংনা পুক্কিং লাইজ ঈথক হৌ, থাম্বি মৈশারাংগুম্ববু থংলোদনা শমু থুংনা ফংনা য়াথং অনৌ থম্না পাওলোথিএ। হে সত্যমালা অহেনবী-ও, পুক্কিং এগী অয়াববু ডাকপি-ও হায়না শমু থুজেং লাক্না পাওকৌশিনলিভৈগী মতম অহুদা থোইয়ম ব্রহ্মা নামুংবনা মপান য়াথোকওম্বা মালং ফুংশিং লাংলিভৈদা দ্বারী থোংশংবা নন্দি

মতৌ ফংঙববু চেংলৌ মিংথিংলবগী চিংডু ক্রোধ কনচাওখোই, থাম্বী মৈশারাংগুম শাপ মিচৈরকএ—হে পাপী দুষ্ট লিংজেল ফত্তবা নন্দি খোংশংবা নংদি ব্রহ্মলোক মক্তবা খোইয়ম লাইগী চাকচা ফুংডাইবা অসিদি শিডেঙ্গ নত্তিক নত্তে, য়াঙ্গোইফররোই। সরবং রাংলৈ নত্তিক নপা শরেন শাহিং চাবা রাক্ষস নমু মীহিংগাবু ওইনা তাইবং নোংশাপান খোইমা নারোম্নুংগী পামেল উথোংখাদা য়াঙ্গোইরু-ও, হায়না শাপ মিচৈখোনগী নন্দি খোংশংবদি শুক্রিং অকৌ চং, শমু হকচাং নিক্, চাংজৌ চেপ্পা লোম্না শিডেঙ্গ লোশি-লৈখোনজখিএ—হে ইবুংঙো চিংডু মালেম লৈশম্বা-ও, নদাইরেম এদি খোইয়ম নংগী শাপ মিচৈখোন হনফদবা অসিবু তানফংজরে। তাইবং নোংশাপান্দা রাক্ষস হিংচাববু ওইনা য়াঙ্গোইরুরইডেনে। শাংহৈ কুমশিং কয়া শুরবগা চিংডু সনা নখোংথাবু তানফংজরগবনো হায়না পাওহংজবগী খোইয়ম ব্রহ্মা নামুংবনা পাওমেনথরকএ—হে নন্দি খোংশংবা-ও, তাইবং নোংশাপান্দা কোন্নোই নমিংথোংবু থর্গাস্থর তৌনা কৌ-ও। বিন্ধ্যাগিরি চীংলেন পনলংলাগী নাপোম থায়নখিবা অমনা ভানুব্রহ্মা হিংচাবগী লোংচুপ-থা থংবারমগী শুরুং মালেম লৈখুনমুং অচৌবা অমবু লৈরিবনে। মালেম লৈখুনমুং অতুপা নরান য়ুম ওইননা য়াঙ্গোইরু-ও। মালেম লৈখুন অহোবগী মমাং অক্তদা হাংলেন পুংজামরুমগী য়াংলৌ লমদাংশাংগুম্বা থৌতু মুংপাক অচৌবা অমা লৈরিদনে। হে নন্দি খোংশংবা-ও, থৌতু মুংপাকথক্তা হিদাক মচন লেম্না থাম্বী মৈ থারবনা মৈখু মনম ফংলিবা জীব থরাই থৈবিকপু থৌতু মুংপাকথক্তা শমু খোংনা চংনা মত্তোম রাইথুংলইডেনে। জীব থরাই পুমমক অহুবু থর্গ নচিঞ্জাকপু ওইনৌ-ও। তাইবং নোংশাপান্দা পাঙ্গল নপা তাম্না

য়াঙ্গোইরু-ও। ত্তোইকুম হুয়েং দ্বাপর যুগ মচিন হৌজিল্লকপদা বঙ্গদেশ লৈমাবা বীরসিংহ নিংথৌরেনগী শম্মু মথুনাক্তা নোংমল্লবগা ব্রহ্মলোক সনা লৈবাক অসিবু তানফংজরৌ-ও হায়না অশুম রাহম-বিরবগী নন্দি থোংশংবদি চিংঙু ব্রহ্মা নামুংববু পুরুম্মবগা রাক্ষস মশক ওইনা শুরুং মালেম লৈথুনমুংদা মরান য়ুম ওইনরুবে হায়দত্রা ? হে ইবুংঙো নিংথৌ পাঙ্গল নপাতাম্বা-ও, শম্মু নংগী নথুবাক্তা য়োনদনা নোংমলতৌরেনে হায়না লাঙ্গোই মথুনেংনা শূন্য অতিংডাদা থর্গাম্মর মপোক অরুববু রাহমনরিভৈ বিন্ধ্যগিরি চীংয়াই য়ৌশিল্লকলে হায়দত্রা ? অসিম্মুং মদোমদে।

লাঙ্গোই লৌশিংবনা অনৌবা রাহমথিএ। হে ইবুংঙো নিংথৌ অথোইবা-ও, বিন্ধ্যগিরি চীংলেন পনলংলাগী তময়া লুম্বকপদা উমং থোইনা লুংডাইবা অসিবু মার্কণ্ড মহামুনিবেন থোক্তথোক্তবগী স্থান কম্বীরেম্মে হায়না অস্মুম পাওতাকরাগী বীরসিংহ নিংথৌরেম্মা রাহম্মকএ। ত্তোইগীদি হে লাঙ্গোই লুংতানবা-ও, মুনি লাইবু নিংববু চেংলৌ শক উনরুসে হায়না রাহমথোনগী লাঙ্গোই য়াইওইবদি উমং চৈরক থায়না পাইশিনখিববু তাহিং অমম্বা মৈবা শঙাইশেন পাইগুম্মা উমং পুম্মা তাল্লুইএ হায়দত্রা ? ঋষি লাইবু নিংবম্মুং মুনি ধ্যান লাইমিং অরাবনা শানফংডম্লবগী সেবক মদাইরেম তান্দ্রদক কৌবা ব্রাহ্মণ অহাবা শম্মু থোংথাং থংদনা চেংলৌ মিংয়েং হৈতবা, লৌশিং লমচৎ থংদবা, য়াথং বাইহ হৈতবা ব্রাহ্মণ অহাবা অমবু সেবা থৌগম্মরিএ। মার্কণ্ড মুনিরেম্ম সেবক মপারিবু চিংঙু নারায়ণ অথোইবদা তাওজিং হৈকংচা, সেথোই মনারোক চংনা তাওজিং হৈ থিরু-ও হায়না থৌশিখিরিভৈদা অসাইভৈগী লাঙ্গোই পাঙ্গলবদি

শিঙেল উয়ামলক্কী পামেন উখোং-থা মুংঙাইবদা রাইথুংলবদা বীরসিংহ নিংথৌ মথোক্লকপনা লাঙ্গৈ ইশয়াংথক্কী মাপেম লৈদা কুম্না ভক্তশ্রবা লৌশিংবনা নিংথৌ মাংদা চৎনা মুনি ফম্বীরেন্দা রাইথুংলববু ঋষি লাইবু নিংবনা চেংলগী মিৎথিৎলবগী থোইমা মায়োক্লনা পাওকৌঔমএ। হে নিংথৌ লাংচেং মথোক্লকপা লংবু লাও-ও হায়না অসুম পাওকৌ-ঔম্বগী বীরসিংহ নিংথৌরেন্দি লাঙ্গোই মখুৎনেৎকা মুনি সনা মথোং-থাদা পুরুমজরবগী মুনি লাইবু নিংবনা শমু হকশাং শোক্লা কোনবিরে। নিংথৌ লাংচেং মথোক্লকপবু পাথা কেউল থানা ফমহল্লে হায়এ। অসুম ফমফম্লবগা নিংথৌ লাংচেং মথোক্লকপনা পাওহংলকএ—হে গুরু মুনি অথোইবা নংদি নিংথৌ ঐগী সনা য়োইকোম্লুংদা লৈরৌবা নত্তরা? হৌজিক চেংলৌ মিকুপমরুমবু মুনি নফমলেন অসিদা করম রাইথুংঙম্বনো? নদাহরেম ঐন পুক্লিং ঈরৈ চনববু কোকহনবি-ও হায়না পাওহংখেংনগী ঋষি লাইবু নিংবনা চিঙ্গাই মোমোন নোক্লা পাওখুমখিএ — হে নিংথৌ অদোম লাংচেং মথোক্লকপম-ও, মুনি ঐদি নিংথৌ গী চংলেন পন্না অসবু হায়দবম্বং লৈরোন নোংলেল অহুমা মঙাকপু চেংলৌ মিকুপমরুমদা ফাওহমএ। নিংথৌ নংবু উনবা পুক্লিং ভুপ্পা নাইতে। মুনি ঐগী সেবক হপার শমু লৈএ। কোলোই মনিং-থোংদি ভক্তদা হায়না কৌএ। ব্রাহ্মণ থাহনা হাবা শমু থোংথাং খংদবা অত্তবু চিংদু নারায়ণ শিংদবনা তাওজিং হৈ মৎচাসে হায়না থোইমা নারোম্লুংদা তাংশুজিং চে থিহনখিএ। মরান ওনত্তেরক্লবগা নিংথৌ লমচৎ খংদনগী থোরম হাপ্লাশিবা লমচং মতৌ নত্তববু তোরৈজেনে। মতৌ অরানববু পুক্লিং রারোইবগা'না। মাংগী মতৌ মরমচৎ থৈবিকম্লুং লাঙ্গোই শান্তিংব লাংনা নশিনবে হায়না। অসুম রাইম্লরে হায়দত্রা?

বীরসিংহ নিংথৌরেন্না মুনি মরান থাংপোকশংগী মাইকৈ থা থংবারমদা মিংয়েং শানথৈথিববু সরোবর পুখ্রি অচৌবা অমবু লৈএ। পুখ্রি লাইজ তোর্ব্বান্দা শিলা মুংগী মূর্ত্তি অমনা চৈশু থুংতা পাই, মুবী থুজাই শুইদা শুনা লেপ্লিরিডে, থোতু মুংগী মূর্ত্তি অমসুং মালেম পুপাক্লনা পুক্লমলিববু শমু মহাকশাংদা থাম্বী মৈরা মাথ নাইনা চাক্লিববু চেংলৌ মিংথিংলবগী পাওহংলকএ—হে ঋষি লাইবু নিংবা-ও, হাওরৈ থানা পাংবারমগী লাইজ পুখ্রি মপান্দা থোতু মুংগী মূর্ত্তি অমনা চৈশু থুত্তা শুনা লেপলিএ। মুংগী মূর্ত্তি অমদি মালেম লৈদা পক্লা ডুরিডৈ মৈরা মরাং হৌনা চাক্লবা অসিবু মতৌ করম্থনো হায়না পাওহংরাগী মুনি লাইবু নিংবনা পাওথুম্লকএ—হে নিংথৌ লাংচেং মথোক্লকপা-ও, নংবু উনবী পুক্লং পিনা নাতা-ও। থাইনা লহান নোংদা নির্ব্বান ভক্ত অথোইবা জঙ্গম ঋষি কৌবা অমবু লৈরমএ। বিন্ধ্যাগিরি চীংলেন পনলংলা তীথ লাইফমলেন মুংডাইবা লাইজ পুখ্রি মপান অসিদা পাদাসন ফম্ফম চেংনা থম্মোক্তি লকাতুংদা নির্ব্বাণ লাইরৈবাকপু উনবী পরৈ চেং, ভাংজা মরৈতোনদা নির্ব্বাণ চিন্দা শোম্না য়াম্না মতু চুংপি-রেন মিংকোক্ত চেলনা ধ্যান পুক্লং লেপ, মৌন য়াহায়দনা পুখ্রি লাইজ তোর্ব্বান্দা অঙুম নিংজারবৈ চেংলৌ মিংকুপমরুম থংলোদনা দেবর্ষি অথোইবা নারদ মহামুনিরেনসুং চাইনৌ সনা চাংদগী বিন্ধ্যাগিরি চীংশাং ইম্না শৃঙ্গ অতিংডোদা বীণা থুংথংঙা হরি হরি কৃষ্ণ ঈশৈননা অঙুম পাইথরকপদু সরোবর পুখ্রি মপান অসিবু য়ৌশিল্লক্লবদা বীণা থোঞ্জেল মুংওনবদু জঙ্গম ঋষি অথোইবগী কর্ণ মানুং মুংশিংথোংদদি থোইয়ম নোংদনথোক্লা করম ওইরবনো, কোয়ৌ নোং শিংজ্ঞংগুম য়াইথুংলরবগী নির্ব্বাণ মদাইরেং জঙ্গম কৌবদি ধ্যান পুক্লং কায়রবদা

চেংলৌ মমিৎ পাংনা মিংয়েং শানথৈথিববু নারদ মহামুনি ওইভম্নে। ক্রোধ কলচাওথোইনা রাহম্লকএ—হে নারদ মুনি নংনা মুনি ঐগী ধ্যান পুক্লিং কায়হলএ। তাংজা নরৈতোন্দা শোল্লিবা হরি নবুংভো অতুনা নির্ব্বাণ কোরৌ ইনোংথোবু হেল্লিবরা? মুনি নংবু কোরৌ ওসিনোংগীমথৈ বীণা খুৎথৎতৈবা, হরি চিন্দা শোনববু হুলাম্লোক-ও। নির্ব্বাণ ফম্বীরেন অথোইবতুম মুনি নংগী পাইমা উনগোইনুংদা নিংজরৌ-ও হায়না অসুম খোঞ্জেল রাংনা রাহম্লকপগী নারদ মুনিরেনসুং হরি মমিং শক্, রাম তেংথাননা বীণা মুংওল খুৎথৎতা পীরেল মিৎকোই চেলনা হরি লংশুং তভনা নিংজরকপবু জঙ্গম ঋষি রাহমথোন খোঞ্জেল অনিনৃবনা মুনি ধ্যান কায়রবগী নারদ মুনিরেন্না উনবী কলহৌ নিক্, কলচাও মথৈ লৈতনা রাইথুংলরবগা হে নির্ব্বাণ মদাইরেম জঙ্গম ঋষি অপংবা নংগী য়ারা নথোঞ্জেলনা খোঞ্জেল মনিন নাইবগী মুনি ঐগী ধ্যান পুক্লিং কায়হল্লে। তাংজা নরৈতোন্দা নির্ব্বাণ নির্ব্বাণ শোনবতুম হুনলালথোক্লো। নংগী নিব্বাণ ফম্বীরেন অতুদি হরি কোরৌ ইনিংঙ থোগী জ্যোতি মণ্ডল থজিক্কনা শানওল্লিবনে। হরি কোলোই মমিং শোনববু কর্ণ নংগী ননাকোং মালং মুংশিৎ থোংদগী কোরৌ মুংশিৎকুম করম নাতারবগী ধ্যান পুক্লিং কায়রবনো? প্রাণ থরাই অয়াম্বা রাহি মুমু ককচেং থোইয়া তাংজা লৈতোন লেংনা শোনজা হৈতরিবাশিংবু হরি কোলোই মমিংলেন থুমথোইববু নাতারবগা রাকয়ৈ হিবু ওইনা তাম্নরিএ। কর্ণ ননাকোংদাদি কোরৌ নোংথাকথোনগুম করম রাইথুংলবনো হায়না অসুম পাওথেমলকপবু জঙ্গম-নারদ অনিমক রাহায় শাংভাম্না য়াথং রারোংননা থংনরবগী জঙ্গম ঋষি কৌবনা রাহম্লকএ—তৌইগীদি হে নারদ মুনি-ও, ঋষি নংগী চেংলৌ নশক তম্না শিলা

মুংগী মূৰ্ত্তি অমবু শানশেম-ও। মুনি ঐস্মুং থোঠু মুংগী মূৰ্ত্তি অমবু চেংলৌ ইশক তম্না শানশেমগে। পুখ্রি লাইজ ঈরাংমা লৈরাই মুংবিথক্কা সঙ্কল্প রাশক অরেপ্পনা য়ুংলমলু-ও। ঋষি ঐস্মুং লাইজ ঈরাংমা অসিদা সত্য সঙ্কল্প তৌনা য়ুংগে। হে নারদ মুনিরেন-ও, থরাই রাশক্কনা ইন্দ্রি ভরানিথোইমক্কা সাক্ষী রাচুম্নরসে। নির্ব্বাণ কম্বী অথোইববু হরি নামুংবগী জ্যোতি মণ্ডাল অরেপ্পবু ওইরবদি মুনি ইশক তম্লিবা থোঠু মুংগী মূৰ্ত্তিনা লাইজ রাংমা লাল, শমু থোংনা চংনা পুরুমলসনু। নির্ব্বাণ কম্বী অথোইববু হরি মণ্ডাল ওইদরবদি শিলা মুংগী মূৰ্ত্তি মশক তম্বনা শমু থোংনা চংনা পুরুমলসনু। সাক্ষী মশক অরেপ্পবু রাচুম্নরসে হায়না অসুম পাওমেনববু নাতারাগী নারদ মুনিরেন্না পাওথুম্নকএ। কৈএ, কৈএ, জঙ্গম ঋষি কৌবা-ও, চিঙ্গোই নয়াথং অসিবু য়াথং চিন্দুং ইন্না সাক্ষি রাচুম্নকসনু হায়না অসুম হোইয়ানরবদা জঙ্গম ঋষি কৌবন বিশ্বকর্ম্মা শিলহৈবগী বীজমন্ত্র শোল্লবগা মন্ত্র ময়াই তমথিবনা খাইয়ম লাইগী থুংহৈবা বিশ্বকর্ম্মা অথোইবদি চেংলৌ মিংকুপমরুম থুংলাই মথুং-শুগা য়াওনা মুনি অনিমকপু পুরুম্নরে হায়দত্রা ? হে বীরসিংহ নিংথৌ, নংবু উনবী পুক্লিং তপ্পা নাত্তা-ও। বিশ্বকর্ম্মা শিলহৈবনা রাইথুংলববু চেংলৌ মিংথিংলবদা জঙ্গম ঋষি অথোইবনা রাংম্নকএ— হে বিশ্বকর্ম্মা অহৈবা-ও, চেংলৌ মিংকুপমরুম অসিদা নারদ মুনি চেংলৌ শকপানথোংগা মুনি ঐগী চেংলৌ শকপানথোংস্মুং থোঠু মুংগী মূৰ্ত্তি অনিদংবু থুনা শানশেম্নম-ও হায়রবগী চিংডু লাইগী থুংহৈবনা চেংলৌ মিংকুপমরুমদা মূৰ্ত্তি মশক অনিমকপু শানশেম লোইরবগা মুনি অনিমকী বাক্য য়াথং লৌনা কোরৌ নিংথৌ

লৈবাকপু ইন্তানখিরে হায়দত্রা ? জঙ্গম ঋষি কোবনা থৌহু মুংগী মূর্ত্তি চেংলৌ মশক তম্না শাববু শমু থুক্তা পাইনা সঙ্কল্প ৱাশকখিএ—হে নির্ব্বাণ ফম্বী অথোইবা নংবু নিংজমনগী লৈরোন নোংলোন অহুম্মকপু মূর্ত্তি ঐনা শংশং মউইএ। অসিস্মুং মদোমদে। অত্তিম্না হানবগী মথৈ মহাপ্রলয় ওইরগা তাবস্মুং মউইএ। ভৌইকুম নির্ব্বাণ ফম্বী অথোইবা নংবু হরি মঙাল খজিক্তা ওইরবদি শিলা মুংগী মূর্ত্তি অসিনা নারদ মুনি চেংলৌ মশক তম্নিবা মুংগী মূর্ত্তি অসিনা শমু থোংনা চৎনা তুরুসনো হায়না সঙ্কল্প ৱাশক্লবগা সরোবর পুখ্রি লাইজ ঈৱাংমগী লৈরাই মুংবিথক্তা য়ুংলববু চেংলৌ মিংথিংলবগী নারদ মুনিরেম্না ৱাহয়কএ—হে জঙ্গম মুনি-ও, নংবু নাতা-ও। খণ্ড প্রলয় মতুপ অমা ওইনা মাংখিবা মহাপ্রলয় অচৌবা যুগ লক্ষ তরাস্মু, অনৌবা যুগ লক্ষ লক্ষ ওল্লক্কদবস্মুং থৱাই পুম্নমকনা অপিক-অচৌ নাইনা চৎলি-বস্মুং মুনি ঐনা মথং-মউরিএ। হে ইবুংঙো হরি শিদবা নারায়ণ চংখোনবা নংনা ত্রিভুবন মরোন অহুমক্তা ৱায়িল্লবনে। নির্ব্বাণ ফম্বী অথোইববু ওইহল্লিবস্মুং তাইবং থৱাই পুম্নমক, মুমিৎ-থা, মৈ-ঈশিং, মুংশিৎ, অত্তিয়া, মম্নুং-মপাল ওইরিবস্মুং হে ইবুংঙো নংগী হরি নদাই-রেমবু ওইরবদি মশক অরেপ্পবু থংহনবি-ও হায়না সঙ্কল্প ৱাশক্লবগা থৌহু মুংগী মূর্ত্তিবু পুখ্রি লৈরাই মুংবিথক্তা মুংশিনলম্নুরবগী অসাইঙৈগী নির্ব্বাণ মদাইরেম জঙ্গম মশক শাবা থৌহু মুংগী মূর্ত্তিনা শমু থোংনা চৎনা নারদ মশক তম্নিবদা মালেম ফুপাকতুনা পুক্মলরে। অসিস্মুং মদোমদে। থৌহু মুংগী মূর্ত্তি অতুদা থম্মোই লকা-মুং চিঙ্খান মোই-কাইয়াৎ শয়েং মতানবোমস্মুং উফুল নোংলৈ ওইনা তুমথিববু চেংলৌ মিংথিংলবগী নারদ মুনিরেম্না ৱাহয়কএ—হে জঙ্গম ঋষি কোবা নংবু

য়েংও, য়েংও, মতৌ করম ওইরবা। থম্মোই নংগী লকা-মুংদা নিংলিবা নির্ব্বাণ ফগ্নী অহুনা মুক্তি মশক শেমহৌ-ও। অসাইগুৈ নংনা হরি ইবুংঙোবু হুনলানথোক্লো হায়না নিংশিংলকপা থম্মোই লকা-মুং অহুবু উঙ্কুল নোংলৈ ওইরে। চিঙ্গান মোইকাইয়াৎ শয়েং নত্তানবোমঙ্গুং উঙ্কুল নোংলৈ ওইনা তুমথিরে হায়না অঙ্গুম রাহমরিগুৈদা জঙ্গম মশক তম্লিবা থৌহু মুংগী মুক্তি অহুবু থাম্বী মৈরাং হৌনা চাকথংলক্লে হায়দব্রা ?

অঙ্গুম্না সাক্ষী রাচুম্নরিগুৈ কোরৌ নোংলাংপানদগী থোইয়ম লেংনা ত্তিনবনঙ্গুং ম্নারা থোঞ্জেল রাংনা লাওথরকএ—হে জঙ্গম ঋষি, নংবু উনবী পুক্নিং তপ্পা নাতা-ও। থোইয়ম ঐথোয় পুম্নমক্তি লহান জন্ম মপোক অমরক্তা দান-ধর্ম্ম তৌজমনগী মুক্তি থুবম মুংঙাইবদি তানক্নং-জরে। তৌইকুম হরি ইবুংঙোগী মতিক অরুবদি তানক্নং ঙম্‌দরে। থোইয়ম ঐথোয় থৈবিকপু য়াংলৌ লমদাংশাং অকুইবা চৎকুম্বনে। থৌরম অসিগী দমক মুনি নংবু দেবর্ষি অথোইবা নারদ মুনিরেনগী সেবক মদাইরেমবু ওইনা চংজরো। হরি মিংথৈ শোনবনা তাইবং ঈরেনপুং অচোববু অরা ইশোৌরাংদনা লাম্নগুেনে হায়না অঙ্গুম লাওথরকপগী জঙ্গম অথোইবদি নারদ মুনিরেনগী শমু থোংবী পাই, দগুবৎ মালেম লৈদা পক্না পুরুমজরবগা শিঙেল লৈশি-লৈথোনথিএ—হে গুরু অথোইবা-ও, নদাইরেম ঐনা গুরু নতিক থংদবগী অপরাধ লংজরকপা থৈবিকপু ঙাকপি-ও। পণ্ডিত ত্তারবা থরাই চন্নদরবা ঐবু লৌথংপি-ও। চেংলৌ মিংফম শোইনা শমু পাংশোই নিক্নবা নদাইরেম ঐগী পাঙ্গল ইচৈঙ্গুবু অমা গুেনা লৈতরে। অনাথ মপু লৈতবগী পাঙ্গল চৈশোনবরু গুরু সনা নথোংখানে হায়না মালেম

লৈদা তু, শমু থোংবী পাই, পিরেল থকমাদনা অস্থুম পুরুমজবগী দমক নারদ মুনি অথোইবনা চেংলৌ মশক য়েং, পুন্নুং মরেপ য়েংনা মুংওলরাগী মুনি রাথং অথুম্ববু থোজানবিরক্লে। হোরো, হোরো, হে জঙ্গম অথোইবা, নংবু উনবী পুক্নিং পিনা নাতা-ও। মালেম ত্রিভুবন মরোল অহুমক অসিদা কার্ত্তা রায়েন্নিবদি হরি থোইয়ম লাইনিংথোনে। অদুগুম্বা হরি নারায়ণ শিদবগী য়াম্রা তুবুম খুদিংদা ব্রহ্মাণ্ড লক্ষ লক্ষ কুম্না লৈরিএ। তাইবং পনথৈরেন কোরৌ নোং-লোনথক, মমাই সুমেরু চীং, মালেম লৈথারোন চীংমু চীংজাও, সমুদ্র ঈরম তরেৎমক্লা চিংনা তল্লা উ-রা. নাপী-শিংশী, তুরেল লাইজ ঈরিক লাই পুম্নমকস্নুং হরি লাইনিংথৌগী চেংলৌ মশক অরেপ্পা মহাক্নে। হে সেবক ইপারি জঙ্গম ঋষি কৌবা-ও, পাইমা নংগী উনগোইমুংদা জিদ থোইথৈদনা হরি লাইনিংথৌবু সদা তংপা লৈঙনা নিংজরো-ও। তাইবং ঈরেনপুং অচৌববু রাকম্নে হিবু ওইনা লানবিভেনে হায়না অস্থুম ধর্ম্ম অথোইববু পাওতাকপিরবগী জঙ্গম ঋষি কৌবদি য়ারা মতু-চংবিরেন মিংকোই চেল, তাংজা মরৈতোনদা হরি হরি কুংনা শোন্, শমু মহাকশাংবু তুম্না হরিভক্তি ওইরবগী লৈরোন নোংলোন অহুমকপু নিক্লা ফাওরুইএ হায়দরা? হে বীরসিংহ নিংথৌরেন-ও, হরিনাম অমৃত থুমথোইবা চিংগু মতিক অরুববু কনা হায়ভম্বা হায়ভম্লোই। অসিস্নুং মদোমদে।

অসাইভৈগী থৌহু মুংগী মূর্ত্তি অনিমক অহুবু নারদ মুনিরেম্না রাহমথিএ। শিলা মূর্ত্তি অনিমক অসিবু হয়েং তাইবং নোংশাপান্না মাংদা তুমদরিবমথৈবু লৈসনো হায়না রাহমকএ। হে নিংথৌ লাংচেং মথোক্লকপা-ও, মুংগী মূর্ত্তি অনিমক আসুগী রারম অয়াম্ববু

পাওত্তাক্লবনে হায়না অস্সুম পাওমেন্নরিবৈদা অসাইবৈগী মুনি সেবক মপারি তাওজিং হৈ থিখিবা ভদ্রদত্ত কৌবা অত্থুবু থোইমা নারোম্নংদগী তাওজিং থুমথোইবা হৈরাং হাওথোইববু তাওজিং হৈহেক্লবগা থিংলৌ নিংনা তেনা মরান ওস্তেরকপবু মার্কণ্ড গুরু সনা মথোংথাদা তাওজিং থুনা হৈকৎচনিংবগী পুক্লিং ডাইক্তমদবনা য়াংলৌ লমথাংমদা লৈত্তোং খুথিনা, মালেম ফুপাক লৈতাই তু, তাওজিং ফাফেন্ননা হৈরাং চোইতানরবগী ব্রাহ্মণ লিংজেল অথাবদি হৈরাং চোইনা তাববু বিষ্ণু বিষ্ণু চিন্দা শোন্না তাওজিং হৈখুল্লবগা শমু থোংরাই থুনা ইত্তানলকপবু ভদ্রশ্রবা লাঙ্গোই অপাইববু হান্না চেংলৌ শকউনবগী হে ভদ্রশ্রবা পাঙ্গলবা নংদি উমং থুংডাইবা অসিদা কদৌওম্বনো হায়না অস্সুম পাওকৌওম্ববু নাত্তারাগী লাঙ্গোই তুংওইননা য়েংথোকখিববু ভদ্রদত্ত চিঙ্গোই মোমোন নোক্না মিংয়েং শানথৈরুইএ হায়দব্রা ? অত্থুন্নু মদোমদে।

নিংথৌ লাংচেং মথোক্লকপগুং মুনি মাংদা কম্না লৈওম্ববু মিৎয়েং শানথৈরুবগী ভদ্রদত্ত ব্রাহ্মণ লিংজেল অথাবদি য়ারা থোঞ্জেল রাংনা রাহন্নকএ। হে নিংথৌ চেংলৌ শক্তানবা ব্রাহ্মণ ইমাং থন্না নংবু য়াংলৌ থুনা লমজাইথোক-ও হায়বগা ভন্না নিংথৌ মশক লাক্, মুনি মাংদা থানা তাওজিং হৈকৎপগা মানববু ভদ্রশ্রবা লাঙ্গোই পাঙ্গলবনা চেংলৌ মিৎথিৎলবগী লাঙ্গোই মথি নাই, কলচাও মৈরাং হৌনা রাহন্নকএ— হে ব্রাহ্মণ লিংজেল অথাবা, শমু থোংফম থংদবা নংনা লাঙ্গোই পাঙ্গল ইপাওম্বা ঐগী কোরৌ ইনিংথৌবু নিংথৌ মথক লান্না তাওজিং হৈকৎপদি লাঙ্গোই ঐবু মিৎথিৎতবরা ? মতৌ অরাক তন্না পুক্লিং থওইদবা নংবু ভসি কোরৌ নুমিৎমদা প্রাণ থরাই লৌরগে, মাইকৈ

কদাইরম্বু হুরেল লানজেনথিবা হায়না লাঙ্গোই শগোল মহাকশাংবু ব্রহ্মা মরনকুগী মুথক চামা চাওথৎলবগা শগোল খুত্তুং অনিমকপু মালেম লৈদা লেৎ, খুমাং অনিমদি কোরৌ ঙমথংলনা লাঙ্গোই মমৈত্তোনবু য়ুথক য়াংথৈ ফুই, নাকোং অনিমনা চীংশাং নাপোম মানগুম লাঙ্গোই মত্তৌ উবদা অকী পুক্লিং চং, শগোল মখুদোন অনিমা খেৎনবগী থাম্বী মৈরিক চোংথোক্লকপবু লময়াই তন্দন পাইগুম উমং পুম্না থাল্লবগী খোইমা নারোমুংদা লৈরিবা দেবা-দেব খোইয়ম লাই-হিংচা, শাতুক শঙাং জীব থরাইপানবা পুম্নমক্তি লাঙ্গোই মত্তৌ ওন্থোকপবু চেংলৌ মিৎথিৎলবগী অকী মথৈ লৈতা, থরাই নোংদগা মিরেন থাবু থংনা পামেল উথোং-থা খুদিংদা চিংঙু য়োমলোই হৌ, য়াওরৌ শয়াম তিন্না মিকপথিএ; তীর্থ লাইফমশেন অসিদা থাইনা কদৌনোং মত্তৌ অম্ভম্বু লাম্নংলক্তরিএ। থরাই অয়াম্বা ঐখোয়বু মাংহনগে হায়বগী খোইয়ম মশানওল করম্বনা লাঙ্গোই মশক ওইনা ফাওরবরা? শূন্য অতিংঙাদগী লাঙ্গোই খুমাং অচৌবা অসিবু উমুং চবুক থায়না য়ৈথরক্লবদি উমং মরুম থুপ্লিবা ঐখোয় পুম্নমকপু পুন্সি চেংজেন য়োঙম্নরোই। ঙসি কোরৌ ফুমিত্তা উফুল লোংলৈ ওইনা তুম্নঙেনে! থরাই লাইশেংনবা উমং ফুংঙাইববু হুন্দলাল্লমলসে হায়বম্বুং শূন্য অতিংঙাদগী থাম্বী মৈরিক চোংলকপা অসিনা ঐখোয় পুম্নমকপু চকমোম মৈরা ওইনা নোমল্লঙেনে হায়না অম্ভম মিকপনরে হায়দত্রা?

অম্ভম লাঙ্গোই মত্তৌ তমথিবা অকী মথৈ লৈতববু মার্কণ্ড মহামুনিরেম্না চেংলৌ মিৎথিৎলবগী য়ারা খোঞ্জেন য়াংনা য়াহম্নকএ— হে ভদ্রশ্রবা লাঙ্গোই পাঙ্গলবা নংবু মুনি চিঙ্গোই ইয়াথংবু নাতা-ও।

অসাইথৈগী য়ারম অয়াম্ববু হন্না হন্না য়ারেপচবা নত্তবরা ? ব্রাহ্মণ পুক্নিং অয়াংবা, শমু খুৎকম থংদবা, মতৌ অহাবনা থৌরম কারন চন্না লংজরববু পুক্নিং য়ারৌবিগনো হায়না মুনি চিঙ্গোই ইয়াংথংবু হন্না হন্না পাওমেনজবনে। লঙ্গোই লৌশিংবা নংনা পুক্নিং হোইয়া তানা উমং চবুক খায়না লঙ্গোই খুমাং অনিমকপু য়ৈথরক্লবদি কোরৌ ননিংথৌ নিংথৌ লাংচেং মথোক্লকপগা সেবক ইপারি উনবী অওকপনা লৌশিং ফিবম ওক্লনরবা ব্রাহ্মণ অহাবা অসিগা ঐথোয় অহুমক্তি থাম্বী মৈরান ওইনানোমল্লথৈনে। তৌইকুম হে লাঙ্গোই লৌশিংবা-ও, ঋষি-নিংথৌ ব্রাহ্মণ ঐথোয় অহুমকপু নোংমল্লবদি লাঙ্গোই নংস্থু উফুল নোংলৈ ওইনা তুমসনো হায়না য়াহম্ববু নাতায়াগী ভদ্রশ্রবা লৌশিংবদি উনবী লৈনিংশিংনা মুনি সনা মথোংথাদা য়াথং অনোনবনা য়াহমজরকএ। হে মুনি অথোইবা ও, লাঙ্গোই ঐগী কোরৌ ইনোংথৌবু নিংথৌ মতিক থংবিদা, মতৌ অরাক তম্না অঙাং নারা অপিশকুম তৌরবগী ঋষি চিঙ্গোই নয়াথংবু য়াথং থৌকাওনিক্লে, লমজা মথে লৈতববু পুন্না য়ারৌবিগনো হায়না পুক্নম্নবদা মার্কণ্ড মহামুনিরেম্না অনৌবা য়াহল্লকএ। হে রাজা বীরসিংহ নিংথৌরেন-ও, নিংথৌ নতিক থংদনা লংজমথে লৈতরে। ব্রাহ্মণ ইপারি অসিবু পুক্নিং য়ারৌবিগনো হায়না হন্না হন্না য়াহম্নরবগা অসাইথৈগী হৈরাং থুমথোইবা তাওজিং নিংখিববু চিংডু নারায়ণ শিদবদা তাওজিং হৈকৎলবগা নিংথৌ মুনি অনিমক্না চিংনা মথোয় মরিমক চিংডু প্রসাদ মতংথাকপু হৈরাং চামন্নরে তাওজিং তংমন্নরে হায়দরা ? বীরসিংহ নিংথৌরেনস্থং মুনি সনা মথোংথাদা শমু মথুৎ লোম্না য়াহমখিএ। হে গুরু মুনি অথোইবা, নদাইরেম ঐবু পুণ্য পন্দোল লৈমম্নোলবু ইত্তানখিরগে

হায়না য়াহমখোনগী মুনি লাইবু নিংবনা পাওমেল্লকএ—হে নিংথৌ যৌবন নথোক্লকপা-ও, নংবু থৌরম খিংববু পুম্না লৈত্তে। নপন পলেম নমা লৈমরেনস্থুং নিংথৌ নংগী দমকপু কোয়ৌ থোইনা য়েং, য়াংপন পাংনা য়েংনা নোংথোইরোএ। পূণ্য পন্দোল লৈময়োনবু ইস্তানথিরবগা মুইন্দ্রাণী অহেনবীগী শঙ্গাই অয়াং পাংবারমদা শিঙেল লৈগী ইংথোললেন উমং মুংঙাইববু লৈবনে। লৈমা মদাইরেম মালিনী লৈশেম্বীনা শিঙেল লৈথাপ তৈনা লৈরাং লৈকংলিবনে। শিঙেল লৈ-ইথোল মুংঙাইবা অতুদা য়াইথুংলুয়বগা শিঙেল লৈশেম্বীগী হস্থু মরান-য়াইদা ফাইয়েং নোংফাইরু-ও হায়না পাওতাকপিরবগী বীরসিংহ লাংচেং মথোক্লকপদি লঙ্গোই মথুনেংকা মুনি লাইবু নিংববু পুকম্নবগা লাঙ্গোই শয়াং তোং, মালং চৈরোইননা মুংশিং মমাং ফম্, কোয়ৌ নোংলোন পাইনা পূণ্য পন্দোল লৈময়োনবু ইস্তানলক্লে হায়দত্রা?

সত্যবতী মপারি মুনি ব্যাস লৌশিংবনা য়াহম্লকএ—হে জয় মুনি ইপারি-ও, থৌরম অসি মতুংগী য়ারী মুংঙাইববু উনবী পুক্লিং পিনা নাতা-ও। অসাইতৈগী ভদ্রশ্রবা লঙ্গোই পাঙ্গলবদি মালং চৈরোইননা লাঙ্গোই শাফু কল, মুংশিং মমাং ফম্না পাইথিরবগী বিন্ধ্যগিরি চৌংলেন পনলংলাবু হেল্লমএ। তীর্থ লাইফম অয়াম্বা, উমং অকুংবা, চৌংলেন অঙনবা, লোকম্নুং অশুকপা, তুখুন-তুয়েল মশিং লাকতমদনা হেল্লমলবগা পূণ্য পন্দোল কোবা সনা লৈবাক মুংঙাইববু নাতৈনরক্লে। বীরসিংহ নিংথৌ অথোইবনা লাঙ্গোই লৌশিংবদা পাওহংলকএ—হে লাঙ্গোই ইথুনেং মুংচানবা-ও, সূর্য্য মুমিং য়াইরংচানদি অঙানবা থোংলোন থম্না মুমিং ময়ুম চংগে তৌগম্লকলে। মুহি নিংথৌরেনগী রাজ্য মরৈবাকপু কয়া য়াংলিবা হায়না পাওহং-

থোনগী লাঙ্গোই লৌশিংবনা পাওথুমথিএ। হোইদা হে নিংথৌ ইবুংঙো, তাও-ও, নিংথৌ নংগী মাংলম থম্না মাইকৈ মম্না উরিবা অসিবু পুণ্য পন্দোল লৈবাক মুংঙাইবা মহাক্কে হায়না পাওতাক্লবদা নিংথৌ অথোইবদি লাঙ্গোই পাওতাকথোনবু নাতান্নাগী পুক্লিং হরাও থোইনা মিংয়েং শানথৈথিববু পুণ্য পন্দোল লৈময়োল মুংঙাইবা মুহি নিংথৌরেনগী রাজ্য মরৈবাকপু চেংলৌ মিংথিংলুরে। চোইনৌ সনা লৈবাক মুংঙাইবদা অমরাপুর কোরৌ নোংথৌ লৈবাকা হেন্নদে। খুন্দা থোইনা নিংথিএ। তাইবং নোংশাপানদদি পান্নম মত্তিক লৈত্তে। নিংথৌ মাগী সনা শঙ্গাইরেনস্লুং হেৎ তক্ষা মণিক থিনবগী চেংলৌ মিৎপু লংএ। সনা ফিরাল লমহাই নাইবদা মালং হুমহুম লেংবনা উনবী পুক্লিং হুইএ। অসিস্লুং মদোমদে।

মুহি নিংথৌরেনগী শঙ্গাই নোংচুপ থংবারম মমোম মুইন্দ্রাণী অহেনবীগী কোলোই মশঙ্গাইবু লৈএ। ফিগে লমশং মান্না মচু শংনা হেনবদ চোইনৌ সনা ময়েক থোক, মণিক-রতন থিন্নবগী মঙাল অরাবগা মপন নিংথৌরেনগী শঙ্গাই মঙাল অরাবস্লুং য়োইময়াই লাইরেন ঙাওদনবনা নুমিৎ চাংয়া পকাথবগা মঙাল অরাবা অহুম্মক্কা মায়কৈ মরিমক্কা পুণ্য পন্দোল লৈবাক পুম্না ঙাম্না চেংলৌ মিৎপু লংএ হায়দব্রা? অসাইভৈগী বীরসিংহ নিংথৌরেনাদ য়োইময়াই লাইরেন অঙানবনা নুমিৎ থোংলোন থম্না থাংঙা মম্না শিরক্লবদা মুহি নিংথৌরেনগী লৈবাক খুনম্নাইনা পাইশিল্লকপবু মার্কণ্ড মুনিরেনগী চিঙ্গোই পাওতাক রাবু পুক্লিং থোকাও নাইদনা য়োইবু মুইন্দ্রাণী অহেনবী মাইকৈ অরাং পাংবারম শিডেল লৈগী ইংখোললেন উমং মুংঙাইবদা রাইথুংলরে হায়দব্রা? নিংথৌ যৌবন মথোক্লকপাদি লাঙ্গোই শয়াংথক্তগী মালেম

লৈদা কুম্লবগা লাঙ্গোই লৌশিংবনা নিংথৌ মাংদা চিংনা শিঙেল লৈ-শেম্বীগী মরান লোনলেময়াই নোংচুপ ইম্নিংথোংবু য়োরবদা লাঙ্গোই লৌশিংবনা য়াহমখিএ—হে ইবুংঙো নিংথৌ অখোইবা-ও, মালিনী লৌশিং য়েংনা লৈশেম্বীগী ময়ানয়াইবু য়োরে। নদাইরেম ঐদি চোইনৌ নখুদোপ তম্ফা ভোমথিম্লববু ওইনা শানওম্লগে। নিংথৌ নংগী শমু খুনিংথৌ তোমপোকপদা থোনবি-ও। হন্নু লৈশেম্বীগী মরান-য়াইদা য়াচংমনখিসে হায়না য়াহম্লববগা লাঙ্গোই শানওলহৈবদি সনা তম্ফা খুদোপ ওইনা নিংথৌ শমু খুংতোন চিবা পাওনাইতাবা হাকুম-বদা শিজিম্লবগা হন্নু ময়ানয়াইদা চংখিববু শিঙেল লৈশেম্বীনা থোং লোম্না, পোরোল চার মথোং খিংনা, চফু তিনলাং শৌ, ইরান খোতৌ ওৎলিডৈ বীরসিংহ নিংথৌরেম্না খোংজি নাতৈ পাইনা পাওকোরকএ। হে ইয়ু শিঙেল লৈশেম্বীও, নংবু চার নথোং হাংনা খোংচি নাতৈ কাংবি-ও হায়না পাওকৌববু নাতারাগী হন্নু শিঙেল লেশেম্বীনা পাওহং-লকএ—য়োইময়াই লাইরেন অতানবনা নোংথৌ থোংলোন থম্না থাংতা মম্না শিরক্লবা অসিদা হন্নু ঐবু পাওকোরবা নংবু কনানো? নিংথৌ মমোমলোন লৈমা অহেনবীগী শিঙেল ইংথোনলেন লৈগী উমং মুং-ডাইবা অসিবু মীরাইমনা পংনা চংকদে। থোইয়ম লাইরা তাইবং নমু পোংবা-চারা? নমু পোংবা-চাবু ওইরিগীদি নিংথৌ দণ্ডি য়ারক অরুবা কোরৌ নোং-শিংজংগুম্ববু শোংকিদবরা হায়না য়াহমতম্বগী বীরসিংহ নিংথৌনা পাওখুম্লকএ—হে ইয়ু শিঙেল লৈশেম্বী-ও, ননোংয়াই ঐবু লৈবাক অতাম্বদগী ইতোম য়াইথুংলবনে। থোইয়ম লাইবু নত্তে, তাইবং নমু পোংবা-চানে। ঙসি কোরৌ মুমিংমরুবু ইয়ু নংগী নরান-য়াই অসিদা কাইয়েং নোংফাইজরমগে। নিংথৌ দণ্ডি য়ারক অরুম্ববু

লায়ংলবস্নুং চিংঙু ইরাইবক য়ামচেং ইতুরোইগীনে, খোইমা লমজাই-কররোই। থাংভা নরৈকাইশিংদা ইন্তানখিসে হায়বস্নুং থাংভা মল্লা শিরে। ইমু নরানয়াই অসিদা কাইয়েং নোংকাইরমগে হায়না রাহম-জববু নাত্তাররাগী হমু শিঙেল লৈশেম্বীদি পুক্নিং গুংশি চংনা চার মখোং হাংলুববু নিংথৌ মতৌ নিংথিবা, পোংলোই চংথোনবা, হিরা-মুক্তা খিনবা পুয়মক্তী মঙাল অয়াবনা থাজ থেলকারকপগুম চেংলৌ মিৎপু লংবগী উনবী পুক্নিং ভক্না পাওহংলকএ—হমু ইরানয়াই অসিদা রাইথুংলবা নংবু কনানো ? চেংলৌ নংগী শকপান থোংদি নিংথৌ চেংলৌ শক্তানৈএ। থোইয়ম লাইরা, তাইবং নমু পোংবা-চারা ? রাক্কস হিংচাবনা হমু ঐবু উনবী পুক শুম্না লৌনয়বরা ? নশক অরেম্নবু শানথংহল-ও, হায়না পাওহং রাগী নিংথৌ অথোইবনা পাওথুয়কএ—হে ইমু শিঙেল লৈশেম্বী-ও, ননোংয়াই ঐদি রাক্কস হিংচাবনা মায়া শানওল্লকপস্তু নত্তে। রঙ্গদেশ লৈমাবা বীরসিংহ নিংথৌ কৌবদি ঐনে হায়না পাওতাক্লবদা শিঙেল লৈশেম্বীদি পুক্নিং হুরাও থোইনা লাইজ ঈরিকলাই শেংথোইবনা নিংথৌ শমু মখোং হাম, লাইজ চিনকুপহনলবগা থাংচু য়েক্কে থানা ফমফমহল্লবগা হমু শিঙেল লৈশেম্বীনা অমৌবা পাওহংলকএ। হে ইনোংয়াই নিংথৌ চেংলৌ শকহেনবা-ও, নয়ু ঐগী ইরানলোন লেময়াই অসিদা নিংথৌ নতোম্মদবু করম রাইথুংলবনো হায়না অস্নুম পাওহংববু বীরসিংহ নিংথৌরেম্না পাওথুয়ক্লে। হে ইমু মালিনী শিঙেল লৈশেম্বী-ও, মনোংয়াই ঐবু মুহি ননিংথৌগী মথোমলোন য়োইবু জুইদ্রোণী অহেনবীবু মার্কণ্ড মুনিরেম্না চিঙ্গোই পাওতাক রাগী ভদ্রশ্রবা কৌবা লাঙ্গোই অপাইববু শমু থোংওইননা লোইদাম থাবুম ভক্তকী রাংলৌ

লমদাংশাং অথাম্বৃ শূন্য অভিংভাদা কোরৌ নোংলেন পাইনা ইম্নু নরাননাই অসিদা রাইথুংলবনে হায়না পাওখুম্বৃ নাভারবগী হনুমান লৈকাবীনা পাওহংলকএ। ভৌইগীদি হে নিংথৌ চেংলৌ শকহেনবা-ও, নিংথৌ নংগী শমু নখুনেৎ পাঙলবা লোইদাম থাবুম ভরুকী য়াংলৌ লমদাংশাংবু ওসি কোরৌ মুমিংমক্তবু রাইথুংলৈএ হায়বদি মকম করিগুম্বদা লৈরোবনো হায়না পাওহং রাগী বীর-সিংহ নিংথৌরেম্না হোইদা ইমু শিডেল লৈশেম্বী-ও, ভক্রম্রবা লাঙোই পাঙলবদি নিংথৌ ঐগী শমু খুনিংথৌদা থোম্নরিবা খুদোপ য়াইরংচান তক্ষা পুম্না মরক্তগী খুদোপ মঙাল নাইবা অসিবু লাঙোই ইমুং-চং য়াইওইবনে হায়না অম্নুম পাওভাক্লবগা হমু শিডেল লৈশেম্বীনা হে নিংথৌ অথোইবা-ও, খুদোপ মঙাল অরাবনা রাংপন নোংথাং কুপকুপা চোইনৌ সনা খুদোপ নিংথিবা অসিবু লাঙোই য়াইওইবনে হায়রবদি তয়ুম হনুকাবীনা মশক অরেম্বৃ লাঙোই মতৌ উনিংএ হায়জথোনগী বীরসিংহ নিংথৌরেম্না শমু খুনিংথৌ তোম্পোকপদগী কোলোই মখুদোপ মুংচংববু লৌথোক্লবগা হে লাঙোই য়াইওইবা নংগী নশক অরেম্ব-বু শানকোংলক-ও হায়না মালেম লৈমাইথক্তা থাদথিববু ভক্রম্রবা লাঙোই শানওলহৈবদি লাঙোই মশক অরেম্বৃ শানকোংবিরক্লবদা হমু শিডেল লৈশেম্বীনা চেংলৌ মিৎথিংলবগী হরাও মথৈ লৈতনা রাহম্লকএ —হে ইবুংঙো নিংথৌ অথোইবা নংবু নদাইরেম ঐগী চিঙোই ইরাথংবু উনবী পুক্লিং তপ্পা নাতাবি-ও। ওসি কোরৌ মুমিংহদা পুণ্য পন্দোল লৈমাবা রাজা যুহি ইনিংথৌনা রাজসভা মঙাইরোই পুম্নমক্তা রাগম্মখিএ। হে তয়ুম মালেম লৈবাক কোম্নবাশিং-ও, উনবী পুক্লিং তপ্পা নাত্তা-ও। লহান নোং থোইম্নম চিংভু রা শিদবাশিংনা শূন্য

অতিংঙা কোরৌ নোংলানপান্দগী য়াম্না খোঞ্জেল তাম্না লাওথরকতৈ ইমোম মুংচানবী অসিবু লাংহৈ কুমশিং তরামঙাগী যৌবন মথোক্লক-পগা হাওরে থানা পাংবারমগী রঙ্গদেশ লৈমাবা বীরসিংহ নিংথৌ কৌবনা লাঙ্গোই শগোল অপাইববু শমু থোংওইননা রাজ্য নরৈবাক্তা য়াইথুংলতৈনে। নমোম মুংচানবী অসিবু নিংথৌ মথুবাক্তা য়োনদনা কাওচরৌ-ও হায়না থোইয়ম শিদবশিংগী চিঙ্গোই ময়াথংবু লাংহৈ কুমশিং শুরে, জয়মশিং-ও। বীরসিংহ নিংথৌরেন কৌববু সনা ইরৈবাক্তা য়াইথুংলদরে হায়না অস্তুম রাজসভায়াইদা য়াহমনঙমএ। হে নিংথৌ য়াইকবা-ও, থোইয়ম বিধি নোংদম্বনা শিঙেল তোংদম পুনবদা পুনমনা লৈবাং থৈয়োম শাবদা শামজরকপানরিঙৈনে। অন্না হুইরাং শোম্না, পুক্লিং ইশোরাংবিরগনো হায়না অস্তুম পাওতম্ববু নাত্তারাগী বীরসিংহ নিংথৌ মথোক্লকপদি হমু চিঙ্গোই পাওভাক রাবু পুক্লিং হরাও থোইনা নাত্তারে হায়য়ে। মালিনী শিঙেল লৈশেম্বীম্বং নিংথৌ চেংলৌ শকহেনবগী দমক হৈরাং অশং য়েং, তাওজিং অমুন থল্লা, পানা লৌনা শেম্‌, মৈচং য়ারেনবু মুংনা থায়, কর্পুর মনম মুংশিবনচিংনা য়াওনরবগা চৈরৈ ভপতাই থা, মোলাং ওকয়েপ শেম্‌, মানলৌ মথং য়েংনা নিংথৌ অথোইববু য়াত্তাহল্লে হায়দত্রা ?

হয়েং কৌবা নোংগা শোই, শোইরা তৈনা ওল্লকপদা হনুমান লৈকাবীদি অয়ুক য়াকা ছৌ, চামৈ য়াংনা শিঙেল ইংথোনলেন্দগী লৈরাং মনম মুংশিবা শিঙেল মপানতাবু থাবী শেনকোইরেনগুম্না লৈশিংবু শিঙেল লৈয়াম হেক্লা হনুমান লৈকাবীদি কাদি লৈয়াং তৈ, লৈকা তৈতুপ চন্না পরেং ভকোই শেমলিডৈ বীরসিংহ নিংথৌ

মথোক্লকপনা চেংলৌ মিৎথিৎলবগী পাওহংলকএ—ইয়ু হনুকাবী-ও, শিঙেল নংনা লৈশেম্নিবা অসিবু রাজা মুহি নিংথৌদা শিঙেল লৈকৎ-নবরা ? মমোম লৈমা মুইন্দ্রাণী অহেনবীগী দমক্লা হায়না পাওহংববু হোইদা হে ইবুংঙো নিংথৌ নথোক্লকপা-ও, নিংথৌ মমোমলোন মুইন্দ্রাণী শকহেনবীগী দমক্কে হায়না অম্মুম পাওখুম্নবদা ত্তোইগীদি ইয়ু নচ্ছৎশিন্না শিঙেল লৈশেম ত্তমগে হায়না লৈরাং নিংথিবা শিঙেল চুনবাশিংবু লৈরাং লিয়েৎনা শিঙেল মশেন থুরৌনা, কাতি হংনাইবনা শিঙেল লৈনা য়াৎ, য়েৎতুম পুম্নিংথৌ লংশুং পুম্নাইরেংনা শিঙেল লৈথাপ থুদিংদা লৈরাং ময়েক চং, পোম্বী চিলওক ত্তম্, চেক্লা ঙক-য়েৎননা রাহোং মৈপুন্ য়েকপা তম্না শানশেম্নবগা নিংথৌ লাংচেং মথোক্লকপদি চায়্লৌ লাকোইন্নুংদা লাইরিক ময়েক চনথিএ। হে লৈমা অহেনবী, নংগী দমকপু রঙ্গদেশ লৈমাবা বীরসিংহ নিংথৌরেম্না ভদ্রশ্রবা লাঙ্গোই অপাইববু শমু খোংওইননা শিঙেল নংগী ইংথোন-লেন উমং মুংঙাইবদা য়াইথুংলৈএ। লহান নোং মপোক লাংওল মরক্কী লাইবক খেলাইথোংদা বিধি নোংদমহৈবনা শিংতুম নিংকোই য়েকপদা য়েকমানা, লাইবক খেলাই ইমানয়েকপনে হায়না মার্কণ্ড মহামুনিরেম্না পাওতাকপিবগী মুনি কোলোই ময়াথংনা লিক্লং য়াইওই-ববু ওইরে। মুইন্দ্রাণী কোলোই মিংদা হেনবী নংনা সনা তেম্না চনবা তেনবী অথৌববু ওইনা নিংথৌ এগী থম্মোই লকামুং অথিবদা য়াইরা তেনবারবগী তেনবী হুয়াই কাবনা পুক্লিং মুংশিং ওইরে। নপন পম্হৌ নিংথৌগী সনা মরৈবাক লোইদাম থাবুম ত্তরুকী য়াংলৌ লমদাংশাং য়ৌঙমদবা অসিবু মুংশি পরেং তংঙমদবগী উচ্চৈশ্রবা মপারি ভদ্রশ্রবা কৌবা লাঙ্গোই পাঙ্গলববু শমু খোংওইননা কোরৌ

ফুমিৎমবু য়াইথুংলৈএ। হে লৈমা নিংথিবী-ও, লৈরাং পম্বেং শেম্বনী শিঙেল লৈথাংমুংদা নিংথৌ কোলোই ইপাওমেনবু মেনজখিবনে। লৈমা চিঙ্গোই নয়াথং অথুম্বী থোইরাংহৈ মশিনগুম্বীবু নাতানিংএ। হে নিংথৌ মমোমলোন লৈমা নিংথিবী-ও, নিংথৌ ঐগী শমু মেনলোং ইথুংথোং অসিবু খুংনা ইলথেংনকাইনা য়ারংনবিগনো হায়না অস্থুম চামলৌ লাকোলমুংদা লাইরিক মমেক চপ্লবগা নিংথৌ লাংচেং মথোক্লকপদি শিঙেল থয়োম নিংথিববু হম্ন খুংশিন্নরবগা হে ইম্ন শিঙেল লৈশেম্বী-ও, কোরৌ নোংজা খুদিংগী লৈরাং নথুংশেম্ন মানদরবস্তুং ওসি কোরৌ ফুমিংতি ননোংয়াই ঐনা শিঙেল লৈশেম্বা অসিনা কোরৌ নোংলেম্ননা শিঙেল লৈকংলু-ও হায়না অস্থুম পাওমেনববু হে ইনোংয়াই নিংথৌ লাংচেং নথোক্লকপা-ও, নম্ন ঐনা কোরৌ নোংজা খুদিংদা শিঙেল লৈকংলুবদি লৈরাং অসি-গুম্ববু পুম্না লৈভরিএ। কোরৌ ইনোংথৌ নিংথৌ মমোমলোন ফুইস্রাণী চেংলৌ শকহেনবীনা হরাও পুক্নিং চংনা থোইমা মায়োক্লডৈ-নে হায়না অস্থুম য়াহম্নবগা হম্ন শিঙেল লৈশেম্বীদি লৈমা মশঙ্গাইবু ইস্তানথিরে হায়দরা? কোরৌ অদু নোংবু য়োইবু ফুইস্রাণী অহেনবীনা য়াহম্নকএ—হে থোইনৌ ইতা লীলাবতী লৌশিংবী-ও, ইম্ন হম্ন কাবী শিঙেল লৈশেম্বীবু ময়ানলোন য়ুময়াইদা থৌরম করি লৈরবনো? শিঙেন লৈকং থেংলে। য়োইময়াই লাইরেন তাওদনবস্তুং ফুমিং য়াংনা কারক্লে। হম্ন কদৌরবনো হায়না অস্থুম পাওমেম্নরিভৈ অসাইভৈগী হম্ন শিঙেল লৈশেম্বীস্তুং লৈমা সনা মথোং-থাদা শিঙেল লৈকংলবগী ফুইস্রাণী অহেনবীনা পাওহংঙমএ—হে ইম্ন হম্নকাবী-ও, থৌরম করি লৈবগী কোরৌ ওসি নোংবু শিঙেল

লৈকৎ থেংলবনো ? পাওহংববু নাতাবাগী হন্নু শিঙেল লৈশেম্বীনা পাওখুমখিএ। কোরৌ ইনোংথৌ হে লৈমা নিংথিবী-ও, নদাইরেম ঐনা শিঙেল লৈশেম্ববু কোরৌ নোংজা থুদিংগী লৈবাং লৈথাম্নবু হোংনা শেমজরবগী য়োইময়াইবু মুমিৎ বাংনা কাথিরে হায়না শিঙেল লৈকৎলুববু মুইন্দ্রাণী অহেনবীদি পুক্লিং হরাও থোইনা লৈরাং থয়োমন্নুংদগী শিঙেল থোইনা নিংথিববু লৈমা শমু মখুদোন চিবা পৌনাইবা হাকুমবীনা শিঙেল লৈথোক পাই, লৈরাং চোইহন্দনা লৌথৎলববু অসাইবৈগী চামলৌ লাকোলন্নুংদা লাইরিক ময়েক ইঙম্ববু থুৎহই মতোন লোম্না পারবদা লৈমা লাংচেং মথোক্লকপীদি লহান শিঙেল তোংদম পুনবদা লৈরাং থয়োম শামম্নরকপগী নিংথৌ কোলোই মতিনমেন মুংশিবা কোলোই মৱারেপ মুংঙল মপাও মেনলকপনা লৈমা থম্মোই লকান্নুংদা রাইরা ঙেন পাল্লরবগী উনবী লৈথোইননা লাঙ্গোম ঙেম্না হোইকুমলে হায়এ। মুইন্দ্রাণী অহেনবীনা উনবী লৈনিংশিং ঙমদনা হন্নু শিঙেল লৈশেম্বীদা পাওহংখিএ। হে ইয়ু হন্নুকাবী-ও, নৱান মোংবায়াইদা নমু তোঙানবা কনাগুম্ববু রাই-থুংলবনো হায়না পাওহংথোনগী হন্ন শিঙেল লৈশেম্বীদি য়াথং কোই-থাননা পাওখুম্নকএ—হে লৈমা কোরৌ ইনোংথৌ-ও, নদাইরেম ঐগী ইরানলোন লেময়াইদদি নমু কনাগুম্ববু চংক্ষরকপনো ? ঙরাং কোরৌ মুমিৎমদাহুম ইনোংয়াই নাওৱা অপিশা অমবু শিঙেল লৈথোং পেংনবা পাওকৌরক্লএ হায়না য়াথং কোইথাননা পাওখুম্ববু লৈমা লাংচেং মথোক্লকপীদি রারম শালফোংদনা য়াথং কোইথানবনে হায়না শান-থংবাগী শানা লাইরেম্নং থা তংথায়রক্লা লাইরিক ময়েক চনখিএ। হে নিংথৌ অথৌবা-ও, কোলোই নয়াথং অসিবু য়াথং অওকপনে।

তৌইগুম পাইমা ঐগী উনগোইন্নুংদা লাইজ ঈরৈচনগুম পুক্নিং খাথল ওম্লুদে। খোইয়ম খোইরা তাইবং নমু পোংবা-চারা, মায়া শানওল হৈবা করম্বনা মোমম্লু ঐগী উনবী পুক্নিং হুরবস্লুং থংলুওমদে। য়োইবু ঐগী পাইমা উনগোইন্নুংদদি গেহু রাজা মপারি বীরসিংহ কোবা লাংচেং মথোক্লকপদা ইপল্লা কাওজা মলংহল্লগে হায়না নোংহামলিএ। পম্বো কোলোই য়াথং হেল্লা নমু কনাগুম্বদা স্বামী কোরৌ ইনোংথোনে হায়না তাংজা ইকোক নোনওমলুররোই। নিংথৌ নংবু বঙ্গদেশ লৈমাবা বীরসিংহ নিংথোরেম্নে হায়ববু মোমম্লু ঐনা উনবী পুক্নিং থাজা ওম্মরোই হায়না লাইরিক ময়েক চল্লবদা হনুমান লৈকাবীদা শমু খুৎশিন্নরে। পানা লারৈ অসিদি ইয়্ম হল্লকাবী নং চাথি-ও, পানা লাকোলমদি ননোংয়াই নাওরা অপিশা শিঙেল লৈথোং পেংনরিবা অতুদা লমওকনরু-ও হায়না হপু লৈশেম শমু মথুবাক্তা পিরবগী মালিনী লৈশেম্বীস্লুং মবান ওনতেরক্লে হায়দব্র?

লৈমা শমু মেলোং মথুদোন পানা লারৈ নিংথিববু হস্নু খুত্তা থম্না নিংথৌ চেংজৌ শকহেনবদা লমওকনরে হায়এ। বীরসিংহ নিংথোরেনস্নু লৈমা মেলোং মথুদোনবু পানা লাকোল থোক্না মিংয়েং শানথৈরবগী লেমা ময়াথং নিংথিবী স্নুংডোল পুক্নিং হুবীবু শানথংলবগী নিংথৌ পুক্নিং হরাওথোইনা থন্নরে হায়এ। অসাইথৈগী মুহি নিংথৌ মম্মোমলোনস্নুং শিঙেল লৈরিক চিল, লৈয়াং পরেং নিংথিবা নিংথৌ মেনলোং মথুদোন শিঙেল পরেং লিকপু শমু খুত্তা পাইনা কোরৌ ললশা চাথিএ। হে ইমা য়োইবু খোইমোম লাইরৈমা দূর্গা ভবানী চণ্ডী অথোইবী তাইবং নমু পোংবা-চানা কোরৌ ললশা-চা থাংপল পাওঙ্কামনবু মাংহন্দনা চিংডু বর ললকুবাহৈবী সনা নংগী নখোংথাদা

পুক্নমজবনে। হে পন্সেম অথোইবী, য়োইবু নরনকুদগী রঙ্গদেশ লৈমাবা বীরসিংহ নিংথৌরেনগী সনা মথোংথাদা সেবা থৌগনজববু য়োনদন' লল কুবিও। ইমা ভবানী, বর ললকুহৈবী-ও, তাইবং থবাই পুন্নমক্কী থোমলেন মংলানচান্দা তনবা নশক ওইরিবীস্নুং নংনে। পাথং লাংচেং মথোক্লকপদা মোমন্থু চেংলৌ শকহেনবীবু ওইনা উনবী পুক্লিং ছবিবীস্নুং নংনে। লৈবাক নিংথৌ ময়াই কোইরেনথক, মৈ, ঈশিং, মুংশিং ওইরিবস্নুং নংনে। চাঁমু-চাঁংজাও, লাইজ তুথুন তুরেল ওইরিবী সনা নথোং থাদা পুক্নমজবনে। তাইবং নমু মীওইবনা কোরৌ ললশামনবু মাংহনদবীস্নুং নংনে। ইমা য়োইবু থোইমোম লাইরৈমা সনা নথোংথাবু নত্তনা তয়ুম পাঙ্গল ইচৈগুবু অমা লৈতরে হায়না অস্নুম পুক্নমজথিএ হায়দব্রা? অস্নুম্না লৈমা মতৌ অবাবা চিন্তা পোংলুম পুনা চিন্নাল কাংমৈ খুদা, থা য়াচু শায়বীদনা মতোম নোংথোইরিবীবু চেংলৌ মিংথিংলবগী মদাইরেম লীলাবতী লৌশিং-বীনচিংনা লৈমা হাকথংনরিবী মতা তরেংমস্নুং লৈমা মতৌ য়েংনা থৌগন চৈরৎ নাইরে। নুজা পুন্না ত্তিন্, থোইহৈ মরেং ফম্না শোন-মোইনথিএ। হে খোইনৌ ইতাশা, নিংথৌ মমোমলোন কোরৌ ইনোংথৌ লৈমা লাংচেং মথোক্লকপী অসিবু মহৌশাগুম নংতরে। ওসি থোমলেন মংলানচান্দা লৈমা নতুক নাপা নিংথৌ মমান্নবা করম্নবু উনরুরবগী লৈমা অবা হুইরাং শোল্লিবনো হায়না অস্তম শোনমোইনৈএ হায়দব্রা? অসাইৎগী বীরসিংহ নিংথৌ মথোক্লবস্নুং হমু মরানয়াইদা য়োইবু মুইন্দ্রাণী অহেনবীবু মতৌ করম শেম্না শমু নাক্তা থাসিবনো হায়না অস্নুম নিংথল্লিতৈদা মালিনী শিডেল লৈশেম্বীনা বাহমথিএ— হে ইবুংভো নিংথৌ চেংলৌ শকহেনবা-ও, নংবু পুক্লিং ভপ্পা নাতাবি-

ও। পূণ্য পন্দোল লৈমাবা রাজা মুহি ইনিংথৌনা রঙ্গদেশ মপুরেন নিংথৌ অথোইবা নংবু কোরৌ মুমিৎ কদোনোংবু সনা ইরৈবাক অসিদা রাইথুংলকপা ইমোম নুংচানবী অসিবু পূর্ণ চংথোনবীবু ওইরক্লে হায়না ঙাইথম্লিঙৈদা নদাইরেম ঐগী ইরানলোন লেময়াইদা রাইথুংলরে হায়না পাওতাকলুদরবদি নিংথৌ দণ্ডি বারক অরুম্বা থাম্বী মৈ হৈথগুম্ববু নদাইরেম হনুমান লৈকাবী ইতোম লাল্লংঙৈনে। মুহি নিংথৌরেনবু পুক্লিং শানথংহল্লুগে হায়না রাহম্ববু নাতা রাগী বীরসিংহ নিংথৌনা পাওথুম্লকএ— হে হয় শিঙেল লৈশেম্বী-ও, নংগী পাইমা ঊনগোইমুংদা নিংথল্লিবা অহুবু রারম অওকপনে। নিংথৌ পুক্লিং থংহল্লু-ও হায়না পাওথুমথোনগী শিঙেল লৈশেম্বীনা রাজা মুহি নিংথৌরেনবু ইস্তানলকএ হায়দরা ?

কোরৌ অহু নোংদা রাজা মুহি নিংথৌরেনসুং চোইনৌ সনা সিংহাসনদা ফম্না রাজসভা মঙাইরোইবু তারা থরানমিচাকুম পরেং চমথং শিন্না ফমফম্লিঙৈ অসাইঙৈগী হনু শিঙেল লৈশেম্বীদি রাজসভা মাংদা শমু মথুং লোম্না বাকৎচখিএ—হে ইবুংঙো পূণ্য পন্দোল লৈমাবা-ও, নিংথৌ ঊনবী পুক্লিং তপ্না নাতাবি-ও, নদাইরেম শিঙেল লৈশেম্বী ঐগী ইরানলোন মুময়াইদা নিংথৌ নমাম্লবগী মপারিনে হায়এ, লাঙ্গোই অপাইববু শমু খোংওইনবা অমবু রাইথুংলৈএ। কোলোই মমিংথোংদি বীরসিংহ তৌনা কৌএ। চেংলৌ মাগী শকপানথোংবু লোইদাম পূর্ণিমা থাজা অনিনবাগুমএ। থ্বাং থ্বাংজেং তাববু মৃগেন্দ্র নোংশা থ্বাংজানৈএ। শয়েং মতানবোমু থম্নৌ লৈয়োনগুম পাম্বোম মতারামএ। চেংলৌ মিৎকোইথোংবু থম্বাল মিৎতা হেলএ। নিংথৌ শমু মহাকশাং নব অনৌবদা

সনা ফিরোই লৈভেংনা বিজুলী নোংখাং কুপকুমএ। থোইয়ম মশান-ওন করম্বনা নমু পোংবু ওইনা পোক্লবনো খংডমদে হায়না অস্থুম য়াকংলববু নাতায়গী রাজা মুহি নিংথৌরেনদি পুক্নিং হরাও থোইনা য়াহয়কএ—ভোইগীদি তয়ুম মালেম কোয়বাশিং-ও, লহাম নোং নিংথৌ ঐনা থৈনা মরোমন্নুংদা য়ারৌ শাদানলুভৈগী থোইয়ম শিদবাশিংনা য়ারা থোঙ্জেল তায়া পাওমেনখরকভে মাইকৈ থা পাংবারমগী বীরসিংহ নিংথৌ কোবা লাঙ্গোই অপাইববু শমু থোংওইনবনা পুণ্য পন্দোল নরৈবাক্তা য়াইথুংলভেনে। নমোম চেংলৌ শকহেনবী অহুবু মরান লুহোং থোংদোংবি-ও হায়না থোইয়ম শিদবাশিংগী চিঙ্গোই ময়াথংবু লেপ্না য়াইথুংলত্রা তয়ুমশিং-ও হায়না পাওহংথোনগী মদাইরেম মালেম লৈবাক কোয়বা পুন্নমক্তা পাওথুয়কএ। হে ইবুংঙো পুণ্য পন্দোল লৈমাবা-ও, কোরৌ নোংমদোনগী থোইয়ম চিঙু য়া শিদবাশিংনা নমোমগী শিঙেল মতুকনা লৈরাং মপানবমে হায়না চিঙু নোংদম্বনা তয়কলবা মহাকপু ওইরবস্থং নিংথৌ মভিক থংনা নমোম লৈমা নিংথিবীবু মরান লুহোং থোংদোংবিভেনে হায়না পাওথুয়বদা ভোইগীদি তয়ুমশিং-ও, হৌজিক চেংলৌ মিংকুপমরুমদা হনু শিঙেল লৈশেম্বী মরানয়াইগী বীরসিংহ চেংলৌ মথোক্লকপবু সনা দোলাই নিংথিবদা নিংথৌ পোংলোই অয়াম্ববু শমু পালোইননা থুনা পাওকৌরক-ও হায়না অস্থুম য়াহয়বদা মদাইরেম মালেম লৈবাক কোয়বা পুন্নমক্তি নিংথৌ সনা য়াথংদগী সেনা শাম্মী পুমা হপ, শগোল, শামু, দোলাই, থোংমী মপুম পাভমদনা শিঙেল ইংথোললেন মুংভাইবা হনুমান লৈকাবীগী মরানয়াইবু ইত্তানলক্লবগা থোইমা মায়োক্তা শমু মখুং লোমা য়াহমুখিএ। হে ইবুংঙো নিংথৌ

অথোইবা, নংবু রাজা মুহি ইনিংথৌনা পাতকৌক্ক-ও চায়বগী নদাই-রেম ঐথোম্ববু থৌশিরকএ হায়না রাহমথোনগী মহারাজ বীরসিংহ নিংথৌরেনদি নিংথৌ শমু মহাকশাং নোংজা থ্বাংদানবদা চতুরঙ্গ নিংথৌ পোৎলোই অয়াম্ববু চৈরৈ মশিং শুনা ফিজেৎ মতোন লোম্নবগা সনা দোলাই নিংথিবা হেরা তম্ফা থিনববু নিংথৌ মাংদা পুশিল্লক্লবদা নিংথৌ লাংচেং মথোকপদি উচ্চৈশ্রবা মপারি লাঙ্গোই লৌশিংবদা রাহমথিএ। হে লাঙ্গোই মুংচংবা-ও, পূণ্য পন্দোল লৈমাববু ইন্থান-লুসে হায়না রাহম্নরবগা নিংথৌ অথোইবদি সনা দোলাই তোং, লাঙ্গোই মসুং চংনা নমু পোংশক ওন্না নিংথৌ মাংদা চংএ। শেকপীন লৈনা থন, হুমাই মাইরেং হৌ, সেনা লাম্মী পুম্না য়োম্না কোরৌ নোংলোনথকী চিংডু ইন্দ্র সরারেম্না মালেম তম্পাক লৈতারকপাগুম মুনি নিংথৌরেনবু ইতানলক্লে। পূণ্য পন্দোল লৈমাবগী দ্বার থোংজাও য়োরবদা দোলাই রথখক্তগী মালেম শৈদা কুম্না রাজসভা য়াইবু তাম্না চংশিল্লকলে। নিংথৌ লাংচেং মথোক্লকপনা মমান মুহি নিংথৌবু মানবি খুদপ্পনা পুরুম্নবগী নিংথৌ মত্তিকনবা সনা তাংবন থানা ফমফমহল্লে হায়এ। অসাইভৈগী লাঙ্গোই থুনেৎ লৌশিংবা নমু পোংশক ওইবদি নিংথৌ তুংদা ফমএ। নিংথৌ মরমচৎ নিংথিবা মতৌ চুনববু চেংলৌ মিৎথিৎলবগী রাজা মুহি নিংথৌরেম্না রাহম্লকএ — হে নিংথৌ লৈমাবা-ও, নংবু উনবী পুক্রিং তপ্পা নাতাবি-ও। থাইনা লহান নোং য়াওরৌ শাত্তানলুভৈদা থোইয়ম শিদবাশিংনা কোরৌ নোংলানপান্দগী লাওথরকএ। নমোম শুইন্দ্রাণী অহেনবী অসিসু গেহ রাজা মপারি বীরসিংহ কৌবা লাঙ্গোই অপাইববু শমু থোংওই-নবনা সনা নরৈবাক্তা রাইথুংলভৈনে। নমোম নাওন্না অহেনবী অসিবু

য়োনদনা মরান লুহোং থোংদোংবি-ও হায়না পাওমেল্লমববু তাংজা শমপুম মরুমবু শোইদরে। তৌইগুম লাঙ্গোই থোইনা পাঙ্গলবা কোরৌ নোংলোন পাইববু শমু থোংওইনৈএ হায়বদি মক্ষম করি-গুম্বদা লৈহৌবনো, চেংলৌ শকউনিংএ হায়না পাওহংলকপবু বীরসিংহ মথোক্লকপনা পাওখুম্লকএ— হে ইমান নিংথৌ সনা লৈকোই ফম্বা-ও, মাকলৌরেন ঐবু মার্কণ্ড মুনিরেম্মা পাওতাকপিবগী ইমান নংগী সনা নরৈবাক্তা ইস্তানলকপবু লাঙ্গোই পাঙ্গল মপাঙ্গম্বগী কোরৌ নোংমতবু বাইথুংলৈএ। লাঙ্গোই য়াইওইবা মায়া শানওলহৈবদি শমু ঐগী তুংদা ফম্লিবা অসিনে হায়না পাওতাকথোনগী মুহি নিংথৌরেম্মা য়াহম্লকএ। নমু পোংশক ওইবা নিংথৌ তুংদা ফম্বা অতুনে হায়রবদি লাঙ্গোই মতৌ করম্বনো, পুক্লিং চিংনা কোক্লবা মিৎয়েং শানথৈনিংএ য়াহমথোনগী নিংথৌ লাংচেং মথোক্লকপনা লাঙ্গোই মথুনেৎতা মিৎয়েং শানথৈথগববু লাঙ্গোই লৌশিংবনা শানখংলংগী রাজসভারক্তা চোংথোক্লবগা য়াঙ্গোই মতৌ নিংথিবা স্বরূপ মশক মক্তবু মিৎয়েং শানথৈহল্লবগী মুহি নিংথৌরেনদি পুক্লিং হরাও থোইনা মমোমগী দমকপু মরান লুহোং থোংদোংনবা শংলৌ ওমতমথিএ। নিংথৌ মাগী পুরোহিত মনাওয়োক বলভদ্র লৌশিংবা আচার্য্য ব্রাহ্মণ অহৈববু মন্ত্রণা য়াতাম্না, বার্ত্তন মশিং থারে। মদাইরেম গণক অহৈবনা খেললন মাকমৈ থল্, পাত্র লৈবাক কোয়বনা যজ্ঞ মফম শেম্না মাগুব চাওকোই থলএ। ঈশ্বরাণী লৈমরেনগুং য়োইবু মডাইরোইশিংগা মমোমগী মরান লুহোং-থোংদোং পোৎপু পোৎলোই মশিং গুনা থোরাংথিএ। মুহি নিংথৌরেম্মা ব্রাহ্মণ মনাওয়োকপু সনা শেম্পাক খুৎতা গুনা নিমন্ত্রণ বার্ত্তন কৌহল্লুরবগী ব্রাহ্মণ, মুনি, গণক, পণ্ডিত পুম্নমকপু

মাওব চাওকোইন্নুংদা ভারা থরানমিচাকু ম কমকম্লরে হায়এ। রাজা বীরসিংহ নিংথৌরেনস্নুং সনা কানদেংথক ক্যাং মোন্দুমথক্তা লোইদাম পূর্ণিমা থাজা অনিনবগুম তেজ মঙাল নাইনা কমকম্লরে। লাঙ্গোই মথুনেং য়াইওইবস্নুং নিংথৌ তুংদা কমএ। পুণ্য পন্দোল সনা লৈবাক্কী নমু পোং ওইবশিংনা শোনমোইথিএ। নিংথৌ লাংচেং মথোক্লকপা অসিগুম্বু মালেম চিথেক মরিমক্তা নিংথৌ সনা চোংলেন পানবশিংবু কনা লৈরিগবনো? লহান নোং জম মপোক কয়ারকপু চিংজু নোংপোক মহাদেবগা য়োইবু দুর্গা লাইরৈমগা অনিমদা কোরৌ লল- শাজবগী ভাইবং নোংশাপানদা চেংলৌ শকোই হেম্না পোক্লবনে। নিংথৌ মমোমলোন মুইস্রাণী অহেনবীগা শিঙেল মতুকনা লৈরাং মপানববু ওইএ হায়না অম্রুম শোনমোইনথিএ হায়দত্রা?

অসাইচৈগী ব্রাহ্মণ লেংনা তিনবশিংনা খেললেন মতম অকবদা যজ্ঞ মঙম হৌগংলে। হুমলেন মনিম নাই, মৈথু নোংলোন কা, ধুত থাওহৈ, আচার্য্য ব্রাহ্মণ অহৈবনা বেদ লাইরিক থী, মোইবুং খিনকামনা, শরিক নোংদম থিং য়াংলেন মরাং হৌনা ঈশৈ মুংওল শক, নৃত্য জগোইশাবীনা থোংশিং মালপন হৌনা জগোই থোংলৈ তৈথিএ। মুজা মথোকক্লপীশিংনা খোঞ্জেল মুংনৌ থোক্লা যজ্ঞ মঙম হৌরে হায়দত্রা?

অসান্নুচৈগী য়োইবু মুইস্রাণী অহেনবীস্নুং মপন পলেম মমা ঈশ্বরাণী লৈমারেম্না মমোম মুংচানবীবু শমতুক মালতেং চাও, শম্লাং য়েনকাপ থোকহন্দনা চৈচৈ থোইনা নিংথিবা চোইনৌ সনা পুষ্পা ফিবু চৈচৈ মঙাল নাইনা ললহোংহল্লবগা কিয়াং লিকফাং নিংথিবনা থবাক মঙাল নাই, কোলোই থুংসি পানেল হৌ, মুপুর খোংজি

থোন্, লৈমা শমু মখুদোন চিবা পাওনাইদবা হাকুমবীদা সনা খুদোপ য়াইরংচান তম্ফা চুম্বুল খিনববু শমু খুৎফাং লৈনা খুদোপ মণ্ডাল নাইনা উনবী পুক্লিং হুইএ। লাইবক থেলাহ থোং খাজা মপুং ফাগুম্বীদা চন্দন তোমখিম্বনা অহেল মিংচু থোইএ। সনা লৈওলননা ফিজেৎ মতোন লোম্নবগা পলেম মম লৈমরেম্না মমোম সুংচানবীবু শরেন য়েৎ-ওই শমু, লৈমা মফেৎ লৈ, লীলাবতী লোশিংবীনা হাওসি ঙমগা চিং, চম্পকলতা, প্রেমালিকা, মাধবীলতা, গুঞ্জলতা, শ্যামলতা, গুঞ্জলনী কৌবী থোইনৌ মতা তরেৎমস্থুং চৈরৈ ব্রাৎনদা মানলৌ হেম্বদনা লৈতেংলবগা লৈমা শমু পানলোইনরকএ। মদাইরেম নোংশা খ্‌বাংতানবী চামনা লৈমা মতুং ইন, লমশা মচুম তাবা লমচৎনা, থোংকাপ তপ্পা রাম্না স্বয়ম্বর লুহোংফমদা রাইথুংলরবগা সনা ফান্দেংখক্কা ফমফম্ববু স্বয়ম্বর লুহোংফমগী নমু মীয়াম পুম্নমক্কা লৈমা মশক য়েংনা, পুক্লিং অওক চংনা শোনমোইনখিএ। নিংথৌ মমোমলোন লৈমা অহেনবী অসিবু কোরৌ নোংলাংপানগী রম্ভা নিংখিতরেংবী তনৌ নোংদারেনগুম্বীনা মালেম লৈতারকপগুম উনবী পুক্লিং হুইএ। অসিস্থুং মদোমদে।

চিংত ব্রহ্মা নামুংবগী মশানৌ শমু ওইরমথাবী রোহিণী লাই-রৈমানা নিংথৌ মমোমলোনবু ওইনা পোক্লবরা? তাইবং নোংশা-পানগী মুজা পুম্না মরক্কা অহিং ভানবা য়াইগুমএ। মুইন্দ্রাণী চেংলৌ শকহেনবীগুম্বীবু অনিগুনা লৈররোই। নিংথৌ লাংচেং মথোক্লকপা অসিগা লৈমা মতিক্কা নিংথৌ মমাম্নবু লেপ্পা ওইররে হায়না নমু মীয়াম তিম্না শোনদোইনৈএ হায়দরা? অসাইতৈগী রাজা মুহি নিংথোরেনদি মুনি লেংনা তিনবগী আজ্ঞা য়াথং লৌনা শুভ যোগ

চংথোনবা লগ্ন অক্ষবদা মমোম মুংচানবী শিডেল চম্পা লৈহাওগী পরেং ওক্নোই শেম্ববু শমু থুত্তা পাইহল্লবগা নিংথৌ থুংত্তা শম্না রাজা বীরসিংহ নিংথৌরেনদা শিডেল লৈ কংহল্লবগা মমোম মুংচানবীবু অস্থুম কন্যা দান লংলা কুজরবদা বীরসিংহ নিংথৌ লাংচেং মথোক্লকপস্থুং মালতী পরেং নিংথিবনা লৈমা ওক্লা হক্না শিডেল লৈরাং ওমএ। অস্থুম গন্ধর্ব্ব বিবাহ তৌনা লুংোং কুম্মৈ হৌরে। ব্রাহ্মণ শাগৈনা বেদ লাইরিক থিএ। জয় ধ্বনি য়াইফবগী য়ারা খোঞ্জেল লাও, দুন্দুভি য়াইবুং খিল্, ভেরী শানাই থোং, নাগনা পুংখং তৈ, তরেং শেনফাং খিং, শঙ্খ মোইবুং লিশিং থোং, রাজা নিংথৌরেনগী নৃত্য জগোই-শাবীশিংনা অলঙ্কার চৈরৈ ফিরোই শেংনা নৃত্য জগোই শাইএ। কোরৌ নোংলোনথক্কী শিডেল লৈরিক নোংচুননা হরাওমথৈ লৈত্তরে হায়দব্রা ? অসিস্থুং মদোমদে। রাজা মুহি নিংথৌরেনদি মমোমগী দমকপু বাহ্মণ, মুনি, ঋষি পুন্নমক্তা চোইনৌ সনা, রূপা, হিরা, তম্ফা, মণি, রত্তন পুন্নমকপু মশিং চৈরৈ থিওমদা, ফিরোলবু ফিরোই মশিং শুনা দান লল কুজরে হায়এ। মুনি, ঋষি পুন্নমক্না য়াহল্লকএ—হে নিংথৌ অথোইবা-ও, নংবু খোইমা করম লাইবক ফবনো, নমোম মতিক্লবা নিংথৌ নংগী মাকলোরেন চেংলৌ শক্নোই হেনবা গুণ মতিক লৈববু ওানফংজরে। মুনি ঐথোয় পুন্নমকস্থুং দান নংলা লল য়েনববু উনবী পুক্নিং পেল্লে। তাইবং নোংশাপানদা কোলোই নমিং চংনা জয় য়াইফববু ওহ-ও। ঋষি ঐথোয় পুন্নমকস্থুং থারা ঐথোয়গী ফম্বীরেনবু ইত্তানথিরগে হায়না পাওমেল্লবগী মুহি রাজা নিংথৌরেনস্থুং মুনি-ব্রাহ্মণ পুন্নমকপু হন্না হন্না পুক্নমজহোরে। মুনি লাইবু নিংবশিংস্থুং আশ্রম মথোয়গী ফম্বীরেনবু ইত্তানখিরে হায়দব্রা ?

মুহি নিংথৌরেনদি মদাইরেম মালেম লৈবাক কোয়বা নহা-মুবী, হমু-হনবা, খোংতেক-মিৎতাং, নম্বোন থাক্তনা দান মত্তিক ওকপবু লল য়েনবিরবগা নিংথৌ মাগী মাকলৌরেন নিংথৌ চেংলৌ শকহেনবদা রাহমথিএ। হে মাকলৌরেন লাংচেং মথোক্লকপা নংবু ইমোম অহেনবীগা শমু পালোইননা ইমোমগী কোলোই শঙ্গাইমুংবু ইন্তান-থিরো হায়না রাংমবদা বীরসিংহ নিংথৌ অথোইবস্থুং মমান নিংথৌ-রেনবু পুক্ষমবগা মশানৌ লৈমা অহেনবীবু শমু পালোইননা সনা দোলাই তোং, চোংলেন ইনচম থান, জুমাই মাইরেং হৌ, নমু মীয়াম য়োম্, মদাইরেম ভদ্রশ্রবা লাঙ্গোই য়াইওইবা নমু পোংশক ওইবস্থুং নিংথৌ য়েৎলম থংনা দোলাই চাকলেন পাইএ। লৈমা মদাইরেম লীলাবতী লৌশিংবীনচিংনা থোইনৌ মতা তরেৎমকস্থুং দোলাই চাকলেন ওইরম পাইনা মদাইরেম নোংশা থাংজানবী চামনা শমু তুংদা য়ায়া, লৈমা শঙ্গাই মকোলোই উনবী পুক্নিং হুবদা অস্তুম য়াচল্লকপবু মুহি নিংথৌরেনদি মশানৌ ঈশ্বরাণী লৈমরেনগা মদাইরেম পাত্র লৈবাক কোয়বা পুম্নমকস্থুং পুক্নিং হরাও থোইনা মিৎয়েং শা-লৈথিরোএ। নিংথৌ শানৌ মতৈ-মনাওস্থুং সনা মাগী য়োইকোম্নুংদা চংখিরে হায়দত্রা? বীরসিংহ নিংথৌ মথোক্লকপদি মশানৌ লৈমা অহেনবীগী সনা শঙ্গাইমুংদা রাইথুংলবগা ক্যাং মোস্তেকথক্তা লোকয়াই তাম্বা তোং, শিনৌ লশিং তিনগুম য়াতাম-লরে। শানৌ মতৈ-মনাওগী চাম্না লমচৎ অচেৎপা থৌজাল লিয়েৎ-নববু জেংথা ওয়রোই। লৈমা চেংলৌ মশক য়েংনা নিংথৌ পুক্নিং হরাও চংএ। নিংথৌ পুক্নিং হরাওববু য়েংনা লৈমা উনবী পুক্নিং পেয়া পানমম্নরে হায়দত্রা?

পরাশর মুনিরেনগী মপারি মুনি ব্যাস কৌবনা সেবক মপারি জয় মুনি লৌশিংবদা হ্রাইমথিএ। বীরসিংহ নিংথৌরেনগী হ্রারী মুংঙাইববু উনবী পুক্লিং তপ্পা নাতা-ও হায়না অসুম হ্রারীরম্ববু মুনি চিঙ্গোই শৈঙ্গুং ইনভমদা, হেক্লি চিন্দাইশমদা শৈঙৌ পম্বাং নাইদববু হ্রারৈবিগনো। নদাইরেম নাওরা লোল থংদবগী লৌশিং ইফাই চল্লিবা ঐথোয় অহুমনা সত্য যুগকী হ্রারী মুংঙাইবা অসিবু নাভারবগা কোরৌ নোংলোন্নসে হায়বগী পুক্লিং অপাম্বনা ভাষা পোইরৈ মৈভৈ-রোন্দা শৈগুলজেএ। অয়োন মথৈ লৈতববু পুক্লিং হ্রারৌবিরোই হায়না হন্না হন্না পুরুমজবনে।

নাসাইতৈগী জয় মুনি লৌশিংবনা পাওহংজরকএ— হে গুরু অথোইবা-ও, য়োইবু মুইন্দ্রাণী অহেনবীবু বীরসিংহ নিংথৌরেনগা মরান লুহোং খোংদোংবগী হ্রারী মুঙাইবদি উনবী পুক্লিং পেম্না নাভারে। থৌরম অসি মতুংদা মতৌ করম ওইবনো? গুরু সনা নয়াথংদগী পুণ্য হ্রারী মুংঙাইবা গঙ্গা মতিক অচৌববু নাতাজগে হায়না পাওহংথোনগী মুনি ব্যাস অহৈবনা হ্রাইম্লকএ— তাও, তাও, হে জয় মুনি লৌশিংবা-ও, ইতিহাস হ্রারী মুংঙাইবা য়োইবু গঙ্গা লাইরৈমগী মতিক অথোইবীবু কনা হায়গম্বা? তোইকুম গঙ্গা মতিক খঙ্গিজক্কা ঐ হ্রাইম্লক্কে। উনবী পুক্লিং পিনা নাতা-ও। বীরসিংহ নিংথৌরেম্না লৈমা মুইন্দ্রাণী অহেনবগী শঙ্গাই মকোলোই কোলোই মুংলাংচান উনবী পুক্লিং হুবা মথোং মালেম লৈয়োদা, শুন্য অতিংঙাদা মতোম য়াল্লিবা কোলোই শঙ্গাইমুংদা হৈরাং অশং য়েং, তাওজিং অনুন থল্, পানা নানৌ তং, থা ভংথায় লৌ, উনবী পুক্লিং থুং, লৈমা মতৌ নিংখিবীবু য়েংনা পুক্লিং হরাও থোইএ। য়োইবু লৈমা অহেনবীমুং

নিংথৌ লাংচেং মথোক্লকপগী পুক্লিং হরাওববু য়েংনা লৈমা পুক্লিং পেল্লে হায়দত্রা? রাজা বীরসিংহ নিংথৌরেনদি পূণ্য পন্দোল লৈময়োল মুংঙাইবদা কোরৌ নোংবুম তরামঙানিবু শুথিরবগী লাঙ্গোই মথুনেৎ মুংচংবা ভদ্রশ্রবা লৌশিংবনা য়াগয়কএ। হে ইবুংঙো নিংথৌ অথোইবা-ও, নমান নিংথৌ সনা মরৈবাক অসিদা কোরৌ নোংশিং য়াম্না য়াঙ্গোইরোইএ। নপন পলেম নমা পোকমাবীনা সনা নরৈ-বাক্তা কোরৌ থোইনা য়েং, য়াংপন পাংনা য়েংনা ইপারি নিংথৌ লাংচেং মথোক্লকপদি ইছইরোল মুইন্দ্রাণী অহেনবীবু মরান লুহোং থোংদোংলবগা মচিং থুনা হনয়াইরক্কে হায়না লাঙ্গোই মথুনেৎ শগোল অপাইববু শমু থোংওইনথিবদি মরান কৈদৌবা য়াইথুংলদরবনো হায়না অহিং থোয়েন তুমগন্দা, মুংথিল মিৎয়েং নাওশুমদা, কোরৌ থোইনা য়েংনা নোংথোইরিঙৈনে। সনা নরৈবাকপু ইস্তাল্লসে হায়না অস্তুম য়াহয়রবগী নিংথৌ অথোইবনা মশানৌ মুইন্দ্রাণী অহেনবীদা পাওমেনথিএ— হে শানৌ লৈমা নিংঋিবী নংবু নশাবী ঐগী চিঙ্গোই ইয়াথংবু উনবী পুক্লিং ওপ্পা নাতাবি-ও। লহান নোং পূণ্য পন্দোল নরৈবাকপু ইস্তানলকঙৈদা ইপন পলেম ইমা পোকমাবীনা অয়া মথৈ লৈতা, মুংশি পুক্লিং কায়, কোরৌ থোইনা য়েংনা পলেম মতোম লৈবাক ঙাকলোএ। শানৌ নংবু সনা ইরৈবাকপু ইস্তাল্লসে হায়না অস্তুম য়াহয়বদা য়োইবু মুইন্দ্রাণী অহেনবীনা চিঙ্গোই ময়াথংবু চীংশাং থোইরেন হীগুম পাওহয়কএ—শাবী নিংথৌ ইনেমচা-ও, নিংথৌ নংগী সনা নয়াথংবু নশানৌ ঐনা য়াথং ছনলানঙয়োই। তৌইকুম ইপন নিংথোরেন, পলেম ইমা পোকমাবীদা পাওতাকলুসে হায়না শানৌ মতৈ-মনাও শমু পালোইননা মদাইরেম লৈমা লেংনা

ত্তিনবী থৈবিকস্তুং নিংথৌ হৈনা মতুং ইম্না মমান সনা মথোংথাবু ইস্তানমনরকএ। পূণ্য পন্দোল লৈমাবা রাজা মুহি নিংথৌরেনস্তুং মশানৌ ঈশ্বরাণী লৈমরেনগা ফমফম্নবৈডদা মমোম লৈমা অহেনবী শানৌ মতৈ-মনাওনা মালেম লৈদা পক্লা পুক্নম্নবু মমান মুহি নিংথৌনা চোইনৌ সনা ফান্দেং থানা ফমফমহল্লবদা রাজা মুহি নিংথৌরেম্না পাওহংডমএ। ইমোম অহেনবীগা মাকলৌরেন লাংচেং মথোক্লকপা নিংথৌ শানৌ নতৈ-ননাওবু ম্নারম করি লৈবগী নমান ঐবু ইস্তানলকপনো হায়না পাওহংববু নাতারাগী মমোম চেংলৌ শকহেনবীনা পাওখুম্নকএ। হোইদা হে ইপন নিংথৌরেন ও, পঙ্গৌ নংগী মাকলৌরেন্না সনা মরৈবাকপু ইস্তাম্লসে হায়বগী ইপন সনা নথোংথাদা পাওতাক্লবনে হায়না অস্তুম পাওখুম্নবু রাজা মুহি নিংথৌরেম্না রাহম্নকএ—হে মাকলৌরেন যৌবন মথোক্লকপা নংবু উনবা পুক্লিং তপ্না নাতা-ও, নমান ঐস্ল অহন মতম ওইনা পুন্সি চেংজেন কৌরক্লে। নিংথৌ ইহুৎ শিম্না সনা ফম্বাল ফম্বিনববু পুম্না লৈজে। মাকলৌরেন গুংচানবা নংনা পূণ্য পন্দোল সনা লৈবাক অসিদা রাজা নিংথৌ ওইবি-ও হায়না রাহম্নবু নাতারাগী বীরসিংহ নিংথৌরেম্না পাওখুম্নকএ—হে ইমান সমা লৈকোই ফম্বা ও, নিংথৌ সনা নয়াথংবু ম্নাথং অওকপা মহাক্লে। ভৌইকুম ইপন রাজা নিংথৌরেম্না হৈরাং ইতোম তোমশাংনা, ওাইরোং ইতোম ইতোম য়াম্নবনিগীনা সনা ঐগী ইরৈবাক্তা পিক্লা রাজা নিংথৌ ওইরে, নিংথৌ ইহুৎ শিনববু পুম্না লৈজে। অসিস্তুং মদোমদে। ইপন পলেম ইমা পোকমাবীস্তুং অহন মতম ওইনা মানলৌ চিংওম্নকলে। পলেম হুম্নকাবীনা রাজ্য লৈবাক ভাকলৌএ। মপাম্নী ঐগী দমকপু অম্না মথৈ লৈতনা লৈরৌএ।

ইমান সনা নয়াথং য়াথং অকবগুম থাবি-ও হায়না অসুম য়াহম্বু নাতায়ায়া ঈশ্বরাণী লৈমরেনদি অরা মথৈ লৈতা মমোমবু শিজেল শেংনবা লৈরাংতগুম্বু করম থায়নসিবনো হায়না ঙম্লোই হায়বগী পিরেল থকমাদনা মিকপথিএ—হে ইমোম হবেম্মা নংবু চেংলৌ মশক উদনা করম লৈভমসিবনো, নহু নিংথৌ লৈরাং অতোম্বা শাবী নহাক্কী হাপ্পা ফুইভম্বা কোরৌ মুমিং হাপ্পা উ, লোইদাম থাবু হানভম্বগা কনা লৈবগী পুক্লং থোকোভমসিবা ! ইমোম নতোম্মবু চিংভুনা লল কুবিবগী মোংকাং কৌথাতুগুম নামতোমগুম্না তোমশাংনবিনে। পলেমমা করম নিংশিংবনো ? য়াবা নথোম্ভেল মুংশিবী থোইমু ইমা হিজুম্মীবু নাতাররোই হায়না ভকথি লুম্মাং কোন্, থজাই লেংলোন চুপ্পা মিকপথিএ। মমোম মুইন্দ্রাণী অহেনবীস্নুং মপন অনিমকপু শিজেল শেংনা ভমদবগী পিরেল থকমাদনা মিকপনৈএ। মমান মুহি নিংথোরেম্মা য়াহম্নএ—হে মাকলোরেন রঙ্গদেশ লৈমাবা-ও, নমান ঐগী চিঙ্গোই ইয়াথংবু হুপানবিগনো। নশানৌ ইমোম নাওয়া অপংবী অসিবু লাংবল তৌদ্রিগুম মতোম তোমশাংনবানিঙ্গীনা পাইমা লৌশিং লৈতে। অয়েং মাকলোরেন নংগী সনা নথোংথাদা সেবা থৌগন শোইবগু মহৌ মশিং লাকভম্লোই। য়োইবু মথি থিয়েক বা, য়োইহৈ মন্থু হুয়েক য়াবু থোক্লবদা নমান ঐগী চিঙ্গোই ইয়াথং য়ারেপচবা অসিবু উনবী পুক্লিং শিংনা হম্মা হম্মা ভাকপি-ও। মহু নিংথৌ লাংজেন কেংয়াং য়াবিকনবু শাংমম্নদবনে। লৌশিং কনা ভেংবাংবিনবু পুম্মা লৈতে। নমান ঐনস্নুং লৌশিং পাওতাক ভম্নরোই হায়না অসুম য়ারেপ্পবগা অনৌবা পাওমেম্লকএ। হে মাকলোরেন মুংগানবা শানৌ নতৈ-ননাওবু লোইদাম থাবুম ভরুকী য়াংলৌ লম্মা

তাম্বা শমু খোংনা ফাওদববু লাঙ্গোই অপাইবদি শমু খোংওইননা করম ইস্তানথিগবনো হায়না মুহি নিংথৌরেনদি পুক্লিং অমা চংনা অস্নুম মিকপ্লিডৈদা উচ্চৈঃশ্রবা মপারি ভদ্রশ্রবা লাঙ্গোই পাঙ্গলবা নমু পোংশক ওইহৈবদি স্বরূপ মশক অরেপ্পবু শানকোংলক্লে। সনা শাপোৎ মগুাল নাই, লাঙ্গোই মচু নিংথিববু সনা হাজং য়েঙ্গুমএ। চেংলৌ মিংকোইথোংবু য়াওরৌ শক্তি মিংতানৈএ। লাঙ্গোই চিন্দোন তাবু হিঙ্গোল লাক্লৌ শিলগুম্না অহল মিংচু থোইএ, থ্বাং নোংশা থ্বাংতানা লাঙ্গোই মমৈ কাং, ধ্বজ ফিরাল হায়গুম শগোল মনা মম্, শমু খুদোন থপ্, লাঙ্গোই মশক লৈ, মশোং হায়, শগোল মথি নাইনা চোংথোক্লকপবু ভদ্রশ্রবা পাঙ্গলবগী লাঙ্গোই মশক য়েংনা উনবী পুক্লিং অশক চংনা শোনমোইনথিএ। য়াঙ্গোই অপাইবা মতৌ নিংথি থোইবা অসিগুম্ববু থাইনা কৈদৌনোংস্থ চেংলৌ মিংথিং-লক্করিএ। খোইয়ম বিধাতা নোংদমহৈবনা লাঙ্গোই মশক হেন্না করম শানশেম্বিরম্বা ? লৈরোন নোংলোন অহুমকুস্নুং অনিগুনা লৈরিরোই। কোরৌ নোংলোনথক্তী ইন্দ্র মথুনেৎ য়াইওইবা কোলোই মিংলেন চৎপা উচ্চৈঃশ্রবা কৌববুনরিডৈনে হায়না অস্নুম শোনমোই-নরিডৈদা মতৌ মুংশি থোইবা পুক্লিং অশক চংবা অমস্নুং তৌরহিক্লে। হে জয় মুনিরেন-ও, অসাইডৈগী য়োইবু মুইন্দ্রাণী অহেনবীগী কোলোই শঙ্গাইরেন নিংথিবা লিকশং চুদাননা নোংলেন ঈনৌ মানবদো শুম্ভু অভিংগুাদা য়াম্না লৈরিববু কোরৌ অতু মুমিংমদা চিংভু নোংদম শুরবগী কোরৌ নোংলোন পাইথৎলগে হায়না মালং মুংশিং হৌ, য়ারা খোঞ্জেল ভংনা পাইথৎথিরবগা অমরাপুর লাইরৈবাকপু ইস্তান-থিরে হায়দরা ?

মতৌ অসুম ওইনা কোলোই শঙ্গাই নিংথিবা য়োইবু সুইন্দ্রাণী-অহেনবীবু নমদা হুন্না মতোম পাইথংথিববু চেংলৌ মিংথিংলবগী সুইন্দ্রাণী কোলোই মিংদাকবীনচিংনা মপন অনিমসুং পূণ্য পন্দোল লৈবাক্কী নমু মীয়াম পুম্নমকসুং শঙ্গাই মতৌ য়েংনা মিকপনথিএ। মপন পলেম মমা ঈশ্বরাণী লৈমরেল্লা তেংথা মিকপথিএ—হে কোলোই শঙ্গাইরেন নিংথিবা খোইয়ম লাইগী মথুংশা নংনা পূণ্য পন্দোল সনা ইরৈবাক্কা লৈবিরিঙৈদি লৈবাক মঙাল নাইনা কোম্নুং নিংথিনবনে। তুমিং শিংবুম গুরবনী ইমোম অহেনবীবু নমদা হুন্না কোরৌ নোংমদোনবু ইস্তানথিরবরা? ঙসি কোরৌ তুমিংমথৈ চেংলৌ মিংথিংলরোই হায়না মিকপলৌএ। মমোম সুইন্দ্রাণী অহেনবীসুং শঙ্গাই মতৌ য়েংনা মিকপলৌএ। লৈমা মদাইরেম নোংশা থ্বাংঙানবী লিশিং অমসুং লীলাবতী লৌশিংবীনচিংনা শঙ্গাই মতৌ য়েংনা মিকপএ। অনৌবা লীলাবতী লৌশিংবীনা তেংথাখিএ—হে লৈমা কোরৌ ইনোংথৌ-ও, নিংথৌ নতৈ-ননাওবু কৌবা চিংতৈ-রংগুম তোইনবনে। নদাইরেম ঐথোয়বু নোংপোক হাওরম সুরাবী শমপুননা নমদা হুন্না করম হুনলানলমগে হায়রবনো? হৈনা নতুং ইনসে হায়বসুং শমু খোংনা য়োঙমদে হায়এ। শানৌ নতৈ-ননাওদি লাঙ্গোই অপাইববু খোংওইননা রঙ্গদেশ সনা লৈময়োনবু ইস্তান-থিরঙৈনে। লৈমা নংগী কোলোহ নশঙ্গাইসুং কোরৌ নোংলোন-থক্কা পাইখংথিরে। নদাইরেম ঐথোয় পুম্নমক্কি অরাম তম্পাক-মুমদা করম হলরাইথিসিবনো? নদাইরেম ঐথোয় পুম্নমক্কি কাওরেন খোমথকনবা মানাব পীনাংবা যন্নাওগুম হুন্দোকলয়ে হায়না অসুম মিকপ্পবু নাতাবগী সুইন্দ্রাণী অহেনবাসুং মদাইরেম লীলাবতী লুচিংবীগা

ওকথি লুম্নাং কোন, সভা তরেৎমকপু থুচেং হংচি রাইনা পোম্বীগুম চিলওক্লনা মিৎকপ্লেগ্র। মপন পলেম মমা ঈশ্বরাণী লৈমরেম্না পিরেল থকমাদনা পাওমেল্লকএ—হে ইমোম ইবেম্মা, নংগী দমকপু হীরা, ওম্ফা, মণি, মণিক নমু মীপোৎ মশিং থিওমদনা কাওরেন মণচি রাক ওয়ুম নাইশমমশাং মালেম লৈবাক মচেৎমবু লল উন্সি হায়বম্বুং মাইকৈ লম্না তামএ। ইপম্না লল উন্ ওম্নরোই, পলেম নমা ঐগী কোলোই থুদোপ ম্নুংচানবা, ওম্ফা য়াইওইবা অসি লল উম্নথি-ও। ওম্ফা য়াইওইবা অসিদি শরেন য়েৎলম শিরবগা তম্বা মীপা ওইরিবা দেব লাইরূপ, রাক্ষস হিংচাবা য়াওরো শা পুম্নমথৈনা চেংলো শক উদরবনে। শমু ওইরম শিজন্নবদি মোমন্ন শিংদা চান্নবীশিংনা চেংলো মিৎথিৎতরবনে হায়না পলেম মমা পোকপাবীনা মমোম ম্নুংচানবীগী দমকপু চোইনৌ সনা লিকতা ওম্ফা লিকলু ওইনা শিজিনবিরে হায়দব্রা ?

অসাইবৈগী বীরসিংহ নিংথৌরেনদি রাজা মরৈবাকপু ইন্তানবগে হায়বগী মশানৌ ম্নুইন্দ্রাণী অহেনবীগা মমান নিংথৌ অনিমকপু মালেম থৌরৈ লৈকা পাইনা পুরুমথিএ—হে ইমান নিংথৌ সনা লৈকোই ফম্বা-ও, রাজ্য ইরৈবাকপু ইন্তানথিরগে। ইমান নংগী সনা নয়াথং অফববু ললকুবি-ও হায়না অম্নুম পুরুমজরবদা রাজা মুহি নিংথৌরেন্না বীরসিংহ লাংচেং মথোক্লকপগা মমোম ম্নুংচানবীগা অনিমকপু য়াথং অফবনা বর লল কুবথিএ। মাকলৌরেন ইমোম নবিংডাবু ওাইরোইননা রঙ্গদেশ নরৈবাক নিংথৌ নংগী সনা য়োই-কোম্‌দো অরা হুইরাং শোনদনা রাইথুংলু-ও হায়না আশীর্ব্বাদ য়াথং অফববু লল কুবিরবদা বীরসিংহ নিংথৌরেনদি মশানৌ লৈমা

অহেনবীগা মখান নিংথৌরেনবু পুরুমজবে। য়োইবু সুইন্দ্রাণী অহেনবীসুং মপন পম্বৌ নিংথৌ পলেম মমা পোকমাবীগা মন্নু পাত্র অঙম্বশিংগা থোইনৌ মতা তরেৎমকসুং তমুম নাই সুংচং চামসুং লৈমা চিঙ্গোই ময়াম্বং নিংথিবীবু নমু মীয়ামসুং হন্না হন্না পাওমেল্লমলবগা নিংথৌ মতৈ-মনাওদি ভদ্রশ্রবা লাঙ্গোই য়াইওইবগী য়াঙ্গোই শয়াংথক্কো তোংনা খেললেন মতম অফবদা চেংলৌ মিংকুপ য়েংনা শূন্য অভিংভাদা কোরৌ নোংলোন পাই, সুংশিং মমাং কম্না রঙ্গদেশ সনা মরৈবাক লম যাত্রা থোংশাল্লকলে। রাজা মুহি নিংথৌরেন-নচিংনা পলেম মমা লৈমরেনসুং মদাইরেম পাত্র লৈবাক কোয়বা পুন্নমক্কা বীরসিংহ নিংথৌরেন শানৌ মতৈ-মনাওবু চেংলৌ মিংথিংলিবমথৈ মিংয়েং শানথৈনরৌএ। মপন পলেম মমা ঈশ্বরাণী লৈমরেন্না মমোম সুংচানবীবু চেংলৌ মিংথিংতরবগী সুংশি পুক্রিং কাই, অন্না মথৈ লৈতনা য়াঙ্গোইরৌরে হায়দত্রা ?

অসাইথৈগী নিংথৌ লাংচেং মথোক্লকপদি মশানৌ লৈমা অহেনবীগা লাঙ্গোই অপাইবব্ শমু খোংওইননা কোরৌ নোংলোন পাই, সুংশিং মমাং কমু, চৌংলেন পনলংলা অন্নাংবা, লোক্লুং অশুকপা, উমং অকুংবা, তীর্থ লাইফমলেন অয়াম্বা, লাইজ ভূখুন ভুরেল অচৌববু মশিং থিওমদনা হেল্লকলে। ভদ্রশ্রবা লাঙ্গোই পাঙ্গলবনা য়াঙ্গোই শাফু থোই, কোরৌ নোংলোন পাইনা লোইদাম থাবুম অহুমগী য়াংলৌ লমদাংশাংবু য়োরক্লবদা নিংথৌ মমোমলোন সুইন্দ্রাণী অহেনবীদি কোরৌ নোংমতবু মালং সুংশিং লাংদাবীনিগীনা লৈমা লাংচেং মথোক্লকপীদি সুংশিং মায়োক য়াওমদা থমকোন থাফংনওমদনা অন্না হক্লা চোক্, কোরৌ মুংশা থাংওমদনা হুমাং ঈরিক কারবগী

নিংথৌ মনেম মচাদা রাহমখিএ—হে ইবুংঙো নিংথৌ থরাই ইমিরেন-ও, নশানৌ ঐবু মালং মায়োক্কবনা পাইমা হুংশা শংহোম্রকলে। মালেম লৈমাইথক্তা চেংলৌ মিংকুপমক্কমদা অরা পোংথাখিসে হায়না রাহম্বু বীরসিংহ নিংথৌরেম্না লাঙ্গোই মথুনেংতা পাওমেনখিএ। হে ভদ্রশ্রবা লাঙ্গোই হুংচানবা-ও, ইশানৌ লৈমা অহেনবী অসিবু মালং মায়োক্কবগী অরা হক্কা চোক্লে, চেংলৌ মিংকুপমক্কমদবু অরা পোংথাখিসিবরা হায়না অম্মুম রাহম্বু লাঙ্গোই লৌশিংবনা পাওথুমখিএ—হে নিংথৌ অথোইবা-ও, নদাইরেম ঐগী চিঙ্গোই ইয়াথংবু নাত্তাবি ও। লমলেন অসিদি ভানুব্রহ্মা হিংচাবগী রাজ্য মরৈবাকপু নাইতেনরক্লে। মালেম লৈমাইথক্তা অরা পোংথারবদি নমু মীহিংচাশিংনা বিপ্লি য়ৈথায়ববু ওইরবৈতেনে। মালাধর চীংলেন পনলাংলাবু ইন্তানসে। তীর্থ লাইফম হুংঙাইবা অতুদা অরা পোংথারুসে হায়না অম্মুম ইন্তানলকপবু য়োইবু হুইন্দ্রাণী নাওরা মথোক্লকপীদি হুমাং ঈরিক কানা অরা মথৈ লৈত্তববু চেংলৌ মিংথিংলবগী মশাবি নিংথৌরেম্না রাহমখিএ—হে লাঙ্গোই লৌশিংবা-ও, ইশানৌ লৈমা অহেনবী অসিবু পাইমা মহুংশাবু ফাজতমদরক্লে। রাক্ষস হিংচাবগী শমু মথুবাক্তা অরা মথৈ লৈত্তনা লাম্নংলবম্মুং নিংথৌ চিংঙু ইরাইবক্তীনে অম্মুম রাহমথোনবু নাত্তারাগী ভদ্রশ্রবা য়াইওইবদি নিংথৌ চিঙ্গোই ময়াথংবু লৌকলতমদনা শূন্য অতিংঙাদগী মালেম লৈমাইথক থোইমা নারোম্নুংগী উমং চৈরক থায়না পাইথখিববু পুখ্রি লাইজ ঈয়োক-কোম নিংথিবা অমবু থোইমা মায়োক্করে। লাইজ ঈয়োক-কোমগী পামেল উথোং-থা অচিকপদা রাইথুংলবগী বীরসিংহ নিংথৌরেনদি লাঙ্গোই শয়াংথক্তগী মশানৌ লৈমা অহেনবীগা মালেম

লৈদা কুম্না অল্লা উথোংখাদা ফম্না অরা পোৎথারবগা মশাবি রাজা নিংথৌরেম্না পুখ্রি লাইজ ঈয়োক-কোমগী থাপথোং রাইকুম্না লাইজ ঈয়োক্লবগা শানৌ মতৈ-মনাওদি চিনকুপ মাইতানরবগা লাইজ খুজোক য়ানা পানা নানৌ থল্, থা শুংদাই থায়না উনবী পুক্রিং থুং, হৈরাং অশং য়েং, তাওজিং অমুন খন্না থংমনরবদা মালং মুংশিং লাংনা উক্রম চিকথোইবদা শিডেল লৈনা মাইথাননা য়াত্তাখিববু শিডেল মনম মুংশিবা উনবী পুক্রিং হুবদা চেক্লা থোম্নৌবা শিংগী য়ান্না মথোক্লেল মুংনৌবনা উনবী পুক্রিং শুম্না শানৌ মতৈ-মনাওদি মিৎয়েং মতাই থিনা থোম্লেন তুমগনথিরে হায়দব্রা ?

অসাইথৈগী ভদ্রশ্রবা লাংঙ্গাই পাঙ্গলবশুং নিংথৌ মতৈ-মনাওবু জীব থরাই ফত্তবা রাক্ষস হিংচাবা তুষ্ট লিংজেল তমথিবশিংনা দুঃখ অন্নাববু নংহল্লগনি হায়বগী শানৌ মতৈ-মনাওগী শমু নাক্তা শেন্না লৈরিএ হায়দব্রা ? হে জয় মুনিরেন-ও, নংবু উনবী পুক্রিং তপ্লা নাত্তা-ও। অসাইথৈগী বীরসিংহ নিংথৌরেনদি থোইমম নোংদম্বা মথৌদাগী লমজাইফদবগী দমক কোরৌ অত্থু নোংবু চিংগু ব্রহ্মা মপারি ভানুব্রহ্মা কৌবা বীর থোইনা পাঙ্গলবা নিংথৌ লক্ষ তরা লিশিং তরা চাত্তরাগী মবুংডো রাক্ষস হিংচাবদি য়াওরৌ শাদানগে হায়বগী মশানৌ মেঘনাদ পাঙ্গলবনচিংনা মদাইরেম রাক্ষস হিংচাবা পুম্নমকশুং শগোল, শামু, দোলাই, থোংমী মশিং পাঙমদনা উত্তর অরাং পাংবা থোংজাওরম লাংবন থোইরেন পাচশুম হাদোক্লকপবু উফুল নোংলৈ হৌ, মুমিৎ মমি লুম, কোরৌ নোংথাকথোনগুম মালেম লৈবু নিক্লা থোইমা নারোম্নুংবু ইত্তামলক্লে। ভানুব্রহ্মা হিংচাবগী মদাইরেম কেতুলত্ত কৌবা রাক্ষস হিংচাবা য়াওরৌ থুমমহৈবনা শভাই থোঙ্গুল

লী, থোইমা নারক ক্লাক্লা পামেল উথোং-থা উমং অশোংববু শেলহন্দনা মিৎয়েং শানথৈরকপদা রাজা বীরসিংহ নিংথৌরেনবু চেংলৌ মিৎথিৎলরে হায়এ। রাক্ষস হিংচাবদি পুক্লিং অঙক চংনা পাইমা মাগী উনগোইন্নুংদা মতোম নিংথলখিএ। পামেল উথোং-থা অচিকপা অসিদা নমু পোংবচা করম্বনা রাইথুংলবগী থোম্লেন তুমখুল্লিবনো হায়না অস্থুম নিংথল্লবগা অচেল থংনৈ য়াংনা কোরৌ মনোংথৌ ভানুব্রহ্মা হিংচাবদা পাওতাকখিএ – হে ইবুংঙো রাজা নিংথৌরেন-ও, নদাইরেম ঐনা য়াওরৌ থোঙ্গুল লৌক্লবব উমং থোইনা চিকপা পামেল উথোং-থাগী মালং মুংশিং লাংবদা নিংথৌ চেংলৌ শক্তানবা লৈমা থোইনা নিংথিবী অমগা থোম্লেন তুমকল্লিএ। য়াঙ্গোই মশক মানবা কোরৌ নোংলোন পাইবা অমম্ভং নিংথৌ নাক্তা শেল্লা লৈরিএ। শগোল মতৌ অসিগুম্ববু থাইনা কদোনোং চেংলৌ মিৎথিৎলক্তারএ হায়না কেতুলস্ত হিংচাবনা অস্থুম রাকৎলববু নাভা-রাগী ভানুব্রহ্মা হিংচাবদি হরাওমথৈ লৈতনা রাইম্লকএ—হে ইদাই-রেম স্থরপান সেনাপতি লানজিংলা নংদি সেনা নংগী লাম্মী পুম্নমক্তা উত্তর অরাং পাংবরমদা হুয়েন লাম্থোং ঙাক-ও। থরাই কনা অমতবু হেন্দোকক্করোই। ইশানৌ মেঘনাদ পাঙ্গল নপাঙাম্বা নংদি নদাইরেম রাক্ষস হিংচাবা লক্ষ ভরেৎমক্তা মাইকৈ নোংপোক থংবারম চংনা লেম্লৈ ভারল ইলগুম্না তকশিল্লক-ও। ইদাইরেম কালিমেঘ অথৌবা নংদি হাওরৈ থানা পাংবারমদা শৈউ পনলংলা ওইনা ঙাকলু-ও, তোকপা কাম্বা শনি লৈরাং অমতবু হেন্দোকক্করোই। লাঙ্গোই মায়া হৈবনে। ইদাইরেম সিংহদণ্ড অথৌবা নংদি নশানৌ দণ্ডভেদী পাঙ্গল কনবগা কোরৌ নোংলোনথক্তা পোম্বী উচেক

অমত্তবু হেলহন্দনা লাঙ্গোই অপাইববু থোপথরক-ও। ভয়ুম মেঘুরেথা য়াইহৈবা নংদি মায়া শানওম্না পাতাল লৈথামুংদা তীনবী ভিম্ছে্াক য়াহি মুমু অমত্তবু হেনথিকরোই। কোরৌ ননোংথৌ ঐদি ভাওরৈ নোংচুপ থংবারম সেনা লাম্মী পুম্নমক্কা শমু পালোইননা লাঙ্গোই অপাইববু চংনা ঝাগে। হে ভয়ুম অগ্নিকেতু হিদাকহৈবা নংদি তাইবং নমু পোংবচানা থোম্নেন তুমকম্নবা হিদাক মচন অয়াম্ববু চাইনা থোম্নেন তুমকলহন্নম-ও হায়না অশুম্না হুয়েল লাল্লম শিল্লবগা মদাইরেম অগ্নিকেতু হিদাকহৈবদি লাইজ চয়োক-কোমগী পামেল উথোং-থাবু মতোম হাম্না ইন্তানলক্লবগা বীরসিংহ শানৌ মতৈ-মনাওনা থোম্নেন তুমকল্লিহৈদা লাঙ্গোই মথুনেৎ পাঙ্গলবনা নিংথৌ নাক্তা শেল্লিবা অত্তবু চেংলৌ শক উহন্দনা মায়া শানওল্লবগা মায়কৈ মরিমক্তা থৎনা হিদাক থম্না চাইশিল্লুরবগী বীরসিংহ-মুইন্দ্রাণী শানৌ মতৈ-মনাওদি অগ্নিকেতু হিংচাবগী হিদাক মনম তমথিবা ময়াই অকলববু পাইমা মনিংঝানা পুশিনথিরবগী দমক অনৌবা মৃত্যু অশিবা লৈরাং মতম মানগুম্ববু থোম্নেন তুমকলথিরে হায়দন্ত্রা?

অসাইহৈগী লাঙ্গোই অপাইবদি শগোল ময়াই লৈবনিগীনা রাক্ষস হিংচাবগী হিদাক তমথিবনা চংঙমদে হায়এ। হিদাক মনম নমথিবা হিংচাবা মতৌ কত্তবব লাঙ্গোই লৌশিংবনা শানথংলবগী হিঃ হিঃ করি য়ানো, কোরৌ ইনোংথৌ শানৌ মতৈ-মনাওদা হিদাক মনম ফংলরিহৈনে হায়না থুনা য়াহৌথোক্লুববু নিংথৌ মতৈ-মনাওদি রাক্ষস হিংচাবগী হিদাক ময়াই তমথিবনা চংথিওম্নবগী মৃত্যু অশিবগুম উনবী লৈনিংশিংনা থোম্নেন মিকপ থোকপিদরে। অনৌবা হন্না হন্না য়াহৌবম্নুং নাতারবগী ভদ্রশ্রবা পাঙ্গলবদি অন্না হুইরাং শোম্না

মতৌ করম ওইসিবা হায়না মতোম নিংথৌরিভেদা অমাইভেগী ভানুব্রহ্মা হিংচাবনচিংনা রাক্ষস লাম্মী পুন্নমক্তি সরোবর পুখ্রি মপানলেন উমং অশোংববু তম্না য়ারা খোঞ্জেল থাক্, নোংশা লাম্লাও তম্, য়াম্না মনিন নাই, মাইকৈ মথোং শেলদনা কোরৌ নোংবু খোন্, মালেম লৈবু হন্না কোরৌ নোংলোনথক মাইকৈ মরিমক, পাতাল লৈথামুংগীস্তুং হুনথৎলকপগী হুয়েল লাম্লাওখোন অনিকপনা খোইমা নারোম্মুংগী য়ুমশা, লমশা, পোম্বী উচেক পুন্নমক্তি শরেন লাইথংনা য়াম্না মতু চুং, কোরৌ নোংদা কাগে কাওমদা, মালেম লৈদা লিংকে লিংঙমদনা লাম্মংলে হায়দব্রা ? রাক্ষস হিংচাবগী মতৌ তমথিবা ওক্লেন লাঙ্গোই চনগুম্ববু চেংলৌ মিংথিংলবগী ভদ্রশ্রবা লৌশিংবনা নিংথৌ শমু হকচাং শোক্, খোম্লেন মিকপ খোক্লবা অনৌবা য়াহৌখোকপস্তুং নাত্তাদরবগী পিরেল থকমাদনা মিকপ্লকএ। হে ইবুংঙো নিংথৌ লাংচেং নখোক্লকপা-ও, শানৌ নতৈ-ননাওদি রাক্ষস হিংচাবগী মাম্না লৌনমহৈবনা হিদাক ময়াই চংহল্লবনিগীনা নিংথৌ খোম্লেন মিকপ খোকপিদরে। বৈরী য়েক্লবশিংস্থ মশিং থিঙমদা, মাইকৈ খোং হাংদনা উপশিল্লকসে। শানৌ নতৈ-ননাওবু খোম্লেন মিকপ খেক্লো, বঙ্গদেশ সনা নরৈবাকপু ইন্তাম্লসে হায়না অস্থম য়াহৌরিভেদা ভানুব্রহ্মা হিংচাবদি হাওরৈ নোংচুপ পাংবারমদা ভদ্রশ্রবা লাঙ্গোই পাঙ্গলববু খোইমা মায়োক্লনা কোরৌ নোংলাওখোনগুম নোংশা লাম্লাও তম্না কোইররবগী উচ্চৈশ্রবা মপারি ভদ্রশ্রবা লাঙ্গোই পাঙ্গলবস্তুং চিংজু ব্রহ্মা লাইনিংথৌনা বর লল কুবিবগী য়ুথক চামা চাওভম্ববু মতৌ পাঙ্গল ফং, য়ুথক চামা চাওনা মমিং কোরি হৌ, শগোল মনা য়ুং য়াঙ্গোই মতু ফু, শমু থুহং অনিমক্লা মালেম লৈদা

নেৎ, খুমাং অনিমকপু কোয়ৌ ওমথংননা থাঙ্গৎলেগা লাঙ্গোই য়ারা মথোঙ্গেলবু গুহা লোক্লুং অশুকপদা ইন্দ্র মখুৎশু কোয়ৌ নোং শিংজংবু ফেনথরক্লবগী লোক্লুং মনিন নাইনা রাইথুংলবহুগুম্বু লাঙ্গোই মথি নাই, নোংশা থোনতাননা থোংথরবগী রাক্ষস হিংচাবশিংদি লাঙ্গোই মায়োক য়াওমদা, উনবী পুক্লিং শুম্না অকী পুক্লিং চংনৈএ। লাঙ্গোই মন্নুংশা কামথোকখিবদা নমু মীহিংচাশিংবু শুমাই লাকং পাইগুম লাম্লংলে। রাক্ষস হিংচাবশিংদি লাঙ্গোই মমাং থাংওমদনা উনবী পুক্লিং ডকএ হাম্নদব্রা ?

অস্থম নমু মীহিংচাশিংনা লাঙ্গোই মনাক লেপওমদরবদা অসাই-নৈওগী চিংডু ব্রহ্মা মপারি ভানুব্রহ্মা বীর পাঙ্গলবদি রথ মখুনেৎপু দোলাই শাথো থোই, মালং চৈরোইননা থোজিল্লবগা তেম্লাও মখুৎ-শু য়েৎকী লিক্লং অচোববু লিরি মতাং শিংনা লিকুং পোংচি হাপ্, রাইরা মতেনচা চথৌবা শরাই রাওসেমপাং শেমলাং তুনানবীচাগী নওং লুম্লেন তুনা রাইরা তেম্না চনবা তেনবা মিংনাইবা নারাচো শংলৌ কৌতাং কোনসব তেনবী অথৌববু লিরি তেনকা থোং লিচং নাকোং ফং, সন্ধান পান্দম য়েংনা লাঙ্গোই পাঙ্গলববু তম্না রাইরা তেনরাই-রকপবু ভত্রশ্রবা পাঙ্গলবনা চেংলো মিংথিংলবগী ভানুব্রহ্মা মখুৎশু তেনবী অথৌববু লাঙ্গোই খুমাং অনিমক্না শূন্য অতিংতাদগী মালেম লৈমাইথক্তা তেনবী মথেক তাক্তুম ওইনা য়ৈথেক্লবগী ভানুব্রহ্মা হিংচা-বনা রাইরা মতেনচা তেনবী অয়াম্বা থৈবিকপু মাইকৈ মথোং মম্না তেনবী নমকাপনরকপবু লাঙ্গোই য়াইওইবনা রাক্ষস মতেনচা পুম্ন-মকপু শমু হকচাং য়োইন্দনা য়ৈথেকপবু চেংলো মিংথিংলবগী ভানুব্রহ্মা হিংচাবনা য়াহাব মন্নুং লো, তেল্লাং মথোই শাওনা কোয়ৌ

নোংলুপালনা রাইরা তেন্না চনবা অর্দ্ধচন্দ্র তেনবী অথোবা থাজা মচেৎ শাববু রাইরা তেনরাইরকপগী ভদ্রশ্রবা লাঙ্গোই পাঙ্গলবনা উনবী কলহৌ নিক্লা তেনবী থা শাববু মালেম লৈমাইথক্তা য়েথোক্লিবৈ রাক্ষস হিংচাবনা ক্ষুর শমকোক থাংশাবা তেনবী অথোববু রাইরা নমকাপ্নরকপগী লাঙ্গোই পাঙ্গলবা নোংশা মচুম ভাগুম্বগী থমোই অখিবদা রাইরা তেনপাল্লববু ব্রহ্মা মরনকুপীনা রাইরা তেনচংবিদে, তেনবী মচিন তেক্লা মালেম লৈদা ভাখিববু ভানুব্রহ্মা হিংচাবনা চেংলৌ মিংথিংলবগী উনবী কলহৌ নিক্লা মুংশুক মখুৎ-শু অচৌবা রাংলেন পুং চামরম কুইবব য়ারেন খোংথৈ চিক্, থুবাক তিনলাই মেন্না লাঙ্গোই তাংজা লুরেন তন্না হুঞ্জিলকপবু কলিশ্রবা মনোংয়োই ভদ্রশ্রবা পাঙ্গলবনা লাঙ্গোই থুমাং অনিমক্লা ভানুব্রহ্মা মখুৎ-শু মুংশুক অকুইববু মালেম লৈমাইথক্তা থৌদু মতেক মতেক মুংলেন শুমু ওইনা য়েথেক্লে হায়দত্রা ? ভানুব্রহ্মা হিংচাবগী রাইরা মতেনচা অয়াম্বা থৈবিকপু মংহৌ মশিং লাকপমদনা কাপখিবস্তুং লাঙ্গোই য়াইওইবনা শমু হকচাং য়োইন্দনা মাংহল্লবগী রাইরা তেন্দোং তিংলক্লে হায়দত্রা ?

রাক্ষস হিংচাবদি লহান নোং মপন ব্রহ্মা নামুংবনা লপ কুবিরম্বা শক্তিশেল মিংনাইবা তেনবী লমথম-তাগা নাগবাণ অথোবা তাংজ্ঞা লৌনগী তেনগা অনিমকপু নঙাক্চরবদা ভানুব্রহ্মা হিংচাবনা রাইরা মতেনচা য়াইওইবা তেনবী লমথম তেন নাগপাশ অথোববু সনা তেন্দোংচুংদগী লোথোক্লববু লাঙ্গোই য়াইওইবনা চেংলৌ মিংথিংলবদা লহান নোং চিংডু ব্রহ্মা নামুংবনা শাপ মিচৈরকপবু উনবী লৈনিংশিংনা লাঙ্গোই কপ্লাক নিক্লে। য়াম্বা মতু চুংনা পাঙ্গল মথৌ লংলক্লে হায়এ। ভদ্রশ্রবা লৌশিংবাদি পিরেল থকমাদনা মিকপ্লকএ। হে হৈবুংডো নিংথৌ

লাংচেং নথোক্লকপা-ও, নদাইরেম ঐদি লাঙ্গোই পাঙ্গল ইথৌ হৌডম-দরক্লে। থাইনা লহান নোং থোইয়ম ব্রহ্মা নামুংবগী শমু মথুনেং ইয়ু কলিশ্রবা পাঙ্গলববু চেংলৌ শকউনগে হায়না ব্রহ্মা মরৈবাকপু ইত্তানখিবদা চিংডু মশানৌ রোহিণী অহেনবীবু অপাম পুক্লিং চংনা চেংলৌ মিংথিংলবগী নদাইরেম ঐনা ব্রহ্মা মশক শানা লৌনম্নবগী দমক চিংডু ব্রহ্মা নামুংবনা তিমেন মথুং-শু য়াইওইবা তাচিল মৈরী থোকপবু থোক্লাং থাংতপ লাক্লা ফেনজল্লক্লে। লাঙ্গোই ঐবু থরাই মিরেন পাইনা শোংকিরবগী কোরৌ নোংপোক পাইনা অচেল থংলৈ য়াংলকপবু লাঙ্গোই তুংইন তানশিল্লকলে। নদাইরেম ঐনা পাতাল লৈখাতুংগী কার্কোটকপুর লৈময়োলগী আনন্ত তোকলেন লিশিং পানবা লিলহা মরৈবাক্লচিংনা সমুদ্র ঈরম তারেংমক, সুমেরু চোইনৌ সনজাং তাইবং পান খৈরেন চক্র শানা চেকপল অচৌববু য়ৌনা দিক মাইকৈ কোয়না তাম্নরবগী কাশ্যপ মুনি মপারি রবি মুমিং য়াইরংচান্না রাহন্নকএ। হে লাঙ্গোই পাঙ্গলবা-ও, থরাই নপিরেনবু হিংনবা ব্রহ্মা মথোং থাতুম পুরুমজরৌ-ও হায়না লাওথোকপগী থিংলৌ নিংনা তেনা পুরুমজরববু চিংডু ব্রহ্মা নোংদম্বনা রাহন্নকএ। হে লাঙ্গোই পাঙ্গলবা-ও, লহান নোং চিংডু ঐনা চিংনা থোইয়ম লাইরূপ পুম্ন-মকস্পুং অমর শিদনা লৈজরো হায়বিখিরে। দুষ্ট নংগী নতৌ অয়োলবা অসিনা হয়েং তাংজা লীনগী তেন ওইরিবা খৈবিকপু চেংলৌ মিংথিং-লবদা লাঙ্গোই নংবু পাঙ্গল নথৌ মা-ও হায়না শাপ মিচৈরম্ববু সময় মতম অসিদা থোক্লকলে। নদাইরেম ঐবু পাঙ্গল ইথৌ মাংলে। নিংথৌ নতৈ ননাওস্পুং রাক্ষস হিংচাবনা শমু খুতুম চনথি-রডেনে হায়না পিরেল থকমাদনা অস্তুম মিকপ্পিডৈদা অসাইডৈগী

ভানুব্রহ্মা হিংচাবদি তাংজা লৈনগী তেন অথৌববু লিচিং নাকোং ফংনা কাপ্পকলবগী ভদ্রশ্রবা পাঙ্গলববু লাঙ্গোই মথুপ অহুম ওইনা পুন্নরে হায়দব্রা ? অহুম লাঙ্গোই পাঙ্গল শোকহুমদা, মালেম লৈদা ওন্না অৱা মথৈ লৈতববু চেংলৌ মিংথিংলবগী ভানুব্রহ্মা পাঙ্গলবন-চিংনা সুরবাণ সেনাপতি, মেঘনাদ, কলিমেঘ, সিংহদণ্ড, দণ্ডভেদী, মন্মরেখা, অগ্নিকেতু, কেতুলস্ত অসি থৈবিকপু সেনা মাগী মাগী লাম্মী পুম্নমক্কা মাইকৈ মারমক্কা নোংশা লাল্লাওননা চেনাশিন্নরকপবু মালেম লৈপাক নিকএ। পান্দম মতিক লৈতে হায়দব্রা ?

অসাইচৈগী রাক্ষস হিংচাবা ভানুব্রহ্মা কৌবদি দোলাই থোং-ওইননা পামেল উথোং-থাবু তান্না চংশিল্লকলবগা মদাইরেম বীর পাঙ্গলবা পুম্নমক্কা লাঙ্গোই অপাইববু শমু থুহ্নম চল্লবগী ব্রহ্মা মপারি ভানুব্রহ্মা হিংচাবনা রাহ্নকএ। হে তয়ুমশিং-ও, লৈমা চেংলৌ শকহেনবী নাওরা যৌবন মথোক্লকপী অসিবু থোইরম বিধি নোংদননা নিংথৌ ঐগী শরুক ওমদম হুনবদা হুনমন্নরকপগী পামেল উথোং-থা পুখ্রি লাইজ কোর্ব্বান অসিদা থোইমা মায়োক্লনা তিনপান্নরিবৈগুনে। সনা কম্বাল কম্বী পাতেশ্বরী লৈমরেনবু ওইনগে হায়না পুক্নিং হরাও থোইনা পামেল উথোং-থাদগী সুইন্দ্রাণী অহেনবীবু দোলাই মথুনেংতা থাঙ্গংলবগা মদাইরেম সেনা লানজিবদা রাতমথিএ—হে তয়ুম সুরবাণ হুয়েল লানজিংবা-ও, লাঙ্গোই শগোল অপাইবা অসিদি নিংথৌ ঐগী শিঙেল লৈ-ইংথোললেন সুডাইবা লাইজ পুখ্রি মপান্দা থোহু মুংনা নন্ন থম্মু-ও। ইশানৌ মেঘনাদ পাঙ্গলবা নংদি নিংথৌ মথোক্লকপা অসিবু শমু মাগী মথুং-ও লিক্লং তেনবী সনা লুহুপ পুম্নমকস্তুং নিংথৌ শমু

মহাকশাংগা পরৈ লানকা শানা পুমিম্মৌ-ও, থৌজু মুংহুম থাংনা গঙ্গা লাইজ ঈরিক লাইগী ঈরেন অশুককপদা হুম্বক-ও হায়না ভানুব্রহ্মা হিংচাবনা অস্থম রাহম্ববু নাক্তারাগী মশানৌ মেঘনাদ বীর পাঙ্গলবনা মদাইরেম সেনা লাম্মী পুম্মক্কু রাজা বীরসিংহ নিংথৌরেনগী শমু মহাকশাং নব অনৌবদা পরৈ লানকা শং, নোংশা খুংতানবদা পাযোং থুপ্পকরোললা শমু তুংপুন্নরে। অস্থম্মা রাক্ষস পুম্মা হৌ, মেঘনাদ হিংচাবনা হাওসংভমগা চিংনা ভাগীরথী গঙ্গা ঈরেনপুংবু তাম্মা পুরক্লে। লেরাঙ মুংবিথক্কী রাইথুংলগা বীরসিংহ লাংচেং মথোক্লকপবু থৌজু মুংজাক লংনা গঙ্গা ঈরেন অশুককপদা হুম্বরম্মবগা রাক্ষস হিংচাবশিংদ থিংলৌ নিংনা জেল মরান যুমথিথিরে হায়এ। নিংথৌ মথোক্লকপসুং লাইজ ঈরোল্লুংদা তিনপান থোকমৈ নেমথিরে হায়দব্রা ? অসিমসুং মপোমদে। লাঙ্গোই মথুনেং মুংচানবসুং স্মরবাণ সেনাপতি নাক্তিংবনা হাওসিংভমগাচিংনা মদাইরেম সেনা লাম্মী পুম্মক্ক শমু পাক্তোকনবা ভদ্রশ্রবা পাঙ্গলবগ ভানুব্রহ্মা হিংচাবগী শিংঙেল হৈংথোল্লুংদা থৌজু মুংপাক নম্মা থমলুরে হায়এ।

অসাইডৈগী ভানুব্রহ্মা হিংচাবসুং সনা শঙ্গাইরেনগী মাঙ্গোল মমুংলাংদা রাইথুংলবগা য়োক্তবু মুইন্দ্রাণী অহেনবা হিদাক মনম তমথিবনা মৃত্যু অশিবগুম থোক্লেন তুমগাল্লবু রাক্ষস হিংচাবশিংনা হিদাক ময়াই কোকহল্লবগী মুতি নিংথৌ মনোমলোনদ থোক্লেন মংথেননা মশাবি বীরসিংহ নিংথোবেনবু কোলোই মমিং ফাম্মা শোনথোক্লকএ। হে হৈবুংঙো বঙ্গদেশ লেমায়া শাবি কোরৌ ইনোংথৌ-ও হায়না শরেন ওই-ওই লাম্মা চেংলৌ মিকপ থোক্লকপবু

ভানুব্রহ্মা হিংচাবদি য়াইবি মন্নং চৌ, থাংশাং খুত্তা শুনা য়াহন্নকএ। হে লৈমা অহেনবী নংবু ভসি কোরৌ মুমিৎমথৈ শাবি কোরৌ ইনোংথৌ ভানুব্রহ্মা পাঙ্গলবা-ও হায়না কোলোই ইমিংথোংবু পাণ্ডকৌদরবদি মোমন্ন থরাই নমিরেনবু থাংলেন ইথুৎশুদা লেপ্পা নোংমলনথৈনে হায়না য়াঙ্গবু নাতারবগী য়োইবু মুইন্দ্রাণী অহেনবীনা য়াক্ষস হিংচাবগী চেংলৌ শকপান থোংবু লেপ্পা শানথংলবদা নাওরা শকহেনবীদি অকি পুক্লিং চংলে; থরাই মিরেন পাই, শমু হকচাং নিক্, লৈমা মতৌ করম্বু লৈশন পাইমা মাগী উনগোইমুংদা চেংলৌ মিকুপমরুমবু য়োইবু ভবানী লাইরৈমা তম্ফা চণ্ডী অথোইবীবু নিংশিংজরক্লে। হে ইমা দুর্গা ভবানী চণ্ডী লাইরৈমা নংনা নদাই অরামথৈ লৈতরবী ঐবু লোক্লৌ শানা কোম্না ভাকপি-ও হায়না অসুম পুরুমজরবগী তম্ফা চণ্ডী লাইরৈমা তাইবং নোংশাপানগী থরাই পুম্নমকপু থৌজান লনকু হৈবীনা লৌশিং তেংবাংবিরগে। মুহি নিংথৌ মমোমলোন্না ভানুব্রহ্মা হিংচাবদা শমু মথুৎ লোন্না হায়জখিএ —হে ইবুংঙো বীর পাঙ্গলবা-ও, মোমন্ন পাইমা লীন্না লোম্বী ঐনা মুক্তা লৌশিং লৈতবগী নিংথৌ মতিক অচৌববু থংলুশুমদগে। রঙ্গদেশ লৈমাবা হায়না থোম্লেন মংলানচান্দগী শোম্হোকথিববু পুক্লিং য়ারৌবিগনো হায়না অসুম পুরুমজরবগী ভানুব্রহ্মা হিংচাবনা অনৌবা য়াহন্নকএ- হে লৈমা অহেনবী-ও, নংনা পাইমা উনগোইমুংদা নিংথৌ ঐবু উনবী পুক্লিং পিনা স্বামী কোরৌ ননোংথোনে হায়না নিংলবদি নিংথৌ ঐগী শমু ওইরম থানা পাতেশ্বরী লৈমরেনবু ওইনগে। সনা ঐগী শঙ্গাইংমুংদা লৈরিবা ধন লন অয়াম্বা হেরা মনি-মুক্তা-রতন লন মরুনচিংনা কোলোই শঙ্গাইমুংদগী মুক্তা

পুন্নমকস্তুং তন্নুম মনাই মশেন্নে। বীর পাঙ্গল অসি কোন্নৌ থুমিৎমগীমমৈ সদা তংপা নাইদনা নিংজরো হায়না অস্তুম রাজস্ববু নাভাবাগী য়োইবু থুইন্দ্রাণী অহেনবীদি নমু মীরৌনম পুক্লিং থাজনবা রাক্ষস হিংচাবগী য়াথং চিন্দুং ইম্না পাওখুম্নকএ—হে রাজা নিংথৌ-রেন-ও, মোমস্থ পাঙ্গল অশোনবী, থরাই তেংবাং লৈতবী ঐবু খোইয়ম বিধি নোংদম্বনা লহান শক্লক লৌত্তম হুনবৈদা হুনমন্ন-ৱকপগী নিংথৌ সনা নথোংথাদা সেবা থোগনজৌ-ও হায়না রাইথুংলবীনে। নিংথৌ নংগী পাইমা উনগোইন্নুংদা পুক্লিং থোজান-বিরবদি তাইবং নমু পোংলমচৎপু থোরাংবি-ও হায়না রাহস্ববু নাভাবগী ভানুব্রহ্মা হিংচাবনা পুক্লিং হরাওথোইনা পাওহংলকএ—হে লৈমা অহেনবী-ও, তাইবং নোংশাপানগী হৌনা মরমচৎ কৌবদি মতৌ করম্বনো? থোরম মতোন লোম্না পাওক্তাক ও হায়না পাও-হংলবদা য়োইবু থুইন্দ্রাণী অহেনবীনা পাওখুম্নকএ—হে নিংথৌ অথোইবা ও, হৌনা মরমচৎ কৌবদি বিবাহ লুহোং পোংলোই মশিং শুনা থোরাংবি-ও। মোমস্থ ঐবু তম্বা মীপা য়াওদা, মোমস্থ মুজা মরুপ পুন্নমকপু শমু পালোইননা পুখ্রি লাইজ ঈয়োককোমদা ইক্ল শান্তে'লুরবগ সনা ফিরোই লৈতেং শেংনা লৈরাং পরেং নিংথিববু শিঙেল লৈরান্ননা সূর্য্য থবা শেনকোইরেংবু থুমিৎ মায়োক্লনা পুক্লমজরবগা নিংথৌ সনা নথোংথাদা শমু ওইরম থানা সেবা থোগনজবৈনে। হে ইবুংঙো বীর পাঙ্গলবা-ও, মুজা ঐবু মোমস্থ পাঙ্গল অশোনবীনে। নিংথৌ নংগী থোজাল অথোইবনা উনবী পুক্লিং চংবিরবদি মোমস্থ চিঙ্গোই ইন্নাথংবু য়াথং হুনলানবিগনো হায়না রাহমজরবদা ভানুব্রহ্মা হিংচাবদি য়োইবু থুইন্দ্রাণী অহেনবীগী

চিঙ্গোই ময়াথং হুংশিবা কোলোই মন্নারেপ মুংঙলববু নাতারাগী হরাও পুক্নিং চংনা রাহম্লকএ—হে লৈমা নিংথিবী-ও, লৈমা নম্নাথংবু য়াথং অফবা মহাক্নে। নমু পোংঙইবগী হৌনা মরমচৎ লুহোং কুম্মে হুভাইববু নিংথৌ ঐনা শংলৌ থৌরাংগে হায়না মদাইরেম পাত্র অভম্ব রাক্ষস হিংচাবা পুম্নমক্কা মণ্ডলী চাওকোই শেম্না লুহোং পোংলোই মশিং অয়াংবু থৌরাং মতোন লোম্নবদা ভানুব্রহ্মা হিংচাবদি কোল্লং মরানয়াইদনা রাক্ষস নমু মীহিংচাবশিংবু মশিং থিডংদনা পাওকোথোক্লবগা মমোম কালনিমিষ হিংচাবীদা রা-হমথিএ। হে ইমোম ইবেমা পাইমা হুংচংবী নংবু লৈমা চেংলৌ শকহেনবী অসিগা সনা দোলাই তোংমিম্না ইপাগী শিডেল ইংথোল-লেন উনং হুডাইবা সরোবর পুখ্রি নিংথিবদা ইরু শাম্ভেংহল্লবগা শমু পালোইননা নরান থুনা ওস্তুমন্নরক-ও হায়না রাহম্বু নাতারাগী ভানুব্রহ্মা মমোমকোন কালনিমিষ হিংচাবীনা য়োইবু হুইন্দ্রাণী অহেনবীবু সনা দোলাইথক্কা তোংমম্না নমু মীহিংচা পুম্নমক্কা শিডেল লৈগী ইংথোলগুংবু ইস্তোলমিনথরে। পুখ্রি লাইজ ইয়োক কোমগী লৈরাই মুংবিথক শিডেল লৈথোং-থা অচিকপদা রাইথুংলবগা কালনিমিষ মীহিংচাবীনা রাহম্লকএ। লৈ লৈমা অহেনবী-ও, নংবু লাইজ ঈয়োক কোম হুংভাইবা অাসিদা ইরু শম্ভেংলু-ও হায়না রাহম্নবদা সনা দোলাইথক্কগী মালেম লৈদা কুম্না পুখ্রি লাইজ তোর্ববানগী থাপথোং রাইকুম্না ঈপান য়োরবদা লৈমা পাইমা উনগোইন্নুংদা নিংশিংজথিএ। পনেম মম পোকমাবীনা লল কুবিরকপা সনা থুদোপ য়াইওইবা তম্ফা তোমথিম্নবা য়োইবু শমু হকচাংদা সনা লিংলু ওইনা থোন্নরি। শরেন য়েৎলম শিরবদি

তম্বা মীপা খৈবিক্না চেংলৌ শকউদবা, শমু ওইরম শিরবস্থং মোমন্থ শম্লাং ওইরৈ হুনবীশিংনা চেংলৌ মিৎথিৎত্তরবা খুদোপ য়াইওইববু শমু খুৎত্তা পাইনা মপন মুহি নিংদোরেন, পলেম মমা পোকমাবীগবু পাইমা মাগী উনগোইস্থুংদা উনবী লৈনিংশিংনা পুক্রমজ্জথিএ। হে পলেম পোকমাবী ইপন শাৎমাবা-ও, নমোম চিংগুথিবী নমু মীহিংচা ফত্তবশিংগী শমু খুহুম চল্লবী অন্নামথৈ লৈতনা লাম্নংলবী ঐবু রাক্ষস হিংচাবা শমু মথুবাক্তগী অন্না লাইশেংজগে হায়না পলেম মেনলোং মথুৎথোন তম্ফা খুদোপ য়াইওইববু শমু ওইরম শিজিল্লবগা রাক্ষসী হিংচাবীশিংদি লৈমা চেংলৌ শকউদরে। য়োইবু সুইন্দ্রাণী অহেনবীস্থুং পুখ্রি লাইজ্জ ঈয়োক কোম শিঙেল ইংথোন স্থুংঙাইববু শমু নমদা হুন্না ইস্তানজরক্রবদা বস্থমত্তী মালেম লৈপাক লৈমনা থোরৈ ঙেংবাংবিরে। নাওন্না স্থংশি মথৈ লৈত্তনা লাম্নংলবীবু লোইদাম থাবুম অহুমগী য়াংলৌ লমদাংশাংবু চেংলৌ মিকুপমরুমদা পুথোকখিরবগী লৈমা নিংথিবীদি সংদরী চাংলেন পনলংনা স্থুংঙাইবা, তাইবং নমু পোংবাচানা পংনা ফংঙমদবা তপবন থোইমা নারোম্নুং অশোংববু তানফংজরুরে হায়দব্রা ?

অসাইডৈগী রাক্ষসী হিংচাবী ভানুব্রহ্মা মমোমলোন কাপনিমিষ ফত্তবীনচিংনা নমু মীহিংচা মরুপ পুম্নমক্তি য়োইবু সুইন্দ্রাণী অহেনবীবু চেংলৌ মিৎথিৎতরবগী হিঃ হিঃ করি বানো, হৌজিক চেংলৌ মিকুপমরুম অসিদা লৈমা মচেং মথোক্লকপীবু ইরু শাস্তেংলুগে হায়না ধাপথোং রাইকুমথিবদি চেংলৌ শকউদরে, মতৌ করম মাংথিবনো হায়না মিৎয়েং শানথৈবস্থুং লৈঙমদরবগী থোইমো নারোম্নুং শিঙেল ইংথোললেনগী পামেন উথোং-থা থুদিংদা মিৎয়েং

শানথৈব্রুবস্তুং লৈমা মার মখোঙ্গুনবু খিথংদরবগী রাক্ষসী হিংচাবী পুম্নমক্তি অকি পুক্রিং চংনা শোনমোইনখিএ। লৈমা শকহেনবীবু মতৌ করম মাংথরিবনো হায়না অস্তুম শোংকিনরবদা কালনিমিষ হিংচাবীনা ব্রাংম্নকএ—হে তয়ুমশিং-ও, ডসি কোরৌ মুমিৎমদা মুজা কনা থাক্তনা ঐথোয় পুম্নমকপু ইপন নিংথৌরেনগী দণ্ডি ব্রারক অরুম্বা কোরৌ নোং শিংজংগুম্ববু লাম্নংলডেনে। মতৌ করম ওইসিবা হায়না অস্তুম ব্রাহম্ববু মদাইরেম রাক্ষসী হিংচাবী পুম্নমক্বা শমু মথুৎ পোন্, থব্রাই মিরেন পাইনা পাওথুমজখিএ। হে লৈমা অহেনবী নংবু নত্তনা হৌজিক মতম অসিদা নদাইরেম ঐথোয় পুম্নমক্বী থব্রাই লাইশেংনববু পুম্না লৈতরে হায়না অস্তুম পাওমেল্লবগা ভান্নুব্রহ্মা মমোমলোন কালনিম্বিষ হিংচাবী! পুক্রিং অকি চংনা মদাইরেম নমু মীহিংচাবী থৈবিকপু শমু পালোইননা ইনব্রাইরক্লবগা মপন সনা মখোংথাদা ব্রাকৎচখি—হে ইপন নিংথৌরেন রাক্ষস থুৎনিংথৌ-ও, নিংথৌ সনা নয়াথংবু নমোম ভাংজা কোক্তা থোংনা লৈমা নিংথিবীগা শিডেল উমং ভুডাইবগী লাইজ ঈয়োক কোমদা ব্রাইথুংলুরবগা লৈমা চেংলৌ শকহেনবীনা ইক্রু শাস্তেংলুগে হায়বগী থাপথোং ব্রাইকুমখিববু লৈমা চেংলৌ মশক উদনা মতোম মাংথিরে। নদাইরেম রাক্ষসী হিংচাবী পুম্নমক্বা পুখ্রি লাইজ ঈয়োম্নুং থোইমা নাপীরক পামেল উথোং-থাবু শেলদনা মিৎয়েং শানথৈবস্তুং লৈমা মার মখোঙ্গুনবু খিথংদরবগী ইপন সনা নখোংথাদা ব্রাকৎচরবনে হায়না পাওতাক্লববু নাতারবা ব্রাগী ভান্নুব্রহ্মা হিংচাবদি য়াইবি মম্নুং হৌ, তিম্লাং মথোই শাওনা মদাইরেম মালেম লেবাক কোয়বা সেনা লাম্নী থৈবিকপু শমু পালোইননা অসাইডেগী পুখ্রি লাইজ

ঈয়োক কোম শিঙেল উমং মুংঙাইবদা হাম্না মিংয়েং শানথৈরুববু মুইন্দ্রাণী চেংশৌ শকহেনবীবু থিথংদরবগী রাক্ষস হিংচাবা পুম্নমক্তি কোরৌ নোংবু খোন, মালেম লৈবু হুপ্না তপবন খোইমা নারোম্নুং অশোংববু চংনা চীংলেন পনলংনা অরাংবা, লোক্নুং অশুকপা, তীর্থ লাইকমলেন তুখুন, তুরেন থিঙমদনা থিরুবস্নুং মুহি নিংথৌ মযোম-লোনগী মার মথোঙ্গুনবু থিথংদরবগী দমক চিংঙু ব্রহ্মা মপারি ভানুব্রহ্মা হিংচাবদি স্পর্শ-মণি লিক্লাংচান অরুবা প্রাণ থরাই তিংনা য়াইবু শমু খুত্তা থম্না ভানফংজরবদা অনৌবা শমু খুংয়োল থানা লাইজ ঈরোন-মুংদা ভাথিবগুম ভানুব্রহ্মা হিংচাবদি তক্লৌ শিভং শোম্না মরান ওস্তেররুবগা অরা মথৈ লৈতনা শঙ্গাই মকোম্নোইদা রাইথুংলরে হায়দব্রা ?

ব্যাস মুনিরেম্না রাহমথিএ—হে সেবক ইপারি জয় মুনি লৌশিংবা, নংবু উনবী পুক্লিং তপ্না নাতা-ও। অসাইঙৈগী ভানুব্রহ্মা হিংচাবগী তাংজা লীনগী তেম্না লাঙ্গোই মথুপ অহুম ওইনা পুন্নিবা শিঙেল ইংখোলমুং উমং অশোংবগী পামেন ভুথোং-খাদা থৌদু মুংনা নম্না দগুি রাররুিবা উচ্চৈশ্রবা লাঙ্গোই লৌশিংবদি অরা মথৈ লৈত্তা, পাইমা মনুংশাবু শংহোম্ননা মিকপ্লকএ। হাঃ হাঃ ইবুংঙো নিংথৌ লাংচেং মথোক্লকপা-ও, চেংলৌ নংগী শকপানথোংবু উদরে। মত্তৌ করম ওইরবা! নদাইরেম ঐদি চিংঙু ব্রহ্মা শাপ মিচৈথোনগী লাঙ্গোই পাঙ্গল থোকভমদরে। শানৌ নত্তে-ননাওবু কোরৌ মত্তৌ নোংদা চেংলৌ শকউনসিবা। নদাইরেম ঐদি ভানুব্রহ্মা হিংচাবগী রাইরা মতেনচা তাংজা লীনগী তেন অথৌবনা লাঙ্গোই ঐবু মথেক অহুম ওইনা পুন্নবগা শিঙেল ইংখোলমুং অসিদা থৌদু মুংনা ননববু

লাল্লংলে। অসুম লাল্লংলবসুং অমুম থরাই ইমিরেন্দদি লহান নোং দেবসভা লাইরূপ পুম্নমক্কা অমর শিদববু ওই ও হায়না বর লল কুবিবগী লাঙ্গোই থরাই ইমিরেনদি হিংজরিএ। শানৌ নতৈ-ননাওবু রাক্ষস হিংচাবশিংনা শমু খুতুম চল্লবগী হিংচাবা মনিং ভম্না মতৌ করম ওটরিগবা। খোইমা নারোম্নুংগী পামেন উখোং-খাদা খোম্লেন তুমকল্লোবনে। নদাইরেম ঐবু লৈতরবগী নমু মীহিংচা ফত্তবশিংগী শমু খুতুম চম্না করম লাল্লংলিবনো? লমলেন মদাইমা অসিবু রাক্ষস হিংচাবগী মরমথৈবু হেনদরি, অদ্রা পোংখাখিনুসে হায়না রাকংচববু অমুম কোলোই ইয়াথংবু রাচানদবগী মুংশি মথৈ লৈত্তববু লাল্লংলরে হায়না ভদ্রশ্রবা লাঙ্গোই লৌশিংবদি পাইমা মুংশা শংহোম্লনা অদ্রা মথৈ লৈতনা অসুম মিকপএ হায়দত্রা? লাঙ্গোই য়াইওবসুং রাক্ষস হিংচাবা মরৈবাক্তা লৈজহনখিসনো।

রাজা বীরসিংহ নিংথৌরেনগী রাজ্য মরৈবাক বঙ্গদেশ লৈম-য়োন্দগী মপন পংলেম মমা পোকমাবী দুর্ঘনা লৈমরেম্লা লহান নোংগী মার্কণ্ড মহামুনিরেম্লা দণ্ড চৈণ্ড মখুৎশুবু মপারি বীরসিংহ নিংথৌ-রেমগী চিহ্ন খুদম য়েংনৌ-ও হায়বগী নিংথৌ কংলৈ মশুমাংদা সনা খোংনাং ওইনা শানওল্লিববু কোরৌ নোংজা থুদিং লাইজ ইকা চাইনা নাওয়োক্লিএ। লৈমা মাঙ্গোল মনুংলাংদসুং মপারিবু জয় য়াইফ-রকসনো হায়বগী মালেম লৈবাক কোয়বা পুম্নমক্কা পুরোহিত রাক্ষস য়াওনা বেদ লাইরিক খিএ। গীতা ভাগবত অরুববু নাতারিডৈগী সময় মতম অদুদা ভানুব্রহ্মা হিংচাবগী মদাইরেম অগ্নিকেতু হিংচাবগী হিদাক ময়াই ফংনা বীরসিংহ নিংথৌরেনবু খোম্লেন তুমকনহনবগী মতম অদুদা নিংথৌ মপারিগী চিহ্ন খুদম য়েংনবা সনা খোংনাং

মপালদি চেংলৌ মিকুপমক্কম থংলোদনা থোংনাং মনা পুন্না খুই-জিল্লকপবু মপন পলেম পোকমাবীনা চেংলৌ মিংথিংলবগী কোরৌ নোংশিং চংনা য়োইবু ভাংজা লুরেনতোনদা ফেনথরক্কপগুম মিপাই কোকই কা, পিরেল থকমাদনা ব্রাহ্মকএ—হে তয়ুম মালেম লৈবাক কোয়বাশিং-ও, পারি লাংচেং মথোক্লকপদা মত্তৌ করম ওইরিগনবনো? ইপারিগী শম্ন থুদম য়েংনবা সনা খোংনাং অসিবু পামেল মনা থুইজিল্লকলে হায়না পিরেল থকমাদনা মালেম লৈবাক কোয়বা পুন্নমক্কা মিংয়েং শানথৈনরিডে ভান্নুব্রহ্মা মশানৌ মেঘনাদ হিংচাবনা বীরসিংহ নিংথৌরেনবু শমু তুংপুন্ননা গঙ্গা লাইজ ঈরেনপুংদা লুম্নবগী পাইমা মুংশা থম্, তিনপান খোকমৈ নেম্না নোংমনবগী থুদম অত্তাকপবু কাওরহিক্লে। সনা খোংনাং নারেংবগী লিনফু মরা কং, পামেল পাম্বী মরিমকপু থেমচা উফৈ শেংনা মালেম লৈতারকএ। অসিসুং মদোমদে। নিংথৌ সনা সিংহাসন নিংথিবসুং চাওরৈ থানা পাংবারম মতোম চেপথরকএ হায়দব্রা?

য়োইবু তুর্ঘনা লৈমরেলদি মপারিনা অরামথৈ লৈতনা লাম্নংবগী থুদম অয়াম্বা মত্তৌ অসি থৈবিকপু চেংলৌ মিংলিংলবগী মিপাই কোকই কা, পিরেল থকমাদনা ব্রাহ্মকএ—হে তয়ুম মালেম লৈবাক কোয়বাশিং-ও, লহান নোং মার্কণ্ড মুনিরেম্না ব্রাহ্মমএ। সনা খোংনাং অসিনা মরা লিনফু ফংনা কংলবদি নিংথৌ নপারিবু প্রাণ থব্রাই মাংলবগী থুদম অরেপ্পনে চায়রম্ববু লৈএ। হে তয়ুম মালেম লৈবাক কোয়বাশিং—ও, ইপারি নাওরা লাংচেং মথোক্লকপবু প্রাণ থব্রাই মাংনা নোংমম্নরিডেনে। মতৌ কত্তবা থুদম অয়াম্ববু কাওররে। ওসি ইমুং শোইয়াইমগী খোম্নেন মংলানচানদসুং সনা

শঙ্গাইরেন অসিবু ইমশী চাওরা তেক্, ফক্লাং লোনচা মরোন হু, উরা হুমপু লোইনা মালেন নৈদা কিস্থরকপবু থোম্লেন্ন মংথৈনরকএ হায়না য়োইবু দুর্ঘনা নৈমরেলদি মপারি বীরসিংহ নিংথৌরেনবু বিলাপ তৌথাননা মিকপথিএ—হাঃ হাঃ পারি ইবুংঙো মুংচানবা, মতৌ করম ওইরবা ? পারি ইবুংঙো নংবু নপন ঐগী প্রাণ থরাই ইমিরেনবু ওইবনে, পনেম করম নিংশিংবনো। লহান নোং মার্কণ্ড মুনি চিঙ্গোই মপাওতাকী ইহুচরোল মুইন্দ্রাণী অহেনবীবু হোইথিরুগে হায়বগী পুণ্য পন্দোল নৈনথোল লোইদাম থাবুম ওরক্কী য়াংলৌ লমদাংশাংবু নদাইরেম সেনা লাম্মী নমু পোং অমত্তবু ভাইরোইনদনা ভদ্রশ্রবা লাঙ্গোই অপাইববু শমু থোংওইনন। ইত্তালখিবা নত্তবরা ? পারি নতোম করম লাম্নংলিবা ? ইপনগী প্রাণ থরাই ইমিরেন-ও, নংগী চিহ্ন থুদম ফত্তববু পোক্লরবা অসদা নপন ঐগী থরাই ইমিরেম্না থংওমক্করে। পম্থৌ নপা শাংমাবা রাজা নিংথৌরেম্না কোরৌ নোঙ্গাখিরবগী হালক অভাং ওইনা পিরু। হুনলানভংএ। পারি নংগী চেংলৌ নশক য়েংনা মুংশি থৌকাওনরিবনে। হে ইবুংঙো নংবু শিডেল শেৎনরবদি নপন ঐদি মুংশি-মৈচাক অরুম্বা অসিনা লেপ্পা নোংমল্লভেনে হায়না য়োইবু দুর্ঘনা অহেনবীদি মপারিগী মুংশি-মৈচাক তমথিবনা নৈমা তাঙ্জা মশম ফা, মালেম নৈদা ওল্, কোরৌ থোইনা য়েং, বাংপন পাংনা য়েংনা অনৌবা মিকপথিএ—হে সনা সিংহাসন নিংথিবা নংসু ইপারি নিংথৌ মথোক্লকপবু অরন থমলৈ কুম্নবগী থোইরম শিদবাশিংনা তোমন ঐবু পুক্লিং শাংথংহনগে হায়বগী হাওরে থানা পাংনা চেপথহল্লবরা ? হে ইবুংঙো চেংলৌ শকহেনবা-ও, লহান নোং মুনি চিঙ্গোই ময়াথংনা লাঙ্গোই নংগী নথুনেং ভদ্রশ্রবা

য়াইওইববু প্রাণ থম্নাইদা লৈরবদি অরা হুইরাং লোনববু লাম্লংফরোই হায়বা নত্তবরা ? হে লাঙ্গোই পাঙ্গলব নংস্থ নিংথৌ ইপারিগা মুংশি লৈথৈ তাবদা নংমপ্পরবরা ? পারি ইবুংঙো নিংথৌ লাংচেং নথোক্লকপ-ও, নংবু ইপম্না নতোম তানকংজেবগী নপনগী মুংশি অরাববু থোকাওনবানে। লহান লোং পারি নংনা পলেম নমা ঐবু রাজ্য লৈবাক ভাকভম-ও হায়বগী রঙ্গদেশ নরৈবাক অসিবু সনা লৈবাক ভাক্লা ভাইথমজরিববদি শিভেল অরেশ্না লৈরাং অতিংভা ওইরে। কোলোই নংগী শঙ্গাই মনিন নাইবা অসবু নমু য়াম্না মীচিক্লে। হে বিধি নোংদম্বা, নংনা পারি অমত্তবু ললকুপিরবগা যৌবন মথোক্লকপদা শিভেল শেংনৌ ও হায়না করম নোংদম্লকপনো কল্লকএ। মোমন্থ চিংভু লাক্লবকথীবী ঐগুস্বাবু তাইবং নোংশাপান্দা অনি শুনা লৈরিরোই। হে খোইয়ম নোংদম্বা, নংনা লাইবক থেলাইথোংদা শিংতুম নিংকোই য়েক্লা করম নোংদম্লবনো ত্রায়না দুর্ঘনা লৈমরেলদি মপারিগী দমকপু মুংশি মতৌ কম্বু লেভনা অম্লম মিকপএ হায়দব্রা ? অসিস্থং মদোমদে। নিংথৌ সনা শঙ্গাইনুংগি য়োংবু লেংনা তিংবাশিংবু মদাইরেন মালেম লৈবাক লোয়না পুম্নকস্থং নিংথৌ কোলোই মীমং থানা মিকপথিএ—হে ইবুংঙো রঙ্গদেশ লৈমাবা, নিংথৌ লাংচেং নথোক্লকপা নংবু নদাইরেম ঐথোয় থৌবকপু শম্মু নমদা হুম্না নতোম করম লাম্লংলগবনো ? নিংথৌ নমাম্নবা সনা চোংলেন থানবা মরিফুত্তরামাপালমক্লা তাংজা কোক্তা থোংনা পূজা ঈরাংনবা নংবু লৈত্তরবদি নদাইরেম ঐথোয় পুম্নমকপু অনাথ মপু লেত্তরে। নিংথৌ নংনা রঙ্গদেশ সনা লৈবাক্তা রাজা নিংথৌ ওইববু থৌরৈ পুংখাং নিক্তা, তেংনাও চিতাই নাইদবনে। নিংথৌ

কোলোই নয়াথং অথুম্বনা নদাইরেম ঐথোয় পুম্নমকপু খোজাল তাহেন নাইদনা নাওয়োকপিবনে। লাঙ্গোই অপাইববু শমু খোংওইননা দিক মাইকৈ কদায়রম্নু মাংখিরবা হায়না অস্নুম মিকপ্পথিএ হায়দব্রা? রাজা নিংথৌরেনগী নর্ত্তকী জগোইশাবীস্নু, ভাট ঈশৈ শকপা লৈশি লৈথোম্নরিবশিংস্নু, ব্রাহ্মণ, গণক, পণ্ডিত পুম্নমক্নচিংনা রঙ্গদেশ সনা লৈবাক্কী নমু পোং ওইবা থৈবিক্কি নিংথৌ অথোইবগী দমকপু লৈবাক মনিন নাইনা মিকপ্পরবদা মপন পলেম মমা লৈমরেলনা অনৌবা মিকপথিএ—হে ইবুংঙো থিক্লেন ইথান্নুংগী পারি নুংচানবা নংবু থাংঙো মম্না শিনা নুমিৎ মঙ্গুম চংথিরে। পারি নংগী সনা য়োইকোম্নুং অসিদা নদাইরেম য়োক্তহৈ হৈরোইনাই হৈরাং থোংহৈবী, নোইম্নু থুমচনহৈবী, নাকথং তুংশোনবী, থা হৈরান-লোইশিংনা কোলোই নমিং থানা মিকপ্পিবী অসিবু করম নাতাদরবা হায়না পলেম মমা লৈমরেলদি তরা চাঙংদা, অহিং থোম্নেন তুমকনদা, অরা মথৈ লৈতনা অস্নুম মিকপএ হায়দব্রা? সত্যবতী পাইমা উনগোইম্নুংগী পরাশর মুনি মপারি মুনি বৈশম্পায়ণ কোবনা সেবক মপারি জয় মুনি লৌশিংবদা রারীবিরম্বা **বীরসিংহ পঞ্চালী** নুংঙাইবা অসিবু নাওরা লৌশিং তরা চগেমতোনগুম্বা ঐথোয় অছুম্মক্না বৈষ্ণব লেংনা তিনবশিংগী সনা থুম্নারেনবু লরাই কোইরেন-থক্কো হাপ্না হম্না হম্না পুরুমজবনে। লংজমথৈ লৈতববু ডাকপি-ও।

অসাইগৈগী জয় মুনি লৌশিংবনা অনৌবা পাওহংজথিএ। হে গুরু মুনি অথোইবা, বীরসিংহ নিংথৌরেনগী রারী নুংঙাইবা অসিবু থৌরম অসি মতুংদা মতৌ করম ওইবা রারী পন্দোল লোমবি-ও হায়না পাওহংজরবদা ব্যাস মুনিরেম্না রাগম্নকএ—হে জয় মুনি

লৌশিংবা নংবু উনবী পুক্নিং তপ্পা নাতাঙও। য়োইবু তুর্ঘনা লৈম-রেলস্নুং রঙ্গদেশ মরৈবাক্তা লৈজহনখিসনো। অসাইডৈগী মুহি নিংথৌ মমোমলোন য়োইবু মুইন্দ্রাণী অহেনবীদি সাতারি পনলংলা মুংডাইববু নাত্তৈননা থোইমা নারোম্নুং অশোংবা, পাম্বা হাথকম্ কৈরেন হাকোকফম্, ওক্লেন লাইরেন অখৌবনা য়াকাফমদা লৈমা নিংথিবীদি নিংথৌ মশাবিবু বিলাপ তেংথাননা মিকপথিএ—শাবি ইবুংঙো নিংথৌ ইনেম-মচা থম্নাই শম্মৈ মুংচানবা-ও, নশানৌ মোমন্নু চিংজু লাইবক থীবী ঐদি শাবি নংবু চেংলৌ শকউনদা থোইমা নারোম্নুং অসিদা য়াওরৌ মশুংমানগুম্না লাম্নংলরে। ভানুব্রহ্মা হিংচাবনা নিংথৌ ইতৈ-ইনাওবু বিম্নি য়ৈথাই চম্লবগী শমু পাঙ্গল অশোনবী ঐবু অম্না মথৈ লৈতরবদা ইপন পলেম পোকমাবীনা লল কুবিরকপা চোইনৌ সনা খুদোপ য়াইওইবা অসিগী তম্ফা মথৌ-চানগীনা রাক্ষস হিংচাবা শমু মখুবাক্তগীদি ইতোম লাইশেংচরকএ। শাবি কোরৌ ইনিংথৌ নংদি নমু মীহিংচাগী শমু মখুবাক্তা করম লাম্নংলিগবনো? নশানৌ ঐনা পুক্নিং শানথং ডম্নুদরে। হে বিধি নোংদম্বা, নংনা শানৌ ইতৈ-ইনাওবু য়াংলৌ লমথাং অসিদা শিডেল শেংনৌ-ও হায়না করম নোংদম্নমবনো কম্লকএ। হে ইবুংঙো, নিংথৌ সনা নখোংথাবু নদাইরেম ঐনা তানফংজরে হায়বগী পুক্নিং হরাওজবদি শিডেল অরেম্বা লৈরাং অতিংডাবু ওইরে। শানৌ ইতৈ ইনাওবু য়ারা লাংহৈ কুমওলনদা পোইদাম থাশনদরিএ। নশানৌ মোমন্নু পাঙ্গল অশোনবী ঐবু শমু নমদা হুম্না মাহৈকৈ কদাইরম্বু হৌথিরবা হায়না য়োইবু মুইন্দ্রাণী অহেনবীদি পিরেল থকমাদনা থোইমা নারোম্নুংদগী য়াংলৌ লমখুন থংদবা হাওরৈ

নোংপোক থংবারম চানা মমাই ফাকনা য়াংলৌ লমখুন থিরকপবু লৈমা লাংচেং মথোক্লকপীদি হাওনা খুরৌ য়াম্, তিংথং থোংম্ব তোই, হাকুম শিংবী অয়াল থাক্, কামু শোশাবনা খুম্না য়ৌরুম মেন্, ঈমু ফিরাক শানা থোংকাপ নাওরৈমবু রানওমদা, খুদোন লোক্লৌ ফুকওমদনা মশাবি নিংথৌরেনবু তেংথামনা মিকপথিএ—শাবি ইবুংঙো নিংথৌ ইমান-মচা প্রাণ থরাই ইমিরেন-ও, মুজা পাইমা লোম্বী ঐনা থোইমা নারোম্মুংগী য়াংলৌ লমখুন নাইদবা অসিদা নিংথৌ নংগী মার নথোঙ্গুনবু থিথংদবগী অরা মথৈ লৈতনা লাম্নংলে। হে ইবুংঙো রঙ্গদেশ লৈমাবা-ও, থোইয়ম নোংদম্বা মথৌথাবু লমচাইফদবনা থোক্লরবস্লুং শানৌ ইতৈ-ইনাওবু শমু পালোইননা লান নংমৈম্নেগীদি কৈদৌফাংনদে। শাবি ইবুংঙো থরাই ইমিরেন-ও, নংগী চেংলৌ নশক য়েংনা অরা পোংথোক্লভৈনে। হে ভদ্রশ্রবা লাঙ্গোই মুংচংবা নংস্ত মাইকৈ কদাইরম হোঁথিরবনো? নিংথৌ ইশাবিগা শমু ঙাইরোইনরিবর? মোমস্ত পাঙ্গল অশোনবী ঐগী মার থোঙ্গুল লীরক-ও। থরাই ইমিরেম্না অমন শিগুর্মথিবনা হাম্ল-ভৈনে। লহান নোং লাঙ্গোই লোশিংবা নংনা মালাধর কোবা চাংলেন পনলাংলাগী তাথ লাইফম মুংঙাইবদা অরা পোংথাক্লসে হায়না রাইম্বু মোমম্ব ঐনা মালং মায়োক য়াওমদনা পাইমা ইমুংশা ফাজওমদরবগী লাঙ্গোই চিঙ্গোই নয়াথংবু ইলহৌদরে। অদুগী দমক মুংশি অরা নংলবনে। কোরৌ লহান নোং লাঙ্গোই নংবু শমু থোংওইননা লোইদাম থাবুম তক্কী য়াংলৌ লমদাংশাংবু কোরৌ নোংমতবু রাইথুংলরবগা শাবি নিংথৌ ইনেম-মচাবু তিম্নহনবস্লুনে। হে লাঙ্গোই পাঙ্গলবা-ও, নবুংঙো নিংথৌ ইমান-মচাবু শমু পালোইননা

লৈমা ঐগী মায় ইথোঙ্লবু থিরক-ও। লাঙোই নপু-ননাইদি দিক মাইকৈ কদাইরম য়ৌথিরবনো হায়না মুহি নিংথৌ মমোমলোনদি মশাবি মহারাজ নিংথৌরেনগা ভদ্রশ্রবা লাঙোই য়াইশা অপাইবগা অনিমকপু উনবী লৈনিংশিংনা অস্লম মিকপএ হায়দব্রা ?

লৈমা চেংলৌ শকহেনবীদি হাওরে নোংপোক পাংবারম য়াংলৌ লমখুন থিথিববু থিথংদরবগী নোংনেম থানা পাংবারমদা য়াওরৌ শায়ম ইন্না চৎথববু য়াংলৌ লমখুন থংদরবগী কোরৌ থোইনা য়েং, য়াংপন পাংনা য়েংনা মালং নোংশা থাংবগী অব্রা মৈশা লাং, হুমাং ঈরিক কা, তরা চাথংদবগী উনবী খুৎনা নম্, লাইজ ঈথৌরাংবগী থৌরী চরম কং, তিংথং থোং য়ুথৈ, লৈমা শমু মখুদোন চিবা পাওনাইদবা হাকুম্বীবু লাইজ ঈঙাং চেল্, থোংয়াই ঙমদনা অরামথৈ লৈতবা তাববু মহৌ মশিং লাকঙমদরবগী মপন পলেম মমা পোকমাবীবু উনবী লৈনিংশিংনা মিকপথিএ—হে পলেম ইমা লৈমরেল-ও, নমোম ঐবু চিংঙু ইরাইবক য়ামচেং ইতুরৈগীবু থোইমা লমচাইক্কদনা থোক্লরবরা ? ইপন শাংমাবা, পলেম পোকমাবী নবিংঙাবু নমোম ঐনা য়েংবস্লু চীংনা থন্, লামবাস্লু শানা তেল্লে; নমোম ঐবু করি ওইসিবনো হায়না অস্লুম মিকপ্লবু অরামথৈ লৈতরবগী মশাবি নিংথৌ মনেম-মচাবু উনবী লৈনিংশিংনা অনৌবা মিকপ্লকএ—হে শাবি ইবুংঙো নিংথৌ ইনেম-মচা-ও, নশানৌ মোমন্থু চিংঙু লাইবক থীবী ঐদি থোইমা নারোম্লুংগী য়াংলৌ লমখুন লৈতবা অসিদা তিংথং থোংয়ু থোইনা থুম্না থাওবী মরাক চাম্লবগী থোংকাপ নাওরৈমবু থাংঙমদরক্লে। শাবি কোরৌ ইনোংথৌ নংবু রাক্ষস হিংচাবগী শমু মখুবাক্তা অমন্ য়াওরা পুক্ষা ওইরবরা ? থোংলৈ কনানা পাওহন-

বিসিবনো ? নশানৌ ঐবু মোমন্থ থব্রাই ইমিরেনবু পুঙমদরক্লে ! হে বিধি নোংদম্বা নংনা মোমন্থ ঐগী লাইবক থেলাইথোংদা শিংতুম নিংকোই য়েক্লা করম নোংদম্বিরম্বনো হায়না কোরৌ নোংবু য়েং, মালেম লৈবু হোংনা মতোম মিকপ্লিডৈদা কোরৌ নোংমদোন অরাংবদগী থোইয়ম লাইয়াম অয়াম্বনা লৈমা মতৌ অরাবা মুংশি লৈথৈতাববু চেংলৌ মিংথিংলবগী য়াওরা থোক্লেল ভায়া লাওথরকএ —হে মুহি নিংথৌ মমোমলোন মুইন্দ্রাণী অহেনবী-ও, নংবু থোইয়ম ঐথোয়গী চিঙ্গোই ইথাথংবু উনবী পুক্রিং তপ্পা নাতা-ও। থোইমা নারোম্নুং অসিদা নাওরা নত্তোম অরামথৈ লৈত্তনা লাল্লংলিবা অসিবু নশাবি বীরসিংহ নিংথৌরেনগা শানৌ নতৈ-ননাওবু শিভেল তোংতম পুনবদা পুনমক্লা লৈরাং থয়োম শাবদা শামম্নরকপবু ওইরবদি অনৌবা চেংলৌ শক উনহৌডেনে। লৈমা নংগী পাইমা উনগোইগ্লংদা উনবী লৈনিংশিংনা নিংথক্লো। নপন নিংথৌরেল পলেম নমা পোকমাবীগা নপন অনিমকপু পুক্রিং থৌকাও নাইদনা উত্তর অরাং পাংবারম নপনগী রাজ্য মরৈবাকপু ইন্তানলুখি-ও। লোইদাম থাবুম তরুক্কী য়াংলৌ লমদাংশাংবু চেংলৌ মিকুপমকমদা লেপ্পা য়াইথুংহনগে। নপন সনা মরৈবাক্তা মুংশি অরা পোংথোকলুখি-ও হায়না থোইয়ম শিদবাশিংনা শৃন্য অত্তিংডাদগী অস্তুম লাওথরকপবু য়োইবু মুইন্দ্রাণী অহেনবীনা কোরৌ নোংলানপান্দগী থোইয়ম চিঙ্গোই ময়াথংবু নাভারবদা য়োইবু শমু মখুং লোম্না পাওথুমজরকএ—হে থোইয়ম চিংঙু উদবাশিং-ও, স্বামি কোরৌ ইনোংথৌ নিংথৌ ইমান-মচাবু চেংলৌ শক উনদনা ইপন নিংথৌ মরৈবাক্তা মোমন্থ ইত্তোম্মবু করম য়াঙ্গোইক্লসিবনো ? থোইমা নারোম্নুং অসিদা নিংথৌ ইনেম-মচাগী

দমকপু অকেম চকমোম লাংকা ওইরবস্লুং চিংগু ইরাইবক য়ামচেং ইতুরৈগীনে। খোইমা লমচাইফরবোই। হে খোইয়ম শিদবাশিং-ও, চিংগু নখোয়গী নথৌচান্না স্বামি কোরৌ ইনোংখোগা চেংলৌ থুনা শক উনবত্তম য়েংনদনা লল কুবিরম-ও হায়না মালেম লৈদা পক্লা পুক্লমজরে হায়দব্রা ?

হে পারি জয় মুনি লৌশিংবা-ও, নংবু উনবী পুক্লিং তপ্লা নাতা-ও। লৈমা চেংলৌ শকহেনবীদি হাওরৈ থানা পাংবারম নিংথৌ মনেম-মচাগী মার থোঙ্গুল লীরকপবু বিন্ধ্যাগিরি চীংলেন পললংলাবু নাত্তৈনরক্লবদা মুংশা তরং থাংবগী অরা হক্লা চোক্, ভরা চাতংদববু কোরৌ নোংশিং যায়বগী য়াইবু মাচু থাও লৈরাং থাওবী মরাকচাম, লৈমা চাইক্লং মচি রাং, কুচু মশক ওন্না অরা মথৈ লৈত্তববু লাম্নং য়ায়বগী য়োইবু নাওরা অহেনবীদি খোইমা নারোম্নুংগী পামেল উথোং-থা অচিকপদা চেংলৌ মিকুপমক্লমবু অরা পোৎথারম্নবগা পামেল উথোংথাবু শমু নমদা হুন্. খোংকাপ নাওরৈমবু রানভমদনা হাওরৈ থানা পাংবারমদা য়াংলৌ লমখুন থিরকপবু মুহি নিংথৌ মমোমলোনদি খোইমা নারোম্নুংদা মশাবিগী মার থোঙ্গুল লিরকপবু কোরৌ মুমিৎ চুপ্লা লেম্মা নারৈনা মুমিৎ খোংলোন থমগে তৌগুন্ন-বদা খোইমা নারোম্নুংগী পামেল উরামলক্লা তল্লা খোইনা চাওবা খোংনাং নারেংবা অমবু লৈমা মাদা থানা চেংলৌ মিৎথিংলবগী পামেল উথোং-থা অচিকপদা রাংইথুংলুববু য়োই মুইন্দ্রাণী অহেনবীদি পাইমা মুংয়েং চেং, মুংশিথৈবু ওৎ, পিরেল থকমাদনা মপন মুহি নিংথৌরেন পলেম মমা ঈশ্বরাণী লৈমরেলগা অনিমকপু উনবী লৈনিংশিংনা মিকপথিএ—হে ইপন পম্থৌ নিংথৌ, পলেম ইমা

পোকমাবী ইপন নবিংঙানা নমোম ঐবু শিঙেল শেংনরকপগী অম্বা মথৈ লৈতনা নোংখোইরোবনে। হে পলেম পোকমাবী-ও, নমোম চিংঙু লাইবকথিবী ঐদি ইপন নংনা নাকলু কিয়ানবা, খোইজি খোংখা মিহুনবা, ইমু মচেং খোমচিননোংদা নম্ম ঐবু করম নোংদম্লক-পনো ? য়াংলৌ লমদম থংদবা অসিদা কোরৌ খোইনা য়েং, য়াংপল পাংঙ্গা য়েংনা নোংখোইরে। খোইম্নম বিথি নোংদম্বা নংনা করম নোংদম্লকপা থংঙমদরে। মোমম্ম ঐবু ভানুব্রহ্মা হিংচাবা পাপী কন্তবনা সুংশি চৈরক থায়না বিথ্নি য়ৈথায়শিল্লপগী নিংথৌ ইনেম-মচাগা লাঙ্গোই সুংচানবসুং শিঙেল শেংনরবগী খোইমা নায়োম্মুং য়াংলৌ লমথুন থংদবা অসিদা অকী পুক্লিং চং, থরাই মিরেন পাইনা অম্বা মথৈ লৈতববু লায়রংলরে। ইপন নবিংঙাদি নমোম ঐবু নিংথৌ মপারিগা শমু লালোইননা রঙ্গদেশ লৈময়োনদা য়াইথুংলরিবরা হায়না অম্মুম নিংথম্লিঙেনে। নমোম ঐদি লম্লক অচিকপা, খোইমা নায়োম্মুং অসিদা ভাইবং নমু পোংবা-চাবু চেংলৌ শকউনদা, য়াওরৌ মত্তংমানশুম কোরৌ সুমিং কয়ানিবু য়াঙ্গোইথিসিবনো হায়না অম্মুম মিকপ্নিঙৈ য়োইময়াই লাইরেন অঙানবা মৈসুং সুমিং থোংলোন থম্না মাইকৈ ময়া শি, কোরৌ খোংচুম থোং, নোংলেন মরাং হৌ, মালং মথি নাই, সুংশিং মরাং হৌরকুবগী পামেল নায়েখোন অনিনবনা মুহি নিংথৌ মমোমলোন সুইন্দ্রাণী অহেনহবীদি উনবী পুক্লিং শুম, অকী মথৈ লৈতা, থরাই মিরেন পাইনা মশাবি নিংথৌ-রেনবু উনবী লৈনিংশিংনা মিকপথিএ—শাবি ইবুংঙো রঙ্গদেশ লৈমাবা-ও, নশানৌ ঐদি নিংথৌ নংবু শকউনদনা খোইমা নায়োম্মুংগী পামেল উথোং-থা অসিদা নোংখোইরিবা অসিবু শাবি

নংনা করম চেংলৌ মিংথিংলদরবনো ? লৈমা নিংথিবীদি অহিং মিংয়েং নাওশুমদা, নোংম্নাই থোম্লেন তুমগন্দনা ইন্নুং কৌবা নোংগা শোই, লোইয়া তম্লোন ডাম্লকলবদা সূর্য্য থবী শেনকোইরেংস্নুং মুমিং থেলকারক্লে হায়দত্রা ? হে জয় মুনিরেন-ও, ম্নোইবু মুইস্রাণী অহেনবীস্নুং থোইমা নায়োম্লুংদা মতোম লৈজহনথিসনো।

অসাইডেগী গেহু নিংথৌ মপারি বীরসিংহ নিংথৌরেনগী সুংশি মথৈ লৈতববু ম্নারী পরেং শিল্লক্লে, উনবী পুক্লিং তপ্লা নাত্তা-ও। রাক্ষস নমু মীহিংচাশিংনা পরৈ লানকা শা, থৌদু সুংগা থাংনা গঙ্গা লাইজ ইরোম্লুংদা হুম্বরবগী প্রাণ থম্লাই তংনা মতোম নোংমন-লিববু চিংডু নোংথৌ সরারেম্না কোরৌ নোংলানপানদা চেংলৌ মিথিংলবগী মদাইরেম মোহুলী শাথৌবদা ম্নাহমখিএ—হে তম্নুম মোহুলী লৌশিংবা-ও, ইপারি ইন্দ্রসেন অতোম্বগী মশানওল বীরসিংহ নিংথৌরেনবু গঙ্গা লাইজ ঈরোম্লুংদা নোংমল্লিএ। নিংথৌ চেংলৌ শকহেনবা অসিবু নমু মীহিংচাশিংগী শমু মখুবাক্তা নংনা প্রাণ থম্নাই মাংফরোই। তাইবং নোংশাপানবু ইন্তানলুসে হায়না ম্নাহম্নবগা চিংডু নোংনিংথৌদি মোহুলী শমু পলোইনা, পুষ্পরথ ম্নাইওইববু দোলাই থোংওইননা তাইবং নোংশাপানবু ইন্তানলক্লবগা ভাগীরথী গঙ্গা অথোইবীগী লৈরাই মুংবিথক্তা ম্নাইথুংলুববু চিংডু নোংথৌ সরারেম্না ম্নাহম্নকএ। হে মোহুলী শাথৌবা-ও, ইপারি বীরসিংহ নিংথৌরেন অসিবু লাইজ ঈরোম্লুংদগী থুনা লৌথংলু-ও হায়না ম্নাহমথোনগী মদাইরেম মোহুলী শাথৌবনা গঙ্গা লাইজ ঈরোম্লুংদগী বীরসিংহ মথোক্লকপবু লাইজ ঈরোম্লুংদগী লৌথংলুরে। চিংডু নোংনিংথৌদি মপারি চেংলৌ শকহেনববু কিরিটি মাগী সনা লুহুপ

মুংচানবা লিক্লং তেনবী পুম্নমকস্মুং নিংথৌ শমু মহাকশাংগা পুনমম্নরগা থৌত্থু মুংজাও থাংনা লৈঙম্বৰু চেংলৌ মিংখিংলবগী চিংঙ্ নোং-নিংথৌদি পিরেপ থকমাদনা থৌত্থু মুংগা থাংনা পরৈ লানশা পুনওম্বৰু লৌথোক্লবগা চিংঙ্ কৈরা ভান্দা থোং, পিরেল থকমাদনা মিকপথিএ। পারি ইবুংঙো ইন্দ্রসেন লৈরাং অতোম্বা নংবু নপন ঐগী চিঙ্গোই ইয়াথং য়াথং হনফদবীদি তাংজা কোক্তা থোংনা তাইবং নোংশাপানদা পারি কোলোহ নমিংথোংবু বীরসিংহ কৌনা শানওম্লবগী রাক্ষস হিংচাবনা শমু খুত্থম চন্, পরৈ লানকা শা, থৌত্থু মুংজাও থাংনা গঙ্গা ঈরৈমুংদা তুম্না করম লাম্লংঙম্বনো হায়না চিংঙ্ নোংথৌ সরারেনদি মুংশি মথৈ লৈতা, মুংওল খোইবু ওংনা চিংঙ্ কৈরা ভানচিনথক্তগী মালেম লৈমাইথক্তা থম্লবগা মদাইরেম মোত্থলী শাথৌবদা রাহমথিএ। ইপারি বীরসিংহ চেংলৌ শকহেনবা অসিবু খোইয়ম ঐগী চিঙ্গোই ইয়াথংবু লাংহৈ কুমশিং শুদরি। মপন ঐগা চেংলৌ শকউনথিকরোই হায়না মপারিগী জাব থরাই হিংলবা অমৃত শিদ-য়েলবু লাইজ ঈরক থিকপিরম্লবগা চিংঙ্ নোংথৌ শোরারেনদি মোত্থলী শাথৌবগা অমরাপুর লাইরৈবাকপু ইন্তানাখরে। চিংঙ্ মথৌচানগী মপারি বীরসিংহ নিংথৌরেনস্মুং অমৃত শিদ-য়েলনা শমু মহাকশাংদা থিকাপরম্লবগী নিংথৌ চেংলৌ শকহেনবদি তাইবং মালং কানা প্রাণ থরাই হিংলক্লবদা চেংলৌ মমিৎ পাংনা শানথৈ-থিববু মশানৌ মুইন্দ্রাণী অহেনবাগা লাঙ্গোই মথুনেৎস্মুং লৈঙমদরবগী উনবী পুক্লিং ওক্লা মাইকৈ মরিমক্তা মিৎয়েং শানথৈথিববু লহান নোং লৈমা মশানৌগা য়াত্তামিম্নবা পুখ্রি লাইজ ঈয়োক কোমগী পামেল উথোং-থাবু ওইঙমদরে। ভাগীরথী গঙ্গা লৈরাই মুংবি-

থকপু ওইওম্লবগী ছিঃ ছিঃ করি য়ানো হায়না য়েংথোকখিববু মপন ইন্দ্র সরারেম্না পরৈ লানশা থোকপিরম্বা থৌদ্ধ ম্নুংলেন অচৌববু চেংলৌ মিৎথিৎলবগী নিংথৌ পাইমা উনগোইম্নুংদা মত্তোম নিংখলথিএ। রাক্ষস হিংচাবশিংনা নিংথৌ ঐবু পরৈ লানকা শা, থৌদ্ধ ম্নুংগা খাংনা গঙ্গা ঈরেনপুং অসিদা খাদরবগী প্রাণ থরাই তৎনা নোংমল্লববু পুন্সি ঐগী চেংজেন লোমদরিবগী য়োইবু গঙ্গা লাইরৈমনা লাইজ ঈরোম্নুংদগী য়োইবু মথৌচান্না পুথৎখিরবগা প্রাণ থরাই ছিংহনলম্বানরিডৈনে হায়না অস্নুম নিংখল্লবগা অরা মথৈ লৈত্তা, বুদ্ধি লৌশিং থোক্তনা লিক্লং মথুৎশুবু শমু খুত্তা, পাইনা থোইমা নারোম্নুংগী পামেল উথোং-থা খুদিংদা মশানৌ লৈমা অহেনবীগা লাঙ্গোই মথুনেংকা অনিমক্কী মার থোঙ্গুল থিরকপবু থিথৎদরবগী পিরেল থকমাদনা মিকপথিএ—হে শানৌ থরাই লমৈ চান্নবী নংবু রাক্ষস হিংচাবনা শমু খুত্নম চন্না পুথিরবরা, নিংথৌ ইতৈ-ইনাওনা ভদ্রশ্রবা লাঙ্গোই অপাইববু শমু থোংওইননা ইমান নিংথৌ মরৈবাক্তগী লোইদাম থাবুম তরুক্কী য়াংলৌ লমদাংশাংবু য়োশিল্লকলবদা অরা মথৈ লৈতনা থোইমা নারোম্নুংগী তাল্লাং উথোংথাদা অরা পোথারিডৈ থৌরম কনাগুম্বনা বিঘ্নি য়ৈথায়রবগী শিঙেল করম শেৎনরবনো? নশাবি ঐবু চেংলৌ শকউদরবগী অরা মথৈ লৈতনা করম নোংথোইরিগবনো? লহান নোং মার্কণ্ড মুনিরেম্না পাওতাকপিবগী শানৌ লৈমা নিংথিবী ইবিংতাবু তিম্নহনবনে। হে গুরু ঋষি অথোইবা-ও, নদাইরেম ঐদি থোইমা নারোম্নুংগী য়াংলৌ লমথাং অসিদা নিংথৌ ইতিক নত্তববু লাম্নংলরে। লহান নোং মুনি নথৌচান্না পাওতাকপিরকপা লাঙ্গোই নথুনেৎ অসিগী চিঙ্গোই

মপ্লাথংবু তাংজা শমপুমমক্লমবু হেপথোক্লবদি মুংশি মথৈ লৈত্তনা লাম্লংডৈনে হায়না পাওতাকপিরকপবু মুহি চিঙ্গোই নম্লাথংবু লেপ্লা লেপ্লা থোক্লরে। অসিস্নুং মদোমদে। নিংথৌ ঐগী কংলৈ ইশুমাংদা চৈশু মখুৎশুবু মুংশিনলবগী সনা খোংনাং শুইহলএ। মুনি নংনা পলেম ইমা পোকমাবীদা নপারিগী চিক্ক খুদম য়েংনৌ-ও হায়রস্নবু নিংথৌ ঐগী অম্লামথৈ লৈত্তবা অসিবু মতৌ লেপ্লা থোকলু- রিডৈনে। হে পলেম ইমা পোকমাবী নংদি নপারি ঐগী দমকপু তরা চাথংদা, লাইজ ঈয়েংদনা, অহিং খোম্লেন তুমগন্দনা, মুংখিল মিংয়েং নাওশুমদনা করম নোংথোইরিগবনো? নপারি ঐদি পলেম চেংলৌ শকউদনা থোইমা লারোম্নুং অশোংবা মাইকৈ লমদম থংদবা অসিদা য়াওরৌ মশুং-মানগুম্না লাম্লংলরে হায়না বীরসিংহ নিংথৌ মথোক্লকপদি কোরৌ নোংবু য়েং, মালেম লৈবু য়েংনা লেমা মশানৌগী মার খোঙ্গুল লীরকপবু নন্দগিরি চীংলেন পনলংল মুংডাইবদা ফাও- ক্লবগী চীংলেন য়াওথৌ কা, মুংগী য়াশৌনেংনা মশানৌগী মার খোঙ্গুল লীরকপবু খিথংদরবগী নিংথৌ চেংলৌ শকহেনবাদ কোরৌ নোংশিং য়াম্না তরা চাতংদরবগী কুচু মশক শুলু, শকথোং ময়েং তানা অম্না হাক্লা চোক্লবগী তল্লা উথোং-থা অচিকপা, মালং মুংশিং লাংবদা চেংলৌ মিৎকুপমরুম লিক্লং পাম্বোম ডৈথাংনন খোম্লেন তুমগলখিববু মিংয়েং মতাই থিশুমদনা খোম্লেন তুমগলদরবগী নিংথৌ চেংলৌ শকহেনবদি পাইমা উনগোইমুংদা মতোম নিংখলখিএ—নিংথৌ ঐবু লহান জম্ম ইপোক অমরক্তা পাপ কয়ামক্লমবু তোৌরম্লবগী য়াওরৌ মশুংমানগুম নমু পোংবা-চাবু চেংলৌ শক উনদনা করম নোংথোইখিসিবনো? হে বিধি নোংদম্বা-ও, নংনা লাইবক ঐগী খেলাইথোংদা শিংতুম

নিংকোই য়েক্লা করম নোংদম্লবনো ? খোইয়ম নখৌদাবু হেপখোক ওম্লুরোই। হা হা ভগবান কোরৌ ইনোংখৌ, তাও-ও। নদাইরেম ঐবু ইশানৌ মুইন্দ্রাণী অহেনবীগা লাঙ্গোই ইখুনেং মুংচানবগা খোইমা মায়োক্লুহৌনবু য়োনদনা ললকুবি-ও অস্নুম পুক্লমজখিএ। গেন্থু রাজা নিংথৌ মপারি বীরসিংহ নিংথৌরেনসুং খোইমা নারোম্লুংগী ভল্লা উখোং-খাদা অস্নুম লৈজহনখিসনো।

রঙ্গদেশ লৈময়োনগী রারী মুংঙাইববু রাহম্লকখিগে। মপন পলেম মমা দুর্ঘনা লৈমরেলদি নিংথৌ মপারিগী দমকপু রাত্রি অহিং দিবা মুংথিল হাংদনা পিরেল মাইথাননা ভরা চাথংদা, লাইজ ঈয়েংদরবগী লৈমা মহাকশাংবু শিঙেল লৈনা থুইগুম কংশিল্লকলবদা য়োইবু য়াবা মখোঞ্জেলবু খোকঙমদা, মুংশা শংহোম্লনা মপারিবু বিলাপ তেংথাননা মিকপখিএ—পারি ইবুংঙো নাওরা লাংচেং নথোক্লকপা নংগী মুংশিং মৈচাক অরুম্বা অসিনা নপন ঐগী থরাই ইমিরেনবু পুজঙমদরক্লে, মতৌ করম ওইসিবনো ? সনা নংগী য়োই-কোম্লুং কোস্নুং খোইনা মুংঙাইবা অসিবু শিঙেল অরেম্বা লৈরাং অতিংঙাবু ওইরে হায়না অস্নুম মিকপ্নিঙৈদা মপারিগী প্রাণ থরাই হিংলকপগী খুদম অথৌববু ফাওররে। চিংডু ইন্দ্র সরারেম্লা লাইজ ঈরোম্লুংদগী লৌথংলবগা অমৃত শিদ-য়েলবু নিংথৌ হক্তা থিক্লা প্রাণ থরাই হিংলকপগী সময় মতম অতুদা মপারিগী চিহ্ন খুদম য়েংনবা ভল্লা খোংনাং মপালদি পামেল শাপী মরিমকপু মালেম লৈদা ভানা লিনফু মরা কংলববু ভল্লা উলৈশং পামেল য়েম্লিং হুন্, খোংনাং নাপু ফানা মতোম য়েওইরক্লে ভায়দত্রা ? অসিস্নুং মদোমদে। নবানন্দ চোইনৌ সনা সিংহাসন নিংথিবস্নুং হাওরৈ থানা পাংবারম চেপথরম্ববু

মতোম চুমথংলকপবু চেংলৌ মিংথিংলবগী মপন পলেম মমা দুর্ঘনা লৈমরেল-নচিংনা মদাইরেম লৈবাক কোয়বা পুম্নমকস্থুং হুরাও পুক্লিং চংনা মিংয়েং শানথৈনবিভৈদা য়োইবু দুর্ঘনা লৈমরেলনা হায়মকও— হে ভয়ুম মাপেম লৈবাক কোয়বশিং-ও, ইপারি নিংথৌ চেংলৌ শকহেনববু প্রাণ থরাই হিংনবিভেনে। পারি থরাই ইমিরেনগী শমু খুদম য়েংনবা সনা থোংনাং মপালগা নিংথৌ সনা সিংহাসনস্থুং মতোম মতোম য়ৈওইনরক্লে। পারি ইবুংঙো জয় য়াইফববু ওইরসনো হায়না হুরাও পুক্লিং চংনা সনা থোংনাং নারেংঙাবু লাইজ খিকলেন চাইনা তৈভনরে হায়দব্রা? য়োইবু দুর্ঘনা লৈমরেলস্থুং শঙ্গাই মাংকোইল্লেদা লৈজহনখিসনো।

মপারি বীরসিংহ নিংথৌরেনগী বারী মুংঙাইববু হায়মকথিগে। নিংথৌ লাংচেং মথোক্লকপদি থোইমা নারোয়্ংগী য়াংলৌ লমখুন লৈভবদা ক্যোরৌ নোংপুম য়ায়া কৌবা য়াইরেক তৈ, ফাইয়েং নোংফাই য়ায়া ভরা চাথংদ', লাইজ ঈয়েংদবগী নিংথৌ শমু মহাকশাংবু হকচাং ময়েং তা, চিন্তা পোৎলুম পুবগী কুচু মশক ওয়া হাওরে নোংচুপ থংবারম লাংনৌ লমখুন থিরকপবু মাইকৈ লমদম থংদনা অসাইতৈগী ভাগীরথী গঙ্গা অথোইবাবু থোইমা মায়োক্লনা ফাওক্লরবদা নিংথৌ লাংচেং মথোক্লকপদি গঙ্গা লৈরাই মুংবিথক্কৌ শিঙেল লৈথোং-থা অচিকপদা অরা পোৎথারববু শিঙেল লৈয়াম পোকপী ফম্বী থোইনা চিকপা মালং মুংশিং লাংবদা চেংলৌ মিকুপ-মক্লম থোয়েন ভুমগল্লিভৈ চিংঙু ইন্দ্র সরারেম্না মপন রাজা গেছু নিংথৌরেনবু ওইনা শানওল্লবগা বীরসিংহ নিংথৌরেনগী থোয়েন মংলানচান্দা মপন নিংথৌরেম্না কৈরা তান্দা পম্, শম্লাং ভেনকা নান্,

থজাই লেংওন চুপ্পা য়াহমখিএ—পারি ইবুংডো নংবু থোইমা নারোম্নুং অসিদা অরামথৈ লৈতনা নত্তোম করম নোংথোইওম্বনো ? ইপাগী চিঙ্গোই ইয়াথংবু উনবী পুক্লিং তপ্পা নাত্তা-ও। ত্রিপথ গঙ্গা অথোইবী-সিগী লাইজ ঈরম ইন্না হাওরে থানা পাংবারম চৎথখি-ও। য়োইবু গঙ্গা লাইরৈমাগী মুক্তাবলী লাইশং নিংথিববু লৈওমডৈনে। দেউল লাইশং অচ্চুদা স্বর্ণ চোইনৌ সনা মৈথাংকোলগী গঙ্গা মুর্ত্তি অথোইবীবু লৈবনে। য়োইবু সনা মথোংথাদা স্তুতি শিঙেল লৈশি লৈথোম থোই, উনবী পুক্লিং লেপ্পা পুক্নমজবদি গঙ্গা লাইরৈমাগী মশকঅরেপ্পাবু শানঃফাংবিরকডৈনে। গঙ্গা অথোইবীবু তানফংজরবগা নশানৌ মুইন্দ্রাণী অহেনবী লাঙ্গোই নথুনেং ভক্তশ্রবা য়াইওইবসুং অনিমকপু চেংলৌ শকউনবা বর লাইনিজরৌ ও। পারি ইবুংঙো মুংচানবা নংবু ইপনগী চিঙ্গোই ইয়াথং অসিবু য়াথং থোকাওনিকপিগনো পারি-ও হায়না মপন নিংথৌরেম্না শিঙেল লৈশি লৈথোম্নবগী মন্ত্র লাইশোল খৈবিকপু চিংশিংবিরম্লগা চিংঙু নোংনিংথৌদি মুংনাং মথৈথনেৎপু ইস্তানখিরে। বীরসিংহ নিংথৌরেনসুং থোম্লেন মংথৈননা মিংয়েং শানথৈ খিববু মপন নিংথৌরেনবু চেংলৌ মিংথিংতরবগী পিরেল চাইচি মরাং হৌনা মিকপখিএ—হে ইপা ইবুংডো নিংথৌ কোরৌ নোঙ্গাখিরবা-ও, নপারি ঐনা মাইকৈ লমদম থংদবা অসিদা অরা হুইরাং শোন্না লাম্নংলিবা অসিবু ইপন নংনা কোরৌ নোংমদোন অথাপ্পদা মিংয়েং শানখৈরবগী নপারি ঐগী থোম্লেন মংলানচান্দা পাওত্তাকপিরবানরিঙৈনে। নপারি মুংশি লৈথৈ তারবা ঐনা ইপন নংবু করম মুংশি থোকাওমসিবনো হায়না বীরসিংহ নিংথৌরেনদি নপন নিংথৌরেনসু উনবী লৈনিংশিংনা পিরেল চাইচি মরাং হৌ,

লাইজ থারা শিনগুম থোয়েন মংলানচান্দা মপন নিংথৌরেনগী চিঙোই মপাওত্তাকপু মাথং থোকাওনিক্তনা ত্রিপথ কৌবী গঙ্গা লাইজ ঈরিকলাইগী লৈরাই মুংবি ইন্না হাওরৈ থানা পাংবায়ম কুমথখিববু যোজন লৈবাক অনিগী মাংলো লমদাংশাংবু চৎথখিরবদা অগ্নি কানন কৌবা হৈরাং মঙ্গে নাকুপকী উমং মুংঙাইববু ভানফং-জররে। মঙ্গে উমং মুংঙাইবা অহুবু উনবী পুক্লিং থোইনা চিকঙমএ। মতিক পান্দম লৈতে।

বীরসিংহ নিংথৌরেনদি ভাওজিং ইংথোললেনবু হেনলম্নবগা শিঙেল লৈশিং শুনা হৌরিবা লৈগী উমং মুংঙাইববু ভানফংজরবদা উমং লৈরক থায়না চংখিববু য়োইবু গঙ্গা লাইরৈমগী মুক্তাবলী লাইশং মক্তববু লৈঙমএ। নিংথৌ অথোইবনা চেংলৌ মিংথিংলবগী থোম্নেন মংলানচান্দা মপন রাজা গেহু নিংথৌরেম্না পাওতাকপিরম্ববু লেপ্না ওইওম্নে হায়না পুক্লিং হরাও থোইরবগী ভাগীরথী গঙ্গা ঈরেন-পুংদা স্নান লাইজ পাশাননা ঈক্ক শাস্তেংলবগা য়োইবু গঙ্গা লাইরৈমবু উনবী পুক্লিং লেপ্, হাঃ হাঃ গঙ্গা চিন্দা শোম্না মুক্তাবলী লাইশংলেনবু ইস্তানলক্লবগা সাতবার অরেৎলক কোয়না পুরুম্নবগা দেউল লাইশং-মুংগী গঙ্গা মূর্তি অথোইবীবু পুরুম্না মালেম লৈদা পক্কা পুরুম্নবগা গেহু রাজা নিংথৌ মপারিদি শমু মখুৎ লোম্না হে ইমা গঙ্গা লাইরৈমা, ভাইবং নোংশাপানগী জীব-জন্তু থরাই পুম্না থৈবিকপু লানবিরিবী নংবু পুরুমজবনে। য়োইবু নশক অথোইবীবু শানফোংবিরক-ও। পলেম নথৌজান্দগী ইশানৌ মুইন্দ্রাণী অহেনবীগা ভদ্রশ্রবা লাঙোই মুংচংবগা অনিমকপু থোইমা মায়োক্লনা তিম্নরবগা নদাইরেম ঐগী সনা ইরৈবাক্তা পলেম চেংলৌ শকউননা রাইথুংজক্লগে। বর আশীর্ব্বাদপু

লল কুবি-ও, হে ইমা গঙ্গা অথোইবী, য়োইবু নত্তিক অরুবীবু কনা হায়ওমগবা হায়ওয়োইএ। তম্ফা নংবু তাইবং লৈরোন নোংলোন অহুমমক্কী মবুংঙো বিষ্ণু শিদবগী পাদপদ্ম খুয়া থম্বাল অনৌবদা য়ুমওইনৈএ হায়বগী য়োইবু কোলোই নমিংথোংবু পদ্মাবতী হায়না কৌরিবীস্নুং নংনে। য়োইবু নংনা সুমেরু চোইনৌ সনা সনজীংগা লোইননা কোয়না চেল্লি হায়বগী কোলোই নমিংথোংবু দেবী মন্দাকিনী-ও হায়না কৌনবনে। হে গঙ্গা লাইরৈমা নংবু ত্রিভুবন মরোল অহুমমক্কী থরাই পুন্নমক্লা য়োইবু নডোন্দা ফম্বী য়ুম ওইনৈএ হায়বগী পলেম কোলোই নমিংথোংবু নারায়ণী-ও হায়না কৌরিবস্নুং নংনে। হে গঙ্গা লাইরৈমা পলেম নংবু নত্তনা নদাইরেম ঐগী সহায় পাঙ্গল ওইনববু পুম্না লৈতে। থোইমোম নশক অথোইবীবু শানফোংবিরক-ও। পুক্লিং ঐগী অপাম্ববু লল নিঙ্গরগে হে গঙ্গা লাইরৈমা-ও, নমু হর নোংপোক মহাদেবগী শম্নাং জটাশুংদা নরান য়ুম ওইনৈএ হায়বগী কোলোই নমিংথোংবু শিবায়নী কৌরিবীস্নুং নংনে। অসিস্নুং মদোমদে। তাইবং থরাই পুন্নমক্লা পুক্লিং লাকশিন ওমদে হায়বগী য়োইবু কোলোই নমিংথোংবু তরঙ্গিনী-ও কৌরিবীস্নুং নংনে। হে তরঙ্গিনী লাইরৈমা-ও, নংবু পুরুমজবনে। য়োইবু লাইরৈমা নংনা জীব থরাই থৈবিক্কী শিঙেল লৈরিক খিককুম্না খিকপিরিএ হায়বগী দমকপু শিশিষানী তৌনা কৌএ। হে পলেম লাইরৈমা নংনা কোলথৈ অতাম্বস্নু কোয়ৌ অভিংঙাদা চেল্লিএ হায়বগী য়োইবু কোলোই নমিংথোংবু আকাশ গঙ্গা-ও হায়না কৌরিবীস্নুং নংনে। হে গঙ্গা অথোইবী নংনা সূর্য্য মুমিং শাগৈরেন্দা নাওনৌবা ভাগীরথ নিংথৌরেনগী উনবা পুক্লিং থুংবিরমএ হায়বগী য়োইবু

কোলোই নমিংথোংবু ভাগীরথী গঙ্গা হায়না কৌরিবীস্নুং নংনে। ত্রিভুবন মরোল অহুমমকপু তুনা শিন্না থুংনা ঈরোং অহুম কাংনা চেল্লিএ হায়বগী য়োইবু কোলোই নমিংথোংবু ত্রিপথগামিনী হায়না কৌরিবীস্নুং নংনে। হে পলেম লাইরৈমা নংনা জম্বুদ্বীপ মালেম তাইবংপান অসিদা চেনবিরিএ হায়বগী য়োইবু কোলোই নমিংথোংবু সরোবর-ও হায়না কোলোই অস্নুম মিঙ্গৌনরিবীস্নুং নংনে। হে গঙ্গা লাইরৈমা-ও, নদাইরেম ঐগী পুক্নিং অরাববু য়োইবু নথৌচানবু নত্তনা থৌরম মহৈ পান্নববু পুন্না লৈতরে। পলেম নংগী নশক অথোইবীবু লেপ্পা শানফোংবিরক-ও। হে গঙ্গা অথোইবী নংনা দৈত্ত্য হিংচাবগী গ্রাম খুঙ্গং তরেংমকপু মাংহন্নমলবগা থরাই পুন্নমকপু লানবিরমএ হায়বগী য়োইবু কোলোই নমিংথোংবু দৈত্যারিনী হায়না কৌনরিবস্নুং নংনে। হে পলেম লাইরৈমা নংনা জাহ্নু মুনিরেনগী খুকউ তাংকৈ থোংদগী থোক্লকএ হায়বগী য়োইবু কোলোই নমিং-থোংবু জাহ্নবী গঙ্গা হায়না কৌনরিবীস্নুং নংনে। সাগর সমুদ্র ঈরেনপুংদা তিল্লরে হায়বগী পলেম কোলোই নমিংথোংবু সিন্ধু সঙ্গম অথোইবী হায়না কোলোই অস্নুম মিঙ্গৌনরিবীস্নুং নংনে। তাইবং নোংশাপান পুন্নমক্কী পলেম ঈমা শুচিরবী গঙ্গামাতা লাইরৈমা নংবু পুক্নমজবনে। সিন্ধু গঙ্গা অথোইবী জিতপাদ অহেনবী হে পলেম লাইরৈমা গোমাতা রাণী কৌবী মহাগঙ্গা লাইরৈমা য়োইবু নশক অথোইবীবু শানফোংবি-ও। নদাইরেম ঐনা অরা মথৈ লৈতনা লান্নংলিবা অসিবু গঙ্গা নথৌচান্না পুক্নিং অরাববু কোকহনবিররো হায়না বীরসিংহ নিংথৌ লাংচেং মথোক্লকপদি শমু মখুৎ লোন্, য়ারা মতু চুং, পিরেল চাইচি মরাং হৌ, উনবী লেপ্পা গঙ্গা গঙ্গা চিন্দা

শোম্না অসুম পুক্নমজববু য়োইবু গঙ্গা লাইরৈমানা য়োইবু মশক নিংথিবীবু থোকপিরক্নবগী অনৌবা স্তুতি শিণ্ডেল লৈশি লৈথোন-জখিএ—হে ইমা খোইমোম লাইরৈমা দামোদরানী, কেশবানী, জনার্দ্দিনী হায়না কৌরিবী নংবু পুক্নমজবনে। লোলিনী, বিদ্যাধরী, উবেন্দ্রানী কৌরিবীসু নংনে। সুরনদী অথোইবী সুরধনী লাইরৈমা মহাগঙ্গা অথোইবী নংবু পুক্নমজবনে। য়োইবু নত্তিক অচৌবীবু কনা হায়ভমগবা হে জগত্তারিনী কৌবী জাহ্নবাণী অথোইবীসু নংনে। অলকাবতী অথোইবী ইরাবতী লাইরৈমা অম্বজবতী কৌবী-ও, য়োইবু নশক অথোইবীবু শানফোংবিরক-ও। রদায়নী, সিন্ধুরানী, ইন্দ্রপানি কৌবী নংবু পুক্নমজবনে। হে গঙ্গা অথোইবী, সূর্য্যানী, চন্দ্রানী, তারানী অথোইবী নংনা চৌদ্দ ভুবন ভরামরিমক্কী থবাই অচৎ-চত্তা পুন্নমকপু লল পিরিবসুং নংনে। হে পলেম লাইরৈমা, নংগা ভম্বা নওল হক্, য়োইবু নশা য়াম্, খোইমোম নত্তে হৈ, গঙ্গা নমিং য়াম্বা নংবু নদাইরেম নাওবা পাইমা শিল্লেলোম্বা ঐনা নত্তিক অক্নবীবু থংনা শিণ্ডেল লৈশি লৈথোন ভম্নরোই হায়না বীরসিংহ নিংথৌরেনদি য়োইবু গঙ্গা লাইরৈমাবু অসুম্না শিণ্ডেল লৈশি লৈথোন-জবসুঃ গঙ্গা মশক অথোইবীবু শানফোংবিদ্রবগী নিংথৌ লাংচেং মথোক্লকপদি অনৌবা শমু থুংলোম্না পুক্নমজখিএ—হে ইমা গঙ্গা লাইরৈমা নংনা য়োইবু নশক অরেপ্পাবু শানফোংবিদরবদি নদাইরেম ঐদি পলেম নংগী নমাং শংশংবদা লেপ্পা নোংমল্লগে। ইশানৌ সুইন্দ্রাণী অহেনবীগা লাঙ্গোই ঐগী ইথুনেৎ পাইমা মুংচংবগা অনিমকপু চেংলৌ শকউনদনা শিণ্ডেল শেৎনববা অসিদা নিংথৌ কোলোই ইমিং থিরে। ঐনা মাইকৈ লমদম থংদনা খোইমা নারোম্নুং অসিদা

তাইবং নমু পোংবু ওইনা য়াঙ্গোইগুম্নরোই। ভাগীরথী অথোইবী গঙ্গা লাইজ ঈরেনপুংদা নিংথৌ ঐবু লেপ্পা নোংমল্লগে হায়না ভাগীরথী ঈরিকলাইবু ইস্তানলক্লে হায়দব্রা ?

---

## অরানবা চুমথোকপা

| লামায় | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ৬ | ৮।৯ | নোংলোই | নোংলৈ |
| ১১ | ৮ | কোরৌ | কোরৌ |
| ১৫ | ১১ | থোংলৈ | থংলৈ |
| ১৬ | ১৪ | নংচংবা | নুংচংবা |
| ১৯ | ৫ | মিৎকৈথোংবু | মিৎকোইথোংবু |
| ২৩ | ১৬ | ননা শিন্নুং চংবা | ননাশি নুংচংবা |
| ২৫ | ২২ | য়াংলম তাংশাং | য়াংলৌ লমতাংশাং |
| ৩২ | ৫ | য়োম্লৈ | য়োমলোই |
| ৩২ | ৯ | শেনকৈরেং | শেনকোইরেং |
| ৩২ | ১০ | ,, | ,, |
| ৩২ | ১৬ | মোলকাইয়াৎ | মোইকাইয়াৎ |
| ৩৩ | ১৬ | মিৎকৈথোং | মিৎকোইথোং |
| ৩৫ | ৪ | লোতুম | লাওতুম |
| ৪০ | ১৮ | দেবমি | দেবর্ষি |
| ৪৮ | ৮ | নোমল্লউংনে | নোংমল্লউংনে |
| ৫১ | ১০ | থোতৌ | থোইতৌ |
| ৫৪ | ২১ | থাবী | থবী |
| ৫১ | ২২ | হনুমান লৈকাবীদি | হনুমানলৈকাবীদি |
| ৫৫ | ২০ | তেনবারবগী | তেনবাল্লবগী |
| ৬৫ | ৬ | মফেৎলৈ | মফেৎলোই |
| ৯৬ | ৮ | খিক্লেন | খিক্লেন |
| ১০৫ | ১২ | লম্লৈ | লমলোই |

# বাহৈ খরগী অর্থ

## অ

অচাও লেপফারে—চাওরক শাং-লকও, পাখং লৈশাবী ফারকলে।

অচেন থংলৈ য়াংনা—য়ামনা থুনা চত্তুনা।

অতাম্বা—অথাম্বা

অনাথ—(সং) মপু লেত্তবা

অপরাধ—(সং) মরাল, লংজেবা

অমন থম্নৈ কুম্ববগী—শিরবগী

অমর—(সং) শিদবা

অরা মথৈ লৈতা—হায়নিংঙাই লৈতবামথৈ রাত্তুনা।

অসি—ঙসি

অসিম্নুং মদোমদে—অসিনম্নু লোইদে।

## আ

আয়ু—(সং) পুন্সি

## ই

ইস্তানথিরে—য়োননবা চংখ্রে

ইস্তান্দকপা—লাকপা

ইন্নুং শোইয়াইমা—অহিং নোংয়ায়

ইনেমচা—ইপুরোইবা

ইপন—ইপা

ইপন শাংমাবা—পম্বৌ ইপা অপোকপা

ইপারি—ইচানিপা

ইপারি লৈরাং অত্তোনবা—ইচানিপা অত্তোম্বা

ইমোম—ইচানুপী

ইরানলোননেময়াই—ঈয়ুম

ইহুইরোন—ইমৌ

ইম্বু—ইবুধৌ

## ঈ

ঈরুশানত্তেংলবগা—ইরুজরগা

ঈরেনপুং—সমুদ্র

## উ

উত্তর—(সং) অরাং মায়গৈ

উনবী—পূকনীং

## ঋ

ঋষি—(সং) মুনি

## ও

ওইওমদরে—নংলমদরে

ওস্তেবা—হল্লকপা

## ক

কদৌওম্বনো—করি তৌরম্বনো

কর্ণ—(সং) নাকোং

কুবিবকালে—থৌজানবিরকলে

কুরঙ্গ—(সং) শজি

কোরৌ মুমিংমদা—নোংমগী মুমিঙ্ডা, নোংমা

কোরৌ নোংঙ্গা খুদিং—মুমিং খুদিং

কোরৌ নোংদোন—অতিয়া

কোরৌ নোংনিংথৌ—সোরারেন

কোরৌ নোংমদোন—অতিয়া

কোরৌ নোংনাংপান—অতিয়া

কোরৌ নোংলুপান—লুপা

কোরৌ অসি নাং—ঙসি মুমিং

কোলোই—মিং

কোলোইমুংদা—ইমুংদা

কোবা চিংলেন নোংগা ভাল্লকলে—নোং ভাল্লকলে।

ক্রোধ—(সং) অশাওবা

## খ

খমকোন—নোংলৈ

খাবা—উন

খুরুপ মামচৌ হৌনা—খুদ্রুপ থৌনা

খেলাই খোংদা—লাইবক্তা

খোইনৌ—ইত্তা

খোইমা—নাপী

খোইয়ম—লান

খোংকাপ নাউরৈমবু থাংওমদরক্লে—খোঙকাপ অমা ফাওবা থাংবা ওমাশিল্লক্করে।

খোংখৈবিয়ে—খোংলিয়ে।

খোংলোই—পাখোনচৎপা মী

খোম্লেন মংলানচান—মঙ

## গ

গণস্থা—(সং) পাঞ্জি

গৃহ—(সং) য়ুম

## ঙ

ঙকথিলুমলাংকোন—মঙকশমদা কোনবা

ঙাইরোইননা—লোয়ননা

## চ

চকমোম—মৈ

চরৈ ফিনৌ—ফি অহনবা

চাংজৌ চেপ্পা লোন্না—মথুং লোন্নবা

চাম্নৌ—লা

চিঙ্গোই—য়াথং

চিংঙ্‌—লাই

চিন্তা পোৎলুমপুনা—অরাবা য়াখল তৌদুনা

চিব পাওনাইতাবা—উচি

চীংলেন পল্লংলা চীংজাউ

চেকলা—উচেক

চেংলৌ—শক

চেংলৌমিৎখিৎতরবগী—উত্রবগী

চেংলৌ শক্কোইহেনবা—শক য়ামনা ফজবা

চৈরৈ—ফি

চৈশু পালোইননা—চৈশু পায়দুনা

চোইনৌ—সনা

## জ

গাড়ি—( সং ) শাগৈ

## ত

তকলৌ শিতং শোম্না—তকশি শোম্না

তরা চাক্তংদা—চাক চাদনা

তল্লা—উ

তয়ুম—মনাই

তাইবং নোংসাপান—সংসার

তাওজিং—হৈ

তাওজিং ইংখোললেন—হৈকোল

তাঙ্গা—শেল

তাংজা—কোক

তাংবন—অচৌ অশাংবা সম্নক্কম

তাম্না—লাপ্পা, থাপনা

তাম্বা—লাপ্পা

তারা—( সং ) থৌরান মিচাক

তিমেন—তা

তিল্লাং খোইদা খোইবা—পুকনীং তাবা, খোয়দাবা

তিল্লাং মখোই শাওনা—য়ামনা শাউনা

তেজ—( সং ) মঙান

তেনবাইবা—তেন কাপ্পা

তৌইকুম—তৌইগুম্বস্নং
ত্রিভুবন— ( সং ) মরোপ অহুম

## থ

থংমনয়ে—চামিন্নয়ে
থবী শেনকোইরেন—নুমিৎ
থাজ—থা
থাজ খেনকারকপা—থা থোরকপা
থিক্লেন—থা, মথা
থোঁচু—নুং
দিক— ( সং ) মায়গৈ
দিবা— ( সং ) নুমিৎ
দীনমনি— ( সং ) নুমিৎ
দ্বার— ( সং ) খোঙ

## ধ

ধ্বজ—ফিরান

## ন

নদাইরেম—ননাই
ননোংয়াই- নশু
নপন—নপা
নপারি—নচা নিপা
নমু—ভাইবং মী
নমোম—নচানুপী
নর্ত্তকী— ( সং ) জগোই শাবী
নরাল ওন্দেরকপদা—নয়ুমদা
হল্লকপদা
নহুইরোন—নমৌ
নাওনৌবা—পোকপা
নাওরা—অঙাং
নাওরা অথুবা—পিকলিবা অঙাং
নিংথলথিবা—রাথল তৌথিবা
নুংচানবা—ক্ষজবা
নুংনাং কাওথংকোন—স্বর্গ
নুংলেন—নূংজাউ
নুজা—নূপী
নুমিৎ শাগৈরেন্দা—সূর্য্য বংশদা
নোইমু—থুম
নোংগাথিরবগী—শিশ্রবগী
নোংনিংথৌ—সারারেন
নোংপোক মিয়েংশেন—শকয়েং-
মিংশেন
নোংমনবা—শিবা
নোংছামলিয়ে—ডাইতুনা লৈরিয়ে।

## প

পম্ভৌ—মপা
পম্ভৌ পোকমাবা—ইপা অপোকপা

পন্দোনলোম্বা—মভোল্লোম্বা, লোইবা

পম্বোইখিরবনো—লাম্বোক্তুনা চেনখ্রবনো

পলেম—মমা

পলেম পোকমাবী—মমা অপোকপী

পাকোই—পিশুম

পাঙ্গল মপা তাম্বা—কনবদা মপা লৈতবা

পাইমা উনগোইম্নংদা—পূকম্নুংদা

পাও কৌরক্লে—কৌরক্লে।

পাদ পদ্ম—( সং ) খুয়া থম্বাল

পানমম্নরে—লৈমম্নরে

পাম্বা—কৈ

পারি—মচানিপা

পুন্সি চেংজেন কৌনা—শিগদবা নকশিল্লবা

পুন্সি চেংজেন লোমদরিবগী—চেং লৈরিবগী

পুরুমজবা—খুরুমজবা

পুরুমলবগা—খুরুমলগা

পুষ্পরথ—( সং ) লৈগী দোলাই

পূর্ণ—( সং ) মপুং ফাবা

পূর্ব্ব ( সং ) নোংপোক

প্রদীপ—( সং ) থাউমৈ

প্রাণ—( সং ) থবায়

পোম্বী—উচেক

**ফ**

ফমফম্নিভৈদা—ফমদ্রুনা লৈরিভৈদা

ফাইয়েং নোংফাইরু—ফাইদ্রুনা লৈরু

ফৈরাতান্দা—মতম্বাক্তা

**ব**

বধ—( সং ) হাৎপা

বালক—( সং ) অভাং

বিম্নি—( সং ) ন্নৈথায়বা

**ভ**

ভস্ম—( সং ) উং

**ম**

মকোলোইদা—ময়ুমদা

মণ্ডম—যজ্ঞ

মণ্ডমথৌ—শ্রাদ্ধ কর্ম্ম, শোরাৎ

মদাইরেম—মনাই

মপারি—মচানিপা

মপারি লৈরাং অতোম্বা—মচানিপা অতোনবা

মপারি লাংলেন রাপীহন—মচানিপা অহন

মমান—মকু

মমোম—মচানূপী

মমোম ফুইনদবা—মচানূপী পোকুদবা

মমোমলোই—মচানূপী

মমোমলোন—মচানূপী

মরান ওস্তেরকলে—ময়ুমদা হুল্লকলে

মরান লোনলেময়াই—ময়ুম

মশানওন—লাংওন

মহুইরোন—মমৌ নূপী

মন্থু—মবুথো

ময়ুর—(সং) রাহোং

মাকমৈ—থাবান, তিথি

মাকলৌরেম—মঙ্কাক

মানলৌ—কি

মালংফেনচি—মুংশিং

মালেম লৈদা—লৈপাক্কা

মালেম লৈবাক কোয়বা—অচৌ অশাং, অঙম অথৌ

মিকপঙমএ—কপলম্মে।

মিংথেং নাউঙমদ—মিং ককলা অমতা উইদনা তুমদবা

মিংথেং শানথৈকশি—মেংলুসি

মুকমৈ নারিন শোম্না—লাইরিক ইতুনা

মুংবীথক্কা—লৈরাই মথক্কা

মৃগেন্দ্র—(সং) শজি

মেঙোং—খুদোনপোং

মোহকাই—চানবান

## য

যজ্ঞ—(সং) মঙম

যৌবন—(সং) মথাক কারকপা

## র

রবি—(সং) নুমিং

রাজ্য—(সং) লৈবাক

রাক্ষস—(সং) হিংচাবা, হিংচাবী

রাত্রি—(সং) অহিং

## ল

লংজরকপা—লাগুরকপা

লমলোই—মরূপ, চান্নবী

লাইজা—ঈশিং
লাইজ ঈয়োক কোম—পুখ্রী
লাইজা চিনকুপতল্লবগা—ঈশিংনা মচিন মথা শেংদোকহল্লগা
লাইনা পাংবৰম—অৱাংথংবা মায়গৈ
লাঙ্গোই—শগোল
লাঙ্গোই অপাইবী—শগোল অপাইবা
লাঙ্গোই থোঙওহনবা—শগোল তোংহনা
লাঙ্গোই শম্নাংথক্তা—শগোল মথক্তা
লাংজেং মথোকলকপা—মথোক কাৰকপা
লাংলেন ৰাপীহন—মচানিপা অহন
লাংথৈ—চঙী, কুম
লামপিশা—লভাই
লৈকোইকম্বা—নিংথৌ ওইবা
লৈঙম্বা—লৈৰম্বা
লৈতাদনা—লৈপাক্তা তাদনা
লৈময়োন—লৈবাক
লৈমাবা—নিংথৌ
লৈৰাং—লৈ
লৈৰাং অতোনবা—ইচানিপা অতোম্বা
লোইদাম—থা
লোনচা—ফকলাং

## ৰ

ৰাইথুংলৰবগা—থুংডৰগা
ৰাইৰা—তেল
ৰাইৰা-তেনৱাইথিববু—তেন কাপথিববু
ৰাংলেন—পুং
ৰাচুম্ববা—সাক্ষী তোনবা
ৰাৰোংনবা—থংনবা
ৰাহমথিয়ে—ৰা হায়থিয়ে
ৰাহমলকএ—ৰা হায়ৰকএ।
ৰাহৈ শাংতাম্বা—ৰা শাংথনবা, মথা তাথনবা।

## শ

শঙ্খ—(সং) মোইবুং
শংলৌ—থৌৰাঙ

শব্দ— ( সং ) খোঞ্জেন
শাৎপা—পোকপা
শানখৎবা—খণ্ডবা
শানখৈবরু—য়েংখিবরু
শান্তেৎবা—ঈরুজবা
শানশেমলম্বা—শেমলম্বা
শিঙেন—লৈ
শিঙেন মতুরুবনে—লৈপুম্নে।
শিনৌ—লশিং
শিলা—নূং
শুভ— ( সং ) অফবা
শোংকিবা—কিবা
শোনমোইখিয়ে—শোন্নখিয়ে

## স

সরোবর— ( সং ) পুখ্রী
সুগন্ধ— ( সং ) মনম মুংশিবা
সুবর্ণ— ( সং ) সনা
সূর্য্য— ( সং ) নুমিৎ
স্বর্ণ— ( সং ) সনা

## হ

হকচাওবা—মশা চাওবা
হমু মরানয়াইদা—হমুবী অতুগী ময়ুমদা
হাওরৈ—মায়গৈ
হাওসি ভুমকাচিং—লুচিংচুনা
হুনলানডম্মে—হুন্নো কলম্মে।

## য়

য়াইবি মমুং হৌবা—থরায় শোক্না শাউবা
য়াইরংচান নুমিৎ
য়াওরো—শা
য়াওরো তুংইন তাম্নকপা—শা তাম্নরকপা, শারম লীরকপা
য়াওবা—খোঞ্জেন
য়াঙ্গোইখিসিবনো—লৈখিসিগে
য়াঙ্গোইবা—লৈবা
য়াংলৌ—লম্বেন, লম্বী লমশাং
য়াংলৌ লমদাং—লম্বী
য়াভাহল্লে—হিপহল্লে।
য়ারেন খোংথৈ চিকপা—ময়া চিকপা
য়ারেন খোংচি—য়া
য়োইময়াই লাইরেন ভাওদনবা—নুমিৎ
য়োন্দনা—শোয়দনা
য়োমলোইহৌবা—ময়াম হৌবা